# খুড়া মোহোনগী ভোট

পোরোখাইবম দেবেন্দ্র



**KHURA MOHON GI VOTE**

(a collection of Manipuri short stories)

by Sorokhaibam Devendra

**2000 A.D.**






অহানবা ফোঙবা ঃ ডিসেম্বর, ২০০০

কোপী মশীং ঃ ১০০০

অফোঙবা ঃ সোরোখাইবম ওংবী রাশি দেবীনা
পঙ্থৌ পব্লিকেসন্স, ইম্ফালগীদমক ফোঙজবা।

মখুম য়েকপা ঃ প্রোঃ থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

মমল ঃ লুপা ৬০/-

---

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

লমদমসিদা

অচুম্বা তৌজরিবা

মীওইশিংগী মফমদা কথচরি।

# ৱাহৈ খরদং

**খুড়া মোহোনগী ভোট** কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি ইবা সোরোখাইবম দেবেন্দ্র হন্দক্তা নৌনা শকখঙনবা নহা ওইরিবা অইবা অমনি। ৱারীমচা তরাতরুক য়াওবা লাইরিক অসি মহাক্না মণিপুরী সাহিত্যদা অহানবা তম্বা খুদোলনি। লাইরিক অসি পাব্রিঙৈদা ঐহাক্না নহা ওইরিবা অইবা অসিগী ৱারীমচাশিং অসি পাবা য়ারমগদ্রা, পাবা ঙমদদুনা তোক্লগদ্রা হায়না চিংনবা ফাওখি। পারবা মতমদদি ঐগী পুক্নীংদা লৈরম্বা চিংনবগী অমম্বা লৈচিলশিং তপ্না তপ্না মাঙখি। ৱারীমচা খুদিংমক থবায় তানা পাখি। তশেংনমক পাবা য়াবা ঙাক্তনি। মহাক্না লাম্থোক্লিবা হীরম, খুৎই অমদি লোন নুংঙাই। মখল মথেলনি, কাংলুপ অমতদা থম্বা য়ারোই। হৌজিক্কী মতমগী অরুন্বা, চনৈনবা পুন্সিগী সমস্যা উৎপা ঙাক নৎতে; অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা থোক্লিবা ইচম চম্বা থৌদোকশিং, চরিত্রশিংগী আশা অমদি নীংবা কায়বগী চৈনা কয়াসু উৎলি।

চেচেম সুলো, তোটি মখোঙগী ৱারী, খুড়া মোহোনগী ভোট, ঈরোনবগী মহাও, শঙ্গাই, মীনুংশি নচিংবা ৱারীমচাশিং অসিনা অপাবশিংগী পুক্নীংদা অৱা-নুংঙাইগী ঈহূল কয়া শোয়দনা পোকহনগনি। অহানবগী ৱারীমচা অনী অসিদা অইবনা পুন্সিগী তম্বা ঙমদবা মশক অমা য়েকলি। ৱারী লীবগী মওংসু মান্নে ঔতোবাইওগ্রাফিকেল ওইবা মেথততা লীবনি। 'চেচেম সুলো' দা নৌনা লুখ্রা ওইরবী মোং হাদবী ইমুংগী মী পুন্নমক্না নুংশিনবা সুলোচনানা মপুরোইবগী য়ুম থাদোক্নুনা মপামদা চৎখিবগী কায়নবগী অৱাবা ৱারী অমা লীরি। অনীশুবা ৱারীমচা অসিদনা খবর য়োনবা পাখঙ অমনা মহাক্না নুংশিজবা ইঞ্জিনিয়ার অমগী মচানুপী চিত্রাগা শকখঙনরুবদা শাগৎখিবা নহা ওইবগী নুংঙাইরবা মঙলান অমদি আশা অৱাবগী পোলোইদা তিনখিবা উৎলি। ৱারী অসিমক্তি অপাবশিংদা খঙপ্রেক খঙবা অমা পোকহল্লি, অদুবু হংনিংহল্লি, 'মসিবু মরম চাব্রা? ওইথোকপা য়াব্রা?' মরমদি মরমচাবা, ওইথোকপা য়াবা হায়বা অসি কলাগী খুৎশেমদদি য়াম্না মরুওই অওইবা পুন্সিদা ওইদ্রবসু।

চরিত্রদা হেন্না মরুওইহনবা থৌদোক পরিং অমদি মফম মতম শাগৎপনা মশা ওইবা লাইরিকসিগীসু মিংথোল ওইরিবা 'খুড়া মোহোনগী ভোট' হায়বা অসিসু মনুং মপান নাইনা চৎপা মশাগী ওইজবা থিবা হৌজিক্কী মতমগী মীবু শাথিনা করেম্ননা ইবা ৱারী অমনি। মসিদা উৎলিবসি মশাগী ওইজবতা থিবা অফ ফত্তগী ৱাখল খনবা ঙমদবা মীশক অমগী ট্রেজেদিনি। 'ঈরোনবগী মহাও' মফম মতম তাঞ্জাগী মখা পোনবা পুন্সিগী অওইবা অদু উৎপনি। য়াম্না কন্না য়েৎননিংঙাই ওইবা, অফ-ফত্তগী মরমদা খস্থনিংঙাই ওইবা ৱারীনি।

লাইরিক অসিগী মনুংদা 'নাথেংগ্রবা ঈচেল' অমসুং 'লৈনম চেলহৌদ্রবা নাচোম' কৌবা ৱারীমচা অনী অসিমদি রোমান্তিক ওইবা ঈহূল য়াওবা থোইদোক্লা শীংথাবা য়াবা ঙাক্তনি। নুপা নুপীগী থম্মোইগী অথুপ্পা মরীবু ফজনা ইঙ্গিৎ ওইনা ফোঙদোক্লি। অহানবগী অসিদা ভারাগী য়ুম অমদা মহাক্কী নুপী অমদি মচাগা লৈরিবা সনাথোইনা য়ুম অদুগী লৈশাবী অমগা লোন্না মরী লৈনরকপা অমদি অকোনবদা মহাক্কী ইমুং মনুং ছন্দোক্রম্লগা চেনমিন্নখিবা ইঙ্গিৎ ওইনা উৎলি। অনীশুবগী ৱারীমচা অসিদনা মীগী য়ুমদা থবক ইনখাং শু-নোমদুনা লৈজবী ইবেম্মুগী নহা ওইবগী ঈথক-ঈরাং, নুংঙাইরবা মঙলান, আশা অমসুং নীংবা কায়বগী চৈনা উৎলি। মঙলানগা তাইবংগা অমতা ওইয়ু য়াদবা তাইওন্নবা মশক অদুনি। অসিগুম্বা মখলগী ৱারীমচা অসি হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী সাহিত্যদা তাংনা থোক্লি।

দেবেন্দ্রগী ৱারীমচানা ঐহাকপু কল্পনাগী মঙলৈবাক অমদা পুশিনবা তৌদে। হৌজিক্কী মতমগী অশেংবা অওইবা (রিয়্যালিতি) পুন্সিগী শক্রোন কয়াবু মাইখুম হাংদোক্তুনা উহল্লি। তোঙান তোঙানবা চরিত্র কয়া মশক তাক্লকই। মরাইবক থীরবী নৌনা লুখ্রা ওইরবী সুলোচনা, মশাগী ওইজবতা থিবা খুড়া মোহোন, মচা মৱা থাকপা ঙম্নবা হোৎনবদা অফ ফত্তগী ৱাখল খনবা ঙমদ্রবী সুভাসিনী, নুপানা মীরাইবিরবী রাধামণি, মীনুংশি চাউবগী গুণ চেল্লবা অমুয়াইমা, মীমান্নদ্রবী নীংজবা আশা থুংদ্রবী ইবেম্মু নচিংবা।

লাইরিক অসিনা সোরোখাইবম দেবেন্দ্র মশক নাইনা ৱারীমচা কয়া ইরকখিনি হায়বা তাক্লি। মঙোন্দা অইবা অমা ওইবগী মতিক মগুণ খরদি য়াওরে হায়নিংই। ৱাহৈ খজিক্তনা ফজনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা, ৱারী লীবগী কলাদা হেন্না মপূংফাহল্লিংবা, চেকশিনহল্লিংবা কয়াদি লৈরি। অদুবু শৈহৌমক্তদা ফজরবনিনা মখা তারকপদি হেন্না মাইপাক্লক্কনি হায়না থাজে।

ইম্ফাল
ওক্তোবর ১৮, ২০০০।

ডাঃ থোকচোম ইবোহনবী

# অইবগী ৱারোল

চহী ফনা য়ামলক্লে ঐগী ৱারীমচাশিংসি লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্কে খল্লকপা। অদুবু মরম অমা, নৎত্রগা অমদগী হেক্তা ঙমখিদে। হন্দক্তি ঈশ্বরনা চানবিদুনা থবক অসি ঙমহনবিরে। ৱারীমচা তরাতরুক য়াওবা "খুড়া মোহোনগী ভোট" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি ঐগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইবিক্লি। লাইবিক অসি পুথোকচবগী মবমদি মতম কুইনা তাদুনা লৈকববা ৱারীমচাশিং অসি মাঙখিগদবদগী কঞ্জনিংবা অমসুং মখোয়শিং অসি মীযামদা খঙহঞ্জনিংবদগীনি। ৱারীমচা হায়বসি কদায়বু কৌবগে ? ৱাফম অসিদা কবিমত্তা খল্লুদনা পুক্নিংদা ফাওবকপা খরা অদু শেমজিল্লগা ঐগী ৱারীমচাশিং ইখি। ঐনা হান্না পাজখিবা ৱারীমচা খরগী মওংসু লৌজখি। তশেংবদি ৱারীমচাগী মবমদা কয়া খঙদ্রি। অযাম্বা ৱারীমচাশিং কলেজ অমসুং ইউনিভরসিটি তম্লিৱৈদা ইখিবা ঙাক্তনি। চহী তরামরি-তরামঙা শুবসু য়াওবি। অদুনা হৌজিক্কী মতমগা চানদবা থোক্লি। মসিগীদমক হান্নগী মিং অমসুং ৱাহৈ খরা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা ওন্থোকচরি। ৱারীমচা খরদি লমদমসিগী পাউচে, মেগাজিন অমদি অতৈ চেফোঙ খরদা ফোঙদোকচখ্রে। ওফিসতা থবক হেক তৌখিবদগী ঐগী ইনিংবগী চাং অসি য়াম্না হস্থখ্রে। অতেনবা শৈরেং খরা ইবা নৎতনা অতৈদি থোইনা ইবা ঙমখিদ্রে। মসি কোর্টকী অকনবা দ্যুটি লৈবা অমসুং অহাংবা মতম ইফং ফংদবনা ওইরম্বসু য়াই। লাইরিক অসিদা অশোয়বা কয়া য়াওরমগনি হায়না খল্লি। খুদম ওইনা বানানগী মতাংদা, ৱাহৈ শীজিন্নবগী মতাংদা অমসুং ৱারীমচাগী মওং কায়বা, অসিনচিংবা। ঐগী অশোয়বশিং অসি অখঙ-অহৈ অমদি ওজাশিংনা ফোঙদোকপিদুনা তাকপিরকপদা ঐহাক্না হরাওনা লৌশিঞ্জগনি। লোয়ননা মখোয়শিং অদু ঐগী তমশিনগদবা পারানি হায়না খঞ্জগনি।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোঙদোক্নবা হোৎনবদা ঐবু থৌনা পীবিদুনা পুক্নিং থৌগৎপিখিবা ইয়াম্বা অনী বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম অমসুং বীট ইরোমবু থাগৎচরি। তাংলবা মতমবু কায়থোকপিদুনা লাইরিকসিগী ৱাহৌদোক ইবিরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লাইরবা ওজা (ডাঃ) থোকচোম ইবোহনবী সিংহবুসু থাগৎচরি। লাইরিক অসি নম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফালগী ইচিন-ইনাও পুন্নমক্কী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

তাং ১/১১/২০০০ ইং। **সোরোখাইবম দেবেন্দ্র**

# য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

# চেচেম সুলো

হয়েংদি চেচেম মপামদা চংখ্রগনি। ইমুং অসিগী মীপুম খুদিংমকপু থাদোক্তুনা মহাক্কী হান্নগী ময়ুমদা চংলগনি। হৌজিক্তি মপাবুং অমদি মমাইবেম্মা অনীগী নিংজবসু থুংজরগনি।

ইন্দোমচা সরোজিনীগী মপুরোইবা খুড়া অমুমচা সরকারগী ময়াই ওইরপ চাওবা ফম অমা পায়দুনা চন্না হিংজবা মীওইনি। মখোয় মচিন মনাও অহুমদং মমা মপানা পোক্লম্বনি। মনাওনুপা অরুনকুমারনা খ্বাইগী অতোনবনি। খুড়া অমুমচাগী হেক মথংদা অরুনকুমারগী মচে, নুপী অমগা লৈরি। মহাক্তি চহী ফনা য়াম্লে ময়ুম পানখিবা। চেচেম অরুনকুমারদা নৌনা ময়ুম পাল্লকপনি। মশামক এম, এ, পাস তৌরবনি। ইকুই কুইদনা এম, এ, হেক লোইবগা অদুমক অরুনকুমারদা লাক্লবনি। মতম অদু অরুনকুমার ইন্দিয়ান আরমীদা লেফটেনেন্ট ওইরে। মখোয় অনীমক হান্না শক খংনবা নত্তে। অহল মশেল য়ানদুনা লুহোংলকপনি। অদুবু চেচেমগী লাইবক্তা নুংঙাইয়ু তন্নমদ্রে। লুহোংলবা মতুং থা অনী লৈরগা মপুরোইবা অরুনকুমাব লৈখিদ্রে। মনিপুরগী ৱাংমদা মাগী থবক মফমদা গাড়ী এক্সিদেন্ট অমদা লৈখিদবনি হায়। কন্নামত্তা অশেংবা খংখিদে। মপুরোইবগী অশিবা মশা অদুতং চেচেমগী নাক্তা য়ৌরকখি।

অঙাং ওইরিঙৈ মমা মপাগী মখাদা মনিং তম্না নুংঙাইনা হৌরকপা চেচেমগী পুন্সিনি। মতম অদুগী নুংঙাইজবদু য়ুম অসিদা লাকপদগী মহাক্কী মফমদগী লাপ্না থমবিখ্রে। ঙসিদি চেচেম মপাং কায়নরবা পোম্বীগুম তরক তরক লেল্লক্লে।

ফনা কুইরক্লে ইন্দোমচাহোয়দা ঐনা লৈরকপা। ইন্দোমচা সরোজিনী ইমাগী মনাওনুপীনি। মহাক্কী মচা মঙানি। নুপী অহুম অদুগা মচানুপা অনীনি। মচানুপী

অনীদি হৌজিক লৈশাবী ফারক্লে। অতৈদি পিক্লি। স্কুলদা মহৈ তল্লি। ইন্দোমচা অমদি খুড়ানা কন্না হায়বদগী মফমসিদা ঐহাক লাকখিবনি। অশেংবমকসু মফমসিদনা ঐহাক শান্তি খরা ফংগদ্রা খন্না লাকপনি। ইমা-বাবাগী অপাম্বা, থবক অমা তৌনবা মখোয়গী পাউতাক, মীশিং য়াম্বগী হৌনবা ইমুংগী সমস্যা কয়া, পুন্নমক অসি মাইয়োক্নবদা ঐ তশেংনা ৱাখি। শান্তি ফংখিদে। মখোয়গী অপাম্বা অমসুং ঐগী অনীংবা, অনী অসি ফনা নিংথিনা মান্নখিদে। লোগী দিগ্রি অসিমত্তং লোইশিনবা ঙমজবা ঐগী অপাম্বনি। এল, এল, বি, কোর্স অসি লোইগদবসু মতম কুইরক্তুবনি। ফাইনেল ইয়ারগী অরোইবা পরিক্ষাসু নকশিল্লকলে। য়ুমদগী কলেজ তম্না শাইকলনা চৎপবুদি ইন্দোমচা হোয়দগী চৎপনা নকপা হেল্লি। মতমসু চংদে। কলেজ চৎপগী অশাংবা অৱাবা অদু হৌজিক্তি ফনা নিংথিনা কোক্লে। ক্লাসকী লেকচরসু ফজনা চৎথরক্লে। চাং নাইনা কলেজ চৎতবা ইয়ামক য়াদরে।

নোংমা, নুংশাসু ফনা নিংথিনা শাই। নুমিৎ অদু ঐহাক কলেজদগী হল্লক্লুনা কা মনুংদা চৌক্রি অমদা ফমদুনা পোৎথারি। ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী কাদা মেম্মী চংলকই। মখুত্তা প্লেৎ অমদা করিনো খরসু পুরকই। প্লেৎতু ঐগী মাংদা তেবল মথক্তা থন্নগা হায়রকই,

— সে তামোচা, চাউ! নঙগী শরুক্নি।

ঐ ইঙক ঙকই। মেম্মীনা পুরক্লিবদু বেড়া, হৈঙাল, লডুনচিংবা চাননবা অথুম অহাওশিংনি। মেম্মী অঙাংনি। ইন্দোমচাগী মচানুপী অতোনবীনি। অদুক য়াল্লবা চাননবশিংদু উবদা ঐহাক্না মেম্মীদা হঙখি,

— অসুক য়াম্বা অথুম অহাওশিং অসিদি ঐগীদমক করিগী পুরক্লিবা?
— চেচেম্না পিরকপনে। নঙগী শরুকনে। ঐখোয়দি নঙ লাক্ত্রিঙৈদা ঙশাইনা চারে।

মেম্মীগী ৱা তাবদা ঐহাক খঙপ্রেক খঙখি। ঐগীদমক চেচেম্না? মহাক্না কদায়দগী য়াম্না লডু, হৈঙাল লৌরুরিবা। অদুগা মখোয় মশেলসু চাবা লোইরবা মতুংদা ঐগীদমক তোঙানবা শরুক করিগীদমক খাক্লিবা?

খঙনিংমনখ্রদুনা মেম্মীদা অমুক হঙলুরি।

— মেম্মী, চেচেমদি কদায়দগী চানবশিং অসি লৌরুরিবা?

ঐগী পংলবা ৱাহং অদুদা মেম্মীনা খুল্লকখি।

— দুকান্দগী লৈরুবা নত্তেয়ে। চেচেম ইবানিনা মখোয়গী ময়ুমদগী পুরকপনে।

— এ! নঙদি চেচেমহোয়দা করিগী চৎলুরিবা?

— মখোয়গী ময়ুমদা চৎপবু য়াদ্রবরো?

— নত্তে, করি থবক্কী চৎলুবনো হায়বনে?

— অদুদি খঙদে। চেচেম্না মখোয়গী মপামদা চৎলুসি হায়বদুদা ঐগা চৎলুবনি।

অমুক মখাতানা হঙনিংঙাই লৈখিদে। মেম্মীগী পাউখুমদু তারগা ঙহাক্তং তুমিন্না লৈরুরি। ঐগী ইতৌ অদুদা মহাক ঐবু মুন্না য়েংলকখি। মমৈথংদা উপায় লৈত্রমাল্লে ঐবু শংত্রিক য়েংলগা হায়রকই,

— তামোচা, নঙ লোইনা চাউকো। চেচেম্না লোইনমক চাউ হায়রকই।

বাহৈশিং অসি হায়রল্লগা মেম্মী চৎখ্রে। মহাক চৎখ্রবা মতুং ফনা কুইবা ফাওবা ঐহাক উংদুনা লৈখি। মাংদা লৈরিবা অথুম অহাওগী প্লেৎ অদুদা চেচেমগী ইংলবা মাইথোঙদু উরকই।

তশেংনমক ঐহাক বা ঙাংবা পামজবা অমনি। ঐ ইথন্তা ঙাংজবা নৎতনা মীওই অতৈগী মফমদা ঙাংজবা ঐগী অপাম্বনি। ঙসিগী থৌদোক-বাথোক, সমাজ অমদি রাজনিতিগী মরমদা ঐনা খংজবদু মরু ওইনা অতোপ্পা কয়াদা তমজনিংই। মরক মরক্তা ইমুং অসিগী মী খুদিং পুন্দুনা অবা-নুংঙাই বারী শান্নবা মতমদসু ঐহাক্না খংজবদু পুথোক্তুনা পুন্নমকপু তাহল্লি। বারীগী পাউদম মরক থৎতুনা হেক হেক ফাগী তৌবসু ঐগী হৈনবীনি। ঐগী ফাগীদা ইন্দোমচাদি পেনবমখৈ নোকচৈ। মেম্মীসু, চেচেমসু হরাওনা নোকই। মখোয়না নোকপা উরগা ঐগী থম্মোয়সু অপেনবা ফাওই।

'সুলোচনা' চেচেমগী মমিংনি। মেম্মী অমদি মহাক্কী মচেশিংনা চেচেম হায়না মিঙ্গৌখিবদগী ইমুং অসিদা মীপুম খুদিংনা মহাকপু চেচেম কৌখিবনি। ঐসু মখোয়গী মতৌ তমদুনা চেচেম কৌরুরি। চেচেম সুলো পুন্নমক্কী চেচেমনি।

অঙাংশিংবু লুনা তৌজবা চেচেমগী হৌনশানি। মেম্মীবু মহাক্না কৈদৌনুংদা থাদোক্তে। নুমিৎ চুপ্পা মাতগা লোয়নজে। পিক্লিবা মেম্মীসু চেচেমগা লোয়নজবদা নুংঙাইবা পোকচৈ। ইমুংগী থবক থৌরম খুদিংমক মখোয় অনী চংদুনা পাংথোকই।

নোংমা মেম্মী চেল্লক্তুনা ঐগী ইফমদা তম্লরি।

— তামোচা, তামোচা, চেচেমদো মাগী কাদা কন্না নোকহৌরে।

— করিগী? ঐনা হঙখি।

— অদুবুরো, নঙননে ঙরাং ইমানে বাবানে নখোয় অহুম বারী শান্নবদা ফাগী তৌবদো মহাকসু তাহৌএ। মদু নীংশিংলগা নোকইবা।

— চেচেমদি করন্না তাহৌরিবা?

— নখোয়না ৱারী শান্নবদো মহাক্তি থোঙজিন মরুমদা লৈরগা তারিবা। তামোচা নঙনা ঙাংলকপা অদুদা চেচেমদি মচিন মেনশিল্লগা থিক থিক নোকইবা।

মেম্মীগী বাঙাং তারগা থম্মোয়দা নুংঙাইবা ফাওখি। খুদক্তা চেচেমগী মীনোকতু য়েংনিংবা পোক্লকই।

ঐনা মখা অমুক তাখি।

— নঙদি কনা কনাদদি তমলুরে?

— কনাসু তমলুদ্রি।

— অদুদি চৎলো, চেচেমদো মহাক্কী কাদা মথন্তা ঙাইরম্লগনি।

মেম্মী চৎখ্রে। হরাওনা ঐগী ইনাক্তগী হনখ্রে। মহাক্কী হায়রম্লিবা ৱাহৈশিং অসিনা অচুম্বা ওইরম্লবদি চেচেমগী থম্মোয় কয়াদা মীনুংশি লৈরিবা। হৌখ্রবা কয়াবু কাউথোক্তুনা মাগী মাইথোঙদা হরাও মীনোক অমুক নৌহৌনা তমজবদুনি ঐগী অপাম্বসু।

মপামলোমগী মীওই খুদিংমক্লা চেচেমবু ইমুং অসিদা অসুম্মক মখা তানা লৈহন্নিংদে। মপাবুং চন্দ্রবাবু ইতৎ তৎতনা মফমসিদা লাকই। চেচেমবু মখোয়গী নুংঙাইবা য়ুমদা লৈননবা হায়রে। হঞ্জিন হঞ্জিন তক্লরি। মমাইবেম্মা বিনোদিনি ফঙই, মচানুপীবু থেমজিল্লি। মহাক্কী মপুক্লিং হোংনবা কন্না হোৎনজে। চহী নৌরিবী মচানুপীনা নৌনা মপুরোইবা কায়নখিবদা মখোয় অনীদা ফাওখিবা ৱাখল। থুনমক মচানুপীবু মখোয়গী ময়ুমদা পুনিংখিবা। চেচেমগীদমক মখোয়না কয়াদা ৱাখিবা। মতম কুইনা অৱা মৈশা মশক খংলক্তবা মখোয়গী পুন্সিনি। অদুবু ঙসিদি চেচেমগীদমক খনবদা মখোয়গী থম্মোয়দা অৱা মৈশা লাংলরি।

চেচেম চৎলগনি তাবদা ইমুং অসিগী মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা নিংঙমদবা ফাওরি। মীপুম খুদিং তৌফম খংদে। চপ চপ লেপতুনা অমগা অমগা য়েংনৈ। পিরাং শিন্থনৈ। পিক্লিবা মেম্মীগী মখজাই অনীদু পিতনা পুমচোৎ চোৎখ্রে। সরোজিনী মচাগী মপিবু নুংশিনা তৈথোকপিরি। নুংশিবা ৱাহৈনা মচাবু থেমজিল্লি। নহানমখৈ মতৌগা মান্নদবা অৱাবগী শক্লোন অমনা ঙসিদি ইমুং অসিদা কুপশিল্লরে।

ৱাফম অসি অহানবদা ঐ থাজরমদে। অদুবু ইন্দোমচাগী ৱাহৈনা ঐগী থাজববু কায়হনখি। অরেমবা তাহনখি। ঐ তৌফম খংখিদে। চেচেমবু মফম অসিদগী কদায়দসু

চৎহন্নিংখিদে। মতম চুপ্পা লেংদনা লৈহন্নিংই। অদুবু, করম্না মহাকপু চৎকনু খামলুগনি? ঐগী করি পাঙ্গল লৈদুনা মমা মপাগী অপাম্বগী মাইয়োক্তা লেপলুগনি?

শোইদনমক চৎলগনি। হয়েংদগীদি য়ুম অসিদা চেচেমবু অমুক উবা ফংলরোই। মহাক য়াওদ্রবা মফম অসি ইহাং হাংহৌরগনি। মহাক্কী নিংথিরবা শক্তম, মদুদা তারিবা ইংলবা মাইথোঙ অমসুং মহাক্কী চম্লবা থম্মোয় অদুদি চেচেম্না চৎখ্রবসু ঐগী থম্মোয়নুংদা অদুমক লৈহৌরগনি।

অদুবু তৎতনা ঐগী থম্মোয়দা হঙজনিংখিবদি মফম অসিবু চেচেম্না মতম চুপ্পগী ওইনা থাদোক্লগদ্রা? য়ুম অসিগা চেচেমগা অমুক হন্না মরী লৈনররোইদ্রা?○

# খুড়া মোহোনগী ভোট

মফম খুদিং ইরাং লাংখ্রে। লৈরক-খুল্লক, লম্বেল-শড়ক, কৈথেল, হোটেল, দুকান্নচিংবা পুম্বা ভোটকী ৱারী ঙাক্তা ঙাইখ্রে। ভোট তৌগদবা খজিক্তা মঙাইরে। মণিপুর পুম্বগী জেনেরেল এসেমব্লি ইলেক্সন্নি। লমদমসিগী কাচিন কোয়া থুংনা পাং-থোক্কদৌরিবনি। লাংবসি মী কা হেন্না পুনবা মফম, সহরগী হোটেলশিংদনা অমুক্কা হেল্লি। মফমসিদদি নোং হেক ঙানবদগী নুমিৎ তাবা হোটেল লোনবা ফাওবা মীনা কৃক কৃক ইন্নে। মখল খুদিংগী মী সুনবা লাকই। মসিদা হোটেল মপুশিংদি শর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবগুম হরাওজৈ। কনাগুম্বা খরদি অহিং তুমদবমখৈ হৌগৎতুনা নোং ঙান্দ্রিঙৈদা হোটেল থোঙ হাংনবশু য়াওরি। লোইবা খম্বা নাইদে মখোয়গী ৱারী। কনানা ফৈগা, ফৎতেগা; কনানা পোংইগা, চাওথোকল্লিগা; অমুকতোইবা মখোয় মশেল পুন্নাং লাংই। মরকসিদা চা গ্লাস অমা থক্লগা নোং হেক ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ৱারী শাদুনা মতম লেনবা মীওইসু য়াওরি। মখোয়শিং অদুবুদি হোটেল মপুনা মমিৎ খানা য়েংই। খোইদৌ শাওগৎলি। ভোট নকশিল নকশিল্লগা লাংবসু অসুম হেনগৎলকই।

খুড়া মোহোনগী ইমুংদসু ভোটকী ইরাং য়ৌরক্লে। মসিগী ৱারীনা ইমুংসিগী চাকঙাই ৱারী ওইররি। খুড়া মোহোনগী মশুনুপা য়াইমদুনি ভোট থৱায় য়াম্না য়াওরিবসু। ইমুংসিদা রাজনিতি পুশিল্লকপসু মহাক্নি। মপুবোক অহল অসিগা হেক চানবা হায়বদু থোক্লে। খুড়া মোহোনসু ৱা ঙাংবদদি রাজনিতিৱালা অমদগী হেল্লি। মহাক্কী ইমুংদদি কনানসু মহাকপু য়েৎপিনবা য়াওদে। কনাসু মাগা ৱাফাংনবা পাম্নদে। মশুনুপা য়াইমা, থোইবতদি মরক মরক্তা মহাকপু মাইয়োক্নে। মশুনুপাগী ৱাদা মৈ হৌবমখৈ শাওদুনা ফৎতবা ৱাহৈ হায়দুনা থোইববু চৈবা কোঙ্গাইনি। মাগী মতৌদুদা ময়াম্না থোইববু

খামজিল্লি। মপুবোক অঙাওবগা মান্নরুরিবা করিগীনো হায়দুনা মাবুদুম ময়াম চংদুনা চৈবী। মতম অদুতদা খুড়া মোহোন শাওবা হুম্ভজে। খুড়া মোহোন চহী হুম্ফুতরা কা শুরম্বা য়ারে। মশুনুপা, মশুনুপী অয়াম্বা পাখঙ লৈশাবী ফাদুনা ময়ুম মকৈ পানবা য়াওনখ্রে। অদুবু খুড়া মোহোনদি চহী য়াম্ল-য়াম্লগা নহা মাল্লকই। মী ৱাংই; হৌজিক ফাওবা চপ তিংলি। ইন্দোল ইবেম্লেদি লৈখিদবা কুইরে। চহী মঙা তরুক হায়রক্লে। মচানুপা শ্যাম (থোইবগী মপা) অমদি রাধাচরন, অনীমক হৌজিক্তী মাগী মাগী ইমুংগী মকোক (য়ুম্বুরেল) হায়বদু ওইনরবনি। মমৌনুপী অমসুং মশুনুপীশিং অদুনা নুমিৎচুপ্পগী সেবা নিংথিনা তৌদুনা নুংঙাইহ্না লৈরিবা খুড়ানি। মাগী হায়ববু খবর নুংতিগী পাদুনা সমাজদা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়াগী ঈ-পাওদু মশু-মমৌশিংদা তম্বা, লিদুনা তাহনবা অসিনি। খবরদি নোংমতা পাহৌদবা য়াদে। নোংমতা খবর লাক্তবদা অমদা অমুক হঙ, অমদা অমুক হঙ, ঙহাক্তা লেপ্তে। মহাক্কী মতৌসিদা মচানুপা শ্যাম্না নুংতিগী খবর মরি মঙাদি লৌদুনা থম্মি।

খুড়া মোহোনদি হোটেলদা মীয়ামগুম্না ফমদুনা খবর পাবা তৌদে। হোটেলদসু তোইনা চংদে। মরক মরক্তা অমুক অনীরক্কদি চংবজাৎলা? মদুসু খংদে। হোটেলগী শ্বর ফুনবা মানবা মতৌ, শান্নরিবা মীয়ামগী ৱারী ৱাতাই কয়াদু মহাক্তি হৈনদে। হোটেলদা ফম্লগা হে-শিংবা শাদুনা ঙাংলিবশিংদু মহাক্না করিসু শিংথানদে। উশিংলুদে। মখোয়বু উনরবদি খুড়া মোহোন য়াম্না পোংই। নাপল য়াম্না কাই মখোয়গী মমাংদা। হোটেলদা লৈরম্লিবা মখোয়নসু মহাকপু শিংথানদে। অহল মরক্তা মী লিখৎপদা মাইবম মোহোন হায়দুনা পুম্নমক্না মাবু খংই। নোংমা ফাদোক্না মহাক্না হোটেল মনুংদা চংলক্লবদি লৈবম্লিবা লৈকাইগী মীওইশিংদু মহাক থোকখিদ্রিফাও মাইকৈ অমৱোমদা মমায় লৈথোক্নুনা খাঙই।

অদুবু খুড়া মোহোন মরক মরক্তা মহাক্না লুনা তিন্নজবা মীওই অমা/অনীগা লম্বেল অচৌবদা নুমিদাংৱাই ৱার্কিং হেক চৎলি। লম্বেল-শড়ক্তা মমান্নবশিংগা খংদে, য়ুম - ইখোলদা ইমুংগী মীওইশিংদা খংদে ভোটকী ৱাবু পল্লুরবদি থিনা থিনা ঙাংই। ভোট লেপ্লিবা মীওই খুদিংবু চৈ-থাংই। অফবা, মীয়ামগী সেবা তৌগদবা, মী অমত্তা য়াওদে। অশেংবা অমত্তা নত্তে, পুম্নমক তৌশিন্নরিবনি হায়দুনা মহাক্না য়াম্না অফবা অচুম্বা শাদুনা ঙাংই। মহাক্কী ৱাঙাং তারগা য়াম্না অফবা মীওইদু ওইরমগদবা মাল্লি খুড়া মোহোন। তশেংনমক খুড়া মোহোনগী লীচৎ-শাজৎ লৈকাইগী মীপুম খুদিংনা খংই। মরুওইনা নহারোলশিংনা মাবু মশক মুন্না খংই। মীগী মরমদা মুন্না য়েংশিনগল্লি হায়দুনা নহারোলশিংবু মহাক্না শাওই।

ভোট খরা ৱাৎলিঙৈদদি খুড়া মোহোন ভোট লেপ্লিবা মীশক খুদিংমকপু ঙাং -শকপনে, হুনবনে, চৈবনে তৌরম্বনি। অদুবু নক্তা নকশিল্লক্লবা, ভোট থাদবা কুইরক্ত্রবা মতমদদি খুড়া মোহোন শেঞ্জাও পায়বা, মী য়াম্না পুনবা মীরেপ হেক্তা থিরকই। অরানবা তৌবা ওইগে ওইয়ু, মশাগীতা খনবা ওইগে ওইসনু শেলবু মরাং কাইরবদি খুড়া মোহোন তপ্না তপ্না নকশিনখি। ভোটকী মমল দক হেক্তা লেপই হায়দুনা অঙাওবা পাখঙ খরনা খুড়া মোহোনবু "খুড়া ফিক্স" হায়না ভোট ময়াদা হেক হেক ফাগি তৌবি। মসিদনি খুড়ানা মৈ হৌবমখৈ শাওরিবা।

নোংমা নুংথিলনি। খুড়া মোহোন শুমাংদা এঞ্জাং-নাপি খরা হৌরিবদু য়েংলি। ইখঙ খঙহৌদনা থোঙ্গালদগী মশুনুপা থোইবগা মাগী মরুপ বসন্তগা চংলকই। মনাক য়ৌরক্লবদা খুড়া মোহোন্না হায়রকই,

- বসন্ত নৎতরা?
- মান্নি ইধৌ। বসন্তনা খুমই।
- লাউ লাউ, চংলকই। ঐ ৱা হায়গে।

খরা তপ্লপ খুড়াগী মনাক তন্না বসন্ত চংশিল্লি। থোইবদি ইমুংলোমদা চংখ্রি।

- ভোট মফমদগীরা? খুড়া মোহোন্না কিৎ নম্মকই।
- নৎতেদা! অশ্বাইফাওবদং চৎলুবনি। বসন্তনা খুম্মী।
- থাজদে, থাজদে ইবো। থোইবগা পুনখ্রবদা ভোটকী নৎতে হায়বা ঐহাক নঙবু শুংথা থাজদে।
- অশেংবনি ইধৌ, ভোটকী মী পুনফমদগী লাকপা নত্তে। থোইবা ইবানি মথকলোমদা অশ্বাই - ফাওবদং কোইথোকলুবনি।
- নখোয়না করিগীনো ভোটতা অদুক য়াম্না থৱায় য়াওশিল্লিববো? করিসু কান্নদবদা।

অমুকসু মখা তারকই খুড়া মোহোন। হন্দক্তী বসন্তসু ইচং থৌরক্লে। হায়রকই,

- ইধৌ, ভোট হায়বসিদি ভোটনিনে। অমনা কাবা, অমনা কাদবা। লেপলিবা মখোয় লোয়নমক কাগে হায়বদি কদাইদগী য়াগনি।
- অদুবু নখোয়না করিগীনো মাগীদমক কন্না চেল্লিবদুবো? শেল খরা পায়রগা, ইনাক খুনবা ইমুং খরা শঙ্গ তৌরগা অমদি মী খরা য়াম্না হেক তিল্লগা ভোট হেক কাগদবা নৎতেনে। মীয়ামগী মীনুংশি হায়বা অমসু লৈরিবনিনে। প্রেমদি ইয়াও য়াওদনা।

বসন্তনা খুন্নকই,

— হৌজিক্কি মতমদবু মীনুংশি য়াম্না লৈ হায়দুনা করি তৌগদৌরিবনো? শেল লৈত্রবা, শেঞ্জাও পায়বা মীওইশিংগা শঙ্গ তৌদবা মীনবু ভোট কাবা হৌনব্রা? ইধৌসু অমুক্তা খল্লুনে, অচুম্বা তৌই, মীনা য়াম্না নুংশিবী হায়দুনা শেলদি লৈতনা অদুগা মী শঙ্গসু তৌদনা ভোট হেক্তা লেপ্পা য়াবরো? ভোট লেপ্পদা কাব্রনে?

— অদুবুদি চুমই। অদুদা নখোয়না তৌরিবসিদি য়েংবদা মিৎ নাবা য়াওরেনে। নখোয়বু খিৎ হেনমল্লে হায়' ব্রানি।

খুড়া মোহোন হন্দক্তি তপথরকই। খুড়া মোহোন্না শ্বর খজিক হম্থখিবা তাঞ্জা য়েংদুনা বসন্তনা অমুকসু শমথরকই,

— অতৈ অতৈদি লাইরি, ইধৌবু হন্দক্কীসিবু কনাদা চৎকদৌরিবনো?

অকনবদরো? অশোনবদরো? থোইবনা হায়ববু ভোট নুমিত্তা কান্নবা খরা . ।

— নপা থোরাই মচা!

খুড়া মোহোন ফ্রং শাওগৎলকই। বসন্ত খঙপ্রেক খঙই; মনাক্তগী চেম্থোকই। তাঞ্জাদুদা থোইবসু ইমুংদগী থোরক্লে। মখোয় অনী অদুমক থোকমিন্নখ্রে। খুড়া মোহোন ঙাংহৌরি।

"মখোয়গীদুম ফনবা হায়বিরগা মীগী অধিকারদা মখোয়নসু ...।"

ভোট নুমিৎনি। লমজাও শড়কসি মীনা পুমনিল নিনখ্রে। অয়ুক অঙনবদগী খুড়া মোহোনগী ইমুংসু ইরাং লাংলি। অমগা অমগা ঙাংনৈ। শোন্নৈ। নোক খেবসু য়াওরি। অদুবু নুংঙাইরবা নুমিৎ অসিদা খুড়া মোহোনদি ময়াম্না লাংলিবদু য়াওদে। তোঙান্না মথন্তা নাইতোম লৈরি। মহাক্কী মাইথোঙদা হরাওবা, নুংঙাইবগী মমি উবা ফংদে। অয়ুক য়াহৌরকপদগী মহাক্কী থম্মোয়দা পেন্দবা, নিংঙমদবা অমা কন্না হৌরক্লি। ইমুংগী মী মখৈসু মথং মথং য়ুমদগী মপান থোক্নখিবদগী চাওরবা ইমুং অসি হৌজিক্তি ইহাং হাংহৌরে। মখোয় অমা অনী নৎতনা মফমসি পুমচিক চিক্লে। তশেংনমক ঙসিগী খুড়া মোহোনগী থম্মোয়দা তারিবা লায়না অসিমক ঙসিতা হৌরকপা নত্তে। ঙরাং নুমিদাংব্রাইদগী হুম্লকখিবা নোংলৈ-নুংশিৎনি। মহাক্কী মশাদা য়াম্না লাংতক্নবা অমসু য়াওরি। করি করম্বা মওং ওইরিগদবা কনামত্তা খংদে। মমৌনুপীনা মাগীদমক লুক শেম শাবা লোইখ্রে। অদুবু মহাক্কী মশাদা চাক চাবগী ব্রাখল চংদে। অদুম্মক উংদুনা লৈ। থোঙ্গাল্লোমদা কনা কনা চংলকপগে তোইনা য়েংই। ভোট

থাদনবা হৌখ্রে। হান্নদগী লাংতক্লবা হেঞ্জিল্লকই। কনাগুম্বা অমবু ঙাইবগুমসু উই খুড়া মোহোন। খংদে কনাবু ঙাইরিবা। ভোট তৌবা খুদিংগী নোংমা নীনি ব্রাৎলিঙৈদা মীওই অমা অনীদি খুড়া মোহোনবু উনবা হেক হেক লাকই। মীখল তৌবা খুদিংগী অমুক্তা লেপতে। ঙহাক লোৎনা চিক্লা ব্রারী শান্নরম্লগা অদুম হনখি মখোয়শিংদু। কুইদে। খুড়া মোহোনসু নোক খেদুনা অদুমক লৈহৌই। মখোয়গী ব্রারীদু করিবু ওইরিগবা। মখোয়শিংদুনবু লাক্লবদি খুড়া মোহোন শাওনিংলম্লবসু অদুমক মথন্তা হন্থজখি। মহাক্লদুম খরা তোইনা লাকহন্নিংবা জাৎনি মখোয়শিংদু। অসিগুম্বা মীওইশিং অদুবুরা ঙসি খুড়া মোহোন্না লাংতক্লনা ঙাইরিবদু। অদুবু ঙসিদি খুড়া মোহোনগী মনাক্তা কনাগুম্বা মীওই অমত্তসু লাকত্রে। মসিনা ওইবা তায় খুড়া মোহোনগী মাইথোঙদা নহানমখৈগা মান্নদবা মওং অমা লাকলিবদু।

অয়ুক্কী পুং তরামাথোই তাখ্রে। খুড়া মোহোন চাক চাননবা তৌরকই। চংশিন্দুনা চাবা হৌই। মমৌনুপীনা শেমজবা এঞ্জাং মথেলশিং অদুদা পুক্লিং চংলুদে। মহাও খংদে। পুম্নমক ইচম চমলে। লোইশিল্লে। মতুংদা ঙহাক মতম লৌদুনা অৱা পোৎথাই। পোৎথাজে হায়বতনি খুড়া মোহোন পোৎথাবা ফংদে। মখোইদৌ শাওগৎলক্লে। মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লকই। ওম্থোকপা মতৌ হায়বদুনি। য়েংবদা নোকনিংবা ফাওরকই। হন্দক্তি খুড়া মোহোন মপুক্লিংদা ব্রারৌবা পোক্লক্লে। খল্লকই। ভোট থাদবা চৎলগুমশিরা! ফনা কুইনা খল্লি। চেক মোক লাওদে। মমৈথংদদি মথন্তা নুংশিবা পোক্লক্লে। তনহৌ হৌদুনা শেৎলিবা মফি হোংদোকই। অহনবা ফুরিৎ ফৈজোম শেৎতুনা খুড়া মোহোন মহাক্কী মমল য়াম্লবা ভোটতুগা লোইননা য়ুমদগী মপাল থোকলক্লে।

লম্বেলদা মী মক্তনা পিক থল্লমলে। থোঙ্গাল খুদিংসু মী চবুন চবুন পুন্দুনা কুম্মৈ য়েংনরম্মি। খুড়া মোহোন কনাবুসু য়েংলুদনা প্রপ প্রপ লাকই। ভোট থাদফম্না স্কুলদনি। মখোয়গী মখা থংবদা খরা চৎলগা লৈরি। খরা চৎপা হৌবগা করিগুম্বা অমা খঙনিং নীংশিলকপগুম তৌই। মখুৎ অনী চংদুনা ফুরিৎখাও মারকই। কাউরম্লে। মহাক্কী মমিং, ভোটর নম্বর ইবা চে মচেৎ অদু ঙরাংনা মশুনুপা থোইবনা পুরক্তুনা পিরম্লবনি। খুড়া মোহোন লকক তৌই। কোইনা য়েংলকই। নক্লা লৈরিবা পোল্লিং কেম্প অমদা চংশিন্দুনা অমুক নৌনা ইর্হল্লি। হেক লোইবগা পন্থদনা খুড়া মোহোন ভোট থাদফম স্কুল তম্লকই। মতমসু নুংথিলগী পুং অনী তারক্লে। মীওই মঙা তরুকসু ভোট থাদগদৌবগী অহান অকোন নাইনা লেপতুনা লৈরমলি। খুড়া মোহোন চংশিল্লকলে। মনাক্তুদা পুলিসকী মীওই খরসু ময়ামদুবু ঙাক্লি। মথং মথং লোইখিদুনা

খুড়া মোহোন ভোট থাদফম কা মনুংদা চংশিল্লকলে। মনুংদুদা লৈরম্লিবা ময়ামদু পুল্লপ মাবু য়েংলকই। খুড়া মোহোন মহাক্কী মমিং ইবা চে মচেৎতু ময়াইদা ফল্লমলিবা নুপাদুদা পিশিল্লি। চেদুদা মুন্না য়েংলগা নুপাদুনা লাওরকই – সেঃ নঃ ৪২৬, মাইবম মোহোন সিংহ।

– থাদখ্রে।

ময়াম মরক্তগী এজেন্ট ওইবা মখোয় অনীখক্লা চপ মান্ননা খুম্লকই।

খুড়া মোহোন পিং লাওই। ইঙক ঙকই। হায়রকই,

– ঐহাকপো?

– মান্নি, সেঃ নঃ ৪২৬, মাইবম মোহোন সিংহ থাদখ্রে।

অমুক্কসু মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা হায়রকই। মতাংদুদা লৈরম্লিবা মখৈসু মহৈ মহৈ থাদখ্রে হায়না শোন্নরকই। খুড়া মোহোন ঙকপনা লোইরে। মমায় ইমক মকশিল্লি। ময়াম মমাং অদুদা চপ লেপতুনা হায়রকই,

– ঐহাকনি মাইবম মোহোন। হৌজিক্তা ভোট থাদবা চংলকপনি। মমাংদসু লাকখিদ্রি। অমুক্তা মুন্না য়েংঙউ মিং নুংগা শোইনবা ওইরমগনি।

– য়াররোই খুড়া, অমত্তা শোইনদে হান্ননা থাদখ্রবনি। ঐখোয় লোইনা মার্ক তৌহৌরবনি।

অমনা অমুক হায়রকই।

লৈরমল্লিবা পুন্নমক নুপাদুগী মীচংদা লেপ্লকই। খুড়া মোহোন মথন্তা নাইতোম তারে। মশাদু শাওখিবনা থক থক নিক্লকই। খৌরি চরম ফুনগৎপগুম তৌরকই। অদুবু উপায় লৈতে। অমুক মখা তারমদনা মমায় ফৎ লৈদুনা কাদুদগী থোকখ্রে। ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা চুমদ্রিং লাকই। মখোয় মী অনী অহুমসু ভোট থাদগদৌবগী পরেং লেপতুনা লৈরম্মী। ময়াম মরক্তগী খুড়া মোহোনহোইগী মখাথংদা লৈবা ইবোবীনা হায়রকই,

– তাদ, ভোট থাদবিরম্লব্রা?

খুড়া মোহোন হন্না অমুক য়েংলমদনা অদুমক লাক্লে। ○

# ঈরোনবগী মহাও

— ঙসিগী এঞ্জাংগা অমত্তা লৈতেকো। পৈশা খরা পীরমউ।

— লৈত্রগা তোকএদনা। শেলসু মনা অমত্তা য়াওদে।

পাউখুমদু তাবদা সুভাসিনী পিং লাওই। খংশাউ শাউনিংলকই। মপুরোইববু চোংশিন্দুনা কল্লক পেন্না চৈনিংলকই। অদুবু মদুমক্তি হেক তৌরুদে। ময়া ক্রক চিক্তুনা মমিৎ মমায় ঙশং ঙাংনা ওজা নিল্লোদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

— জ্বার শান্ননবদি লৈগ্নি। নোংমত্তা ৱাৎলোই। ময়ুমদা মতু-মচাগী চাননবা হেক হায়রুরবদি নোংমত্তা মশানা খঙনা পুথোক্তুনা পিরোই। করম্বা মীনো সিবো? করি লাইনা শারকপনো?

ওজা নিল্লো কা হেন্না শাওনিংলুদে। ইতৎ হেক তৎতনা সুভাসিনীনা মশুন্না তৌবসি মহাক থেংনরবনি। সুভাসিনীগী মতৌদু মশাগী হৈনবীনি খন্দোকই। সুভাসিনীরোমদা ওনশিল্লদুনা তপ্লপ্না হায়রকই,

— পৈশা অমত্তা য়াওদে। ঙসিদি পৎ তৎলে। এঞ্জাং লৈনবদি লাইরদনা ঐগী চুরুৎ মচৈ অমত্তং লৈনবা শেল ফাওবা লৈত্রিবনি।

— লৈত্রবদি তোকলেদনা। এঞ্জাং থোংনবা লৈত্রবনিনা চাকসু চরা হেনবা তারেদনা।

সুভাসিনীনা অমুক মখা তারকই।

ওজা নিল্লো ঙহাক্তং তুমিন লৈ। ৱা ঙাংদে। মমায়দু কোইহ্নৈ লৈদুনা অতিয়াথক্তা য়েংখৎলকই। হায়ফেৎসু করিনো খনবগুমসু তৌই। ঙহাক চিক্লা লৈরুরগা সুভাসিনীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

— নহাক্কীগা শেল-থুমগা করিমত্তা লৈত্রবরা? ঙসিগী এঞ্জাং অসিমদি কনাদগী পুবরা খোৎপরা অঙাংশিং চরা হেন্দনবা নহাক্কা উপায় অমত্তং য়েংঙুদনা।

— ঙমদে, ঙমদে; ঐখোয় ঙমজদে। লৈকাইসে পুদবা অমত্তা য়াওদ্রে। হায়মনবদগী কনানসু নুংশিবিদ্রে। ঐখোয়গী শকসে উরগা পিসুম শুক্রুরবনি।

ঐদি হায়জরিবসিনি, চরা হেন্নিংদ্রবদি ঙসি নুমিদাংগী এঞ্জাং পুবিরকউ। চাকখুমগা ইকোক কোক্রুবনি।

মহাক্কী নুপীগী ৱাদু তারগা ওজা নিল্লো উপায় লৈতে। মরায়বক্তা মখুৎ পায়দুনা য়াম্না তোন্না লেপ্লকই। মথা শাবা হেনগৎলকই। অমুকসু মখুৎনা ফুরিৎখাউদা মারকই। মদুসু ইহাং হাংই। চুরুৎ-বেড়ি মতৎ অমফাওবা থেংনদে। খোইদৌ শাওগৎলকই। মমৈদদি ফল তাবা ঙমদ্রমাল্লে ওজা নিল্লো থোক্ল-থোক্লবা হায়'দুনি খল্লকলে। কনাদসু অমুক য়েংলমদনা শড়কলোমদা থোকখ্রে।

ওজা নিল্লো স্কুল ওজানি। চহী ফন্না কুইরক্লে মহাক্কা ওজা ওইরকলিবসি। মখোয়গী মনাক্তা লৈরিবা হাইস্কুল অদুদনি। মশাগী চহী অদুক য়াম্বদি নত্তে। চহী য়াঙ্খে তানখৎলকপদা ঙাইরি। অদুবু স্কুলদা অহল ওইববা ওজাশিংগা লোয়নবনা মহাকসু অহল মাল্লে। ৱাখলসু অহল ওইরে। মশাগী চহীগা ওইরিবা ফিভমগা চান্নদে। মহাক্কা তোইনা তিন্নজবা ওজা অনী অহুমসু লৈরি। মকোয় অসিতগনি ওজা নিল্লোনা মতম চুপ্পগী লোয়নজরিবা। থা খুদিংগী তলবসু লেপ্তনা লাক্লিবনি। অদুবু ইমুংগী খরচনা হেঞ্জিল্লকই। হান্নগী লৈজরিবা ময়ামদুগী মথক্তা অনৌ অনৌবা পোৎলম কয়াসু হাপকৎলকই। মহাক্কী তলব খরদুনদি মচাশিং, সুভাসিনী অমদি মহাক মশামক্কী চাদিং কোন্নবা ঙমদে। মসি উবদগী মহাক মশামক্তি খরচ ইতৌ তৌজদ্রবনি। অদুবু ওজা নিল্লোগী হৈনবী অমদি অদুমক লৈরি। নোংমাইজিং নুমিৎ নত্রগা স্কুল ছুটি লৈবা নুমিৎ ওইরবদি মখোয় অহুম মরি জ্বার চে পায়দুনা মখোঙ ফম্বা হায়বসিদি শুকসোই শোইদ্রবনি। মসিমত্তংদি ওজা নিল্লো ইতোক তোকপা ঙমদে। মহাক্কবু মী শুরদুনা মখোঙ ফমখ্রবদি চাগনি থক্কনি অমত্তা নীংশিংলুবা নত্তে। মসিদনি ওজাগী নুপী সুভাসিনীনা মৈ হৌবমখৈ শাওরিবসু।

সুভাসিনী নহা ওইজরীবনি। চহী নিফু খজিক্তমক হেল্লি। অদুবু ওজা নিল্লোগা চহী শাংনা লোইনদুনা লাকপনা য়ুম পানবগী হিরমসিদদি থোইদোক্লা নোজরিবী হায়বদু ওইদ্রে। মতোমতনা ইমুং অসি অসুক কুইবসে পুরক্লিবনি। অহল ওইরবী মমা অমসুং ময়াম্বগী মফমদগী ওজা নিল্লোনা তোঙান্না হেক চাবা নুমিৎ অদুদগী মহাক্কা

ওজা নিঙ্লোগী অফ নুংঙাই, লৈত-লাইর তাথোক-তাশিন ওইদুনা লাক্লুবনি। মচাসু মরি শুরে। নুপী অহুম, নুপা অমত্তং। মচানুপী অহলদুদি ফনা চাউরে। মেত্রিক পরিক্ষা থাখ্রবনি। সুভাসিনী অদুক হাক্লা শাউগনবা নুপী নত্তে। কনাদসু অকায়বা তৌবা পামজদবা নুপীনি। থোইদোক্লদুম মীনুংশি চাওথোকই। মশকসু অদুমক নিংথিজে। ইনাক খুনবা ঙমহৌদ্রবা ওজা নিঙ্লোগী ইমুংদা লৈজরবসু মশাদু অদুমক নোই পেল্লি। কনাগুম্বা ইনাক খুনবা ইঞ্জিন্নিয়ার, ডাক্তরগী ইমুংদা লৈরম্লবদি হাইফেৎ মিৎ থক্লম্বা য়াই। মচাশিং অমদি মপুরোইবগী খনবদা অকে-অমৌদা পুক্লিং চংলুবা থোইনা ঙমদে। অদুবু সুভাসিনী তশেংনমক অকে-অমৌবু পামজদবা নুপী অমদি নত্তে। ওজা নিঙ্লোবুসু থাঙ্গৈমকশেংনা নুংশিজবনি। নুংশিবদুমক্লা মহাকপু শাওবা ঙমহল্লিবনি। য়াম্না তোইনা শাওরুবসু নত্তে। ওজাগী ফৎতবা হৈনবীদুতবু তোক্লবা উপায় অমা ওইনা শিজিন্নরুবতনি। থাগী তলবকী মথক্তা দুকান ভারা শানবগী পৈশাসু থা খুদিংগী লাক্লিবনি। মদুসু করিদা শিজিন্নখিবনো খংহৌদে। হেক্তমক লোইখি।

ওজা নিঙ্লোখোয়গী লৈকাইসি খ্বাইরম্বন্দ বজারগা য়াম্না নক্লরে। শক-চু মান্নদবা, লোল-তিন্নদবা মীতোপ কয়াসু ঙসিদি লৈকাইসিদা পৈররে। য়ুমগী কা অহাংবা, শঙ্গোই অহাংবা খুদিংমক মখোয়না পিক থনখ্রে। য়ুম মপুশিংসু ভারাদি ফজনা লৌই। মসি ফাওবদা অহাংবা মফম খজিক্তংবু লৈরবদি ডমবুর, ফক্লোং খাদুনা লৈবসু অদুমক য়াওই। ওজা নিঙ্লোগী য়ুমদি শড়ক মনাক্তনি। মখোয়গী পরেংদুদি থোঙ্গাল খুদিং দুকান নত্রগা হোটেল হাংদবা ইয়াও য়াওদ্রে। ওজা নিঙ্লোসু লম্বেলগা হেক তাইনবা মহাক্কী য়ুমগী কা অমখক্তি ময়াং নুপা অমদা থাগী ভারা লৌদুনা শান্দোক্লিবনি। ইকুই কুইদরি। চহী মরিমুক্কী মমাংদা নোংমা ময়াংদুনা ওজা নিঙ্লোগী মফমদা দুকান অমত্তং তৌনবা হায়জখিবদু। অহানবদা দুকান মচা অমা তেকলি তেকলি তৌরম্বদগী ঙসিদি ফনা চাওরে মহাক্কী দুকানদু। পোৎচৈ ফংদবা ইয়াও য়াওদরে।

মতমসু ফনা থেংজিল্লক্লে। মমশিনবা হৌরক্লে। সুভাসিনী মেন তাশিল্লক্ত্রে। মপুক্লিংদা চরাংনরকই। মওন মওন খল্লি। মচাশিংগী অমুক খল্লুবদা ইকায়রবসু ইকায়না কনাদগীনো হঙলুরগে নিংলকই। অদুবু মখোঙ হেকমক থাংদোকপদি ঙমদে। থংনবা মিৎকুপ্তা অমুকসু উরকই — লৈকাইগী মচে-মনেম কয়াগী মীনোক মীচৈ। তৌফম খংদে। মচেহোইদগী খরদং নিরুগদবসু ঙরাংতা হৱাই থরাক্তু চরা অমা লৌরুবতা ঙাইরি। ৱাখলদু ইপঙ পঙশিল্লকই। অমুকসু করি অমত্তা তৌদনা অসুমক লেল্লসিরা খল্লকই। অদুবু মচাশিংগী অমুক খল্লুবদা থম্মোয় পুবা ঙল্লকতে। মথং

মথং খল্লিঙৈ নুমিদাংগী পুং তরুক তাশিনখ্রে। মচাশিংদি টি, ভি, দা সিনেমা লাকএ হায়দুনা মচেহোইরোমদা লোয়না চেনখ্রে। মহাক নৎতনা কনাসু ইমুংদা লৈহৌদ্রে। থেঙদা থেংজিল্লক্রবদুদদি সুভাসিনী হৈনিংদবা খোঙথাংদা চাকখুম তম্না চংলকই। উনিংদ্রবা চাকখুমগী দৃর্শনি। য়েংনিংবা পোক্ত্রবা ফিভমশিংদু হন্না য়েংলমদনা পিকতকপা থুমোক মচাদু লৌরগা অমুক মফমদুগী থোরক্লে। মপুক্লিংদা রাম নরেসতা হায়দুনা আলু খরদং শোৎলগে নিংই। মখোয়গী হেক নাকন্দা রাম নরেসকী দুকান লৈরবনি। সুপ্নতগী ফুৎ অনী অহুমদং পাকপা কারক অমখক্লা মহাক্কী দুকানগা মখোয়গী য়ুমগগি লংদাই ওইরি।

ইতৎ হেক তৎতনা ওজা নিল্লোগী ইমুংনা নরেসকী দুকানদগী থুম-থাউ, হৱাই চেংৱাইনচিংবা কয়া শোৎলিবনি। শিংদবসু কোঙ্গাইনি। ময়াং নরেসসু কয়ারক হায়জবনি। করিগুম্বদসু থিনা চৈরিবনি। অদুমকপু ইং তপ্লবা ওজাগী মতৌদা নরেসনা কা হেন্না মখা তারুবা ঙমদে। দুকানসু হৌজিক্তি থোঙ থিংখ্রে। নাকনগী থোঙ মচা অদুমক্তংদি হাংলি। সুভাসিনী থোঙদুদা লিৎশিন্দুনা দুকান মনুংদা চংলকই। কাদু মৈনা পুমঙান ঙাল্লি। তাঞ্জাদুদা রাম নরেসতি গাদিদা ফম্লদুনা করিগুম্বা খরা ইরমলি।

— নরেস, আলু খিক্তা লৌখিগে।

নুপীগী খোঞ্জেলদু তাবদা রাম নরেস মমায় লৈথোরকই। থুম্মোক অমগা লোয়ননা সুভাসিনীনা লেপ্লম্বদু উবদা মহাক্লা হায়রকই,

— শোৎকতৌরিব্রা?

— উম, কোন্না পিরগে। হান্নগীদুগা পুন্না পাশিল্লো।

বাকিনি তাবদা রাম নরেস কয়া হৈনিংবা ফাওদে। অদুমকপু হায়রকই,

— নখোয়না শোৎলিসে য়াম্না য়াম্লেকো।

সুভাসিনী হাইফেৎ মমায় মকশিল্লি। মহাক্লা পুরকপা থুম্মোকতু নাকন্দা থম্লগা ইকায় ইকায়না নরেসতা অমুক মখা তারকই,

— ঙসিগীদি পৎ তৎলে। নখোয় ওজাসু পায় অমত্তা য়াওদনা চৎখ্রে। চাদবদি য়াদবনিনা নঙোন্দা লাক্লিবসিনি।

মহাক্লা ঙাংলকপদু রাম নরেস অমুক তানিংলুদ্রে। মহাক্কী মথৌ তৌখ্রে। অমুক পম্বদনা সুভাসিনীদু আলু হাপ্পা ভোড়াখাউ মনাক্তা চংশিন্দুনা আলু খল্লকই। মমিৎতা মহাক মপুরোইববু উরকই। অসিগুম্বা চিরবা মতমসিদা মহাক্তি শৎ নাম্বোকখি। পুন্নমক অসি নুপী মহাক্তগী দায়িত্ব ওইহৌই। সুভাসিনী আলু খন্না খন্না ৱাখলদা

চৈনা ফংলকই। মপুরোইববু ব্বারৌজরকই। ইকায় ইকায় আলু খল্লিঙৈ, খঙহৌদনা রাম নরেসকী দুকান্দু মৈ খঙমম মমখি।

"হাইমা"

অমম্বদা সুভাসিনীনা শোনবোই লাওবোই হায়রকই। তাঞ্জাদুদা রাম নরেসতি করি তৌখিবনো খংখিদ্রে। মহাক্কী মখোলসু তাখিদ্রে।

"ইস; নরেস, থাদোক ও সে ...।"

অমুকসু সুভাসিনীনা শোল্লকই। মতুংদা কাদু পুমচিক চিকখ্রে। কনাগীসু খোঞ্জেল তাখিদ্রে। অদুবু লম্বেলদা চৎপা গাড়ী কয়াগী মখোলনা কাদুগী অচিকপদি থুগাইরি। নহারোল কয়ানা শড়ক্তা মখোয় মশেল লাওনবগী খোঞ্জেলসু মরক মরক্তা তারি। মতম কয়াম কুইখিবনো খঙহৌদ্রে। মৈ অমুক ঙাম্বোরকপদদি সুভাসিনীগী মফি মরোলদু নাতে চারমদ্রে। মশাগী ফিরোলশিংদু থুনমক শেমজিল শাজিল্লি। মদু হেক লোইবগা মহাক্না পুরকপা থুমোক্তুদা আলু, মোরোক অমসুং তিলহৌ খরা লৌদুনা দুকান্দুদগী থোরক্লে। ইমুং হেক য়ৌবগা ফিজোল অমা হোংদোক্তুনা চাকখুম তম্না চংলক্লে। মতমদু কনাসু ইমুংদা লৈরমদ্রি। থুনমক লৈরং মনাক্তা চংশিনদুনা চাক থোংনবা থৌরাং তৌরকই। মশাদু হেক হেক থগৎপগুম্বা অমসু য়াওরি। অদুবু মতম কুইনা কনাসু মনাক্তা লাকলদ্রবদা মমৈথংদদি নেমথখ্রে।

নুমিদাংগী পুং মাপল তারক্লে। সিনেমা লোইরমাল্লে মচাশিংদু ইমুংদা মথং মথং চংলক্লে। তাঞ্জাদুদা সুভাসিনীসু চাক থোংবা পুমলোই লোইরে। অঙাশিংদু মাগী মাগী শরুক চাননবা লাংনরকই। মখোয়না লাংলিঙৈ তাঞ্জাদুদা ওজা নিল্লোসু লাক্লে। মচা ময়াম্না চারমদাইগী লাংবদু মহাক তুমিন তাই। ব্বা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে। মপুক্লিংদদি চাক ফাওবদি থোংলমইদনা নিংই।

চংশিন্দুনা সুভাসিনীদা করি এঞ্জাং থোঙই হায়না হঙলুবা ঙমদে। অঙাংশিংনা মথং মথং চাবা হৌনখ্রবদা সুভাসিনীনা চংশিল্লক্তুনা হায়রকই,

– বাবাসু চাথোকহৌরোদনা।
– অঙাংশিংগীবু মবুক থল্লগদরা?
  ওজা নিল্লোনা খুল্লকই।
– য়ারনি, মখোয়গী ওক্লবা হাপ্লবনি। ঙসিদি এঞ্জাংসু ঈরোনবা ওইনা তৌরে। নরেসতগী আলু খরা লৌরুরগা মদুনা অদুমক য়ানবা শিল্লবনি।

সুভাসিনীনা হায়রিবদু তারগা ওজা নিল্লো অমুক মখা তানা ঙাংনিংঙাই লৈতে।

নিংথিনা শেম শাদুনা লৈরিবা মাগী চালুক মনাক্তুদা চংশিন্দুনা চাবা হৌই। অঙাংশিং দুসু ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা মখোয় মশেল য়াম্না হাওনা চানরকই। ঙহাক চাবা হৌরবা তুংদা ওজা নিক্লোনা হায়রকই,

— সুভাসিনী, ঙসি নঙগী ঈরোনবসে ওল্লোক্লা হাওখ্রে।

তোঙানবা খুহাও অমা তৌই। নহানমখৈগা শুকমান মান্নদে।

নরেসকী আলুসে নহানমখৈদি কয়া ফৎতবনি। চাবা ইয়া য়াদবনি।

অদুবু ঙসিদি নিংথিনা মহাও লৈখ্রে।

সুভাসিনী খুমদে। তুমিন লৈ। মপুক্লিংদা লোন্না শোল্লকই।

“ঙসিবুদি হাওত্রদি”। ❍

# উপায় লৈতে থৌরানি

জীপ গাড়ীদু মীনা পিক থল্লে। নুপামখৈনা মমাঙগী সিৎতুদা কাখৎতুনা ফল্লে। ঐজ্ঞা গোপালসু মখোয়গী মরক্তা য়াওরি। দ্রাইভরগা থারগা মমাঙদা ফল্লিবদু পুল্লপ্না মখোয় মীওই মরিনি। নুপীমখৈনা মনিংদা কাখৎতুনা তোংলে। মখোয়সু মরি মঙারোম শুই। গাড়ীদু থৌরকলে। পুলিসকী জীপ অমসু মখোয়গী মতুংদা লাকলি। মদুসু খুলাই পায়বা সিফাইশিংনা পুমথন থন্না তোংলি। জীপ মনুংদা থৌরানি শাওখিবনা মশাদু থক থক নিকই। ৱা ঙাংবসু অমুকতোইবা লোইবা নাইদে। মবুকমক্তগী হেক পোকচবা মচানুপীদুবু পন্দুনা ঙাংলি, পেন্না চৈরি। লমচৎ নাইদবী, মমা মপানা হায়বা ইন্দবী, শাগৈ জাৎ তাহনবী, লমহেনবী নুপীনি ঙাংলি। "ঙসিদি খংগনি মশমদু পাযরগা ময়াম মমাংদা কল্লক পেন্না হাইগে ... লৈদা লৈরমসনু ইবেমহল মতিক খংহনগে ..." অসিনচিংবা কয়ানি। অমুকসু, 'ইমাগী ইবেম্মা – ইমাদি মাংজরেদো; নহাক্না তৌরিবসিবু করিনো? নহাকপু করিমত্তা ৱাখল খন্দ্রবরা?" গাড়ী মনুংদুদা ইনফি মচিনা মমায় খুমদুনা হিক হিক কপ্লকই। ময়াম পুন্নমকসু গাড়ী মনুংদা তুমিন তুমিন তোংনৈ। মখোয় অমা অনীদি থৌরানিগী মতৌদুদা মাবু মতেং পাংবসু য়াওরি। মেধাবতিবু মমা মপানা হায়বা ইন্দে; লমহেনবী, মমা মপা ৱাননবা পোক্লকপী মচানি হায়দুনা চৈরি। মমাঙগী ফমফমদা ফল্লিবা ঐজ্ঞাসু মচানুপী অহল মেধাবতিগী মতৌসিদা শাওনিংবা পোকলি। অদুবু মহাক্তি ৱা ঙাংদে। তুমিন তোংলি। মেধাবতিনা অসুম্না তৌরক্কনি হায়বসি মহাক্তি থাজখিদবনি। জ্ঞান তাবি মচানি খনজখিবনি। অদুবু মহাক্কী অহানবা মচানুপীদা মসিমক থোরক্লবসিদা ঐজ্ঞা জ্ঞান মমই। লৈকাইগী ঐজ্ঞাশিং অমদি ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিংগী মমাংদা ইকাইবা ফাওই। মদুমক ওইদুনসু থৌরানিগী

থম্মোয়দা ফাওরিবা পেন্দবগী শাজৎ, অমদি কল্লক কনজাওবগী মওং অদুদি ঐজ্ঞাগী থম্মোয়নুংদা খক তাদে। মচানুপীবু থুনমক ফাদোক্তুনা ময়ুমদা চেকশিন্না থমগে খনবনি। শরৌ কনবি থৌরানিনি। মচানুপীগী মম্বা তাবা-তাদবা নমদুনা মহাকপু নুপাময়ুমদগী লৌথোক্কে নীংলিবনি। য়ারবদি নুপাগী মমা-মপা ফাদুনা মতুং অমুক হন্না তৌদনবা কিহনগে খল্লি। মদুগীদমক পুলিস নেকতুনা লাকলিবনি।

নুপাময়ুম য়ৌরে। থোইনা লাপ্পা নত্তে। য়ুমদু শড়ক্কী হেক মপান্দনি। থোঙ্গাল লাওনা ফাৎলি। গাড়ীদু শড়ক্কী মতাইদা খামদুনা মখোয় মথং মথং কুমথরকই। পুলিসকী জীপতুসু মফমদুদা খামলে। এস,আই, নহাদু হান্না কুমথরক্তুনা থৌরানিগী মনাক তন্না চংশিল্লকই। থৌরানিগা ৱাহৈ খরা শান্নরবা তুংদা মখোয় পুল্লপ্পা থোঙ্গাল মনুংদা চংমিন্নখ্রে। য়ুমদুদা হান্নবা অহল অনী-অহুম লৈরম্মী। পাখঙ মচা অমা অনীসু শুমাং মচি অমদা লেপতুনা লৈরি। ইমুংদু অদুকহাক্লা ইনাক-কৈরাক খুনবা মান্দে। জিঙ্কনা কুপ্পা থাইনগী য়ুমজাওনি। য়েংবদা চহী য়াল্লবা অমনবা মাল্লি। অদুমকপু চাব-থকপদি কয়া ৱাৎতবা ইমুংনি হায়বা লৈরমলিবা অকোয়বগী মওং অদুনা তাকই। মসিগী ওইরোম-য়েৎলোম থংবদা লৈবা য়ুমলোন্নবশিং অদুদি ৱাঙনা ৱাঙনা চেক্কী বিলদিং শারি। ঐজ্ঞানা মাং থাদুনা পুলিসনচিংবা ময়ামদু মরী মরী চংলকপা উবদা হান্না লৈরম্লিবা মখোয়শিংদু ইঙক ঙকই। ৱারী শান্নরম্বদু তোক্তুনা পুলিসশিংদুদা মখোয় লোইনা য়েংলকই। শুমাং ময়াই হেক য়ৌবগা এস, আই, নহাদুনা হঙলকই,

— সিবু, সমরেন্দ্রগী য়ুম নৎত্রা?
— মানি, ইবুংঙো। মফমদুদা লৈরম্বা অহল অমনা খুন্নকই।
— ও, অদুদি, ঐখোয় ময়াম্না লাকচরিবসিগী মরম হান্নবা খংবিরম্লগনি। ঐখোয় নুপীমচাদুবু লৌবা লাকচরিবনি। হৌজিক মহাক্কী অহল লমনসু য়াওরকলি। য়ারবদি নুপীমচাদুবু পুথোকপিরকউ।

পুলিস এস আইদুনা কিৎ হেক নমই। ৱা ঙাংলিবা অহলদু য়ুমসিগী মীওই ওইরমাল্লে। অমুকসু খুল্লকই,

— ইবুংঙো, ঐখোয়সু ৱাফমদু হৌজিক্তা তান্নজরম্লিবনি। করি করম তৌরগা পুন্নমক্কী ফননবা হায়দুনা খন্নজরম্বনি। নুপী ময়ুমদসু পাউ হায়দোকপা লাকচগে হায়না হোৎনরম্লিবনি। ৱাফমসি ঐখোয়সু অহিং পুং অনী রোম তাবদা ফংবতা ঙাইরি। অদুবু ফরে ময়াম্না হান্না লেবিরক্লবনিনা ... অসোমদা, ফিদাদা হান্না অমুক্তা ...।

মসি হায়রগা মহাক্লা মাঙ্গোলদা লৈরিবা চৌক্রি, ফক, মোরানচিংবদা মখুৎনা থিন্দুনা ময়ামবু লেংশিনবিনবা বেব্যার উৎলি।

শাওবনা অচুম অরান মশক খংদ্রবী থৌরানি শুমাং ময়াইদুদগী হায়রকই,

— তাদ, ঐখোয়না লাক্লিবসে মফমসিদা ফমগে হায়দুনা লাকচবা নত্তে। নুপীমচাদো মদুতা লৌজবা লাকচবনি। মহাকপু ঐখোয়দা শিন্নবিয়ু। হৌজিকমক পুজখ্রগে।

থৌরানিনা ৱাফমসি হেক হায়বা লোইবগা ইমুংলোমদগী নুপী অনী-অহুমসু মপান্দা থোরকলে। পুলিসকা লাকপা উবদা থংনরিবা য়ুমলোন কৈরোন্নবা অমদি লৈকাইগী মীওই কয়াসু মফমসিদা লাক্লরে। ঙশাইমখৈ শান্নরম্বা অঙাংমখৈসু মখোয়গী মথৌ কাউথোক্তুনা থৌদোক্তু য়েংলরি। হায়নরুবা তৌদনা মফমদু মীনা পিক থনখ্রে। থৌরানিগী ৱাঙাং অদু তাহৌরমাল্লে খরা ৱাংবী নুপী অমা (সমরেন্দ্রগী মমা ওইরমাল্লে) থোরক্তুনা হায়রকই,

— ইবেম্মা, হৌজিক্তি মফমসিদা অঙাং অনীমক অমত্তা লৈতেনে। ঐখোয়সু পাউ তাবা কুইজদ্রি। মফম কদায়দা লৈরিবনো হঙবা চৎনখ্রি।

থৌরানি হান্নদগী শাওবা ফ্রং হেনগৎলকই। হায়রকই,

— ইচেম্মগী ৱাফমসিদি, নুপাময়ুম্না খঙদনা কনানা খংগদৌরিবনো? ঙসি লাকচরিবসে ইচম চম্না লাকচবা নত্তে। লমহেনবা নুপা মচাদুসু থিক তৌগে অদুগা ইচানুপীদু নমদুনা লৌগে হায়দুনা লাকলিবনি। হৌজিকমক ঐখোয়দা শিন্নবিয়ু নত্রগা মখোয়গী লৈফম খুদকসিদা তাকপিয়ু।

সমরেন্দ্রগী মমা শাওরকলে। থৌরানিদা ওক্সিন্দুনা হায়রকই,

— ইবেম্মগীসিদি ঐখোয় পুলিস য়াওরক্লি সিনিনে।

— মান্নি, অনীমক ফাহন্নগদৌরিবনি। পুলিসকী লোকউপতা থল্লগা ফুহন্নগদৌরিবনি। শাগৈ জাৎ মশক খংদবশিংদো মশক খংহনগে।

মমিৎ মনা ফন্দোক্তুনা থৌরানিনা খুল্লকই।

ৱাফমদুদা শাওখিবনা সমরেন্দ্রগী মমাদু লৈবা য়াদে। চোংশিন্দুনা থৌরানিগী মশম পায়দুনা হাইনিংঙকই। মতৌদু উবদা সমরেন্দ্রগী মপানা মঙোন্দা ওক্সিন্দুনা হায়রকই,

— ঙাইখো থোইবী, নঙ ঙহাক্লা তুমিন্না লৈখোনে। ঐখোয় ময়াম লৈরি। য়ান-য়াননবা ৱারী অদুক শাখিগে। নখোয়না হান্না হেক্তা শাওগৎলিবদো করিগীনো?

সমরেন্দ্রগী মপানা খান্নকলবা অদুদা থোইবী শাওবা খরা হম্নে। ময়াম মমাংদা মপুরোইবগী য়াথং ঙাকই। মপুরোইবনা খান্নমদ্রবদি ঙশাইনা চোংশিন্দুনা থৌরানিগা হাইনরম্নগদবনি। থৌরানিবুসু লাকমিন্নরিবা মখোয় অমা-অনীনা ফাদুনা খামই। তাঞ্জাসিদা, ঙশাইমখৈ য়েংদুনা লৈরিবা ঐজ্ঞা গোপালনা চংশিল্লক্কুনা সমরেন্দ্রগী মপা তম্না হায়বকই,

— অসুম্না তৌবনি। নুপীমচাদু ঐগীদি ইচানুপীনি। ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপীনি। জাৎ তিন্নদবা কাংলুপতা থোক্লবনিনা ঐখোয়গী চৎনবীনসু য়াদে। মরম অদুনা অঙাং অনীগী লৈফমদু ঐখোয়দা তাকপিয়ু। ঐখোয়না চৎতুনা থুনমক খাইদোক্লবা তৌজহৌগে।

সমরেন্দ্র মপাদু হাইফেৎ মমায় মকশিল্লি। অদুবু মহাক্তি অদুক হক্লা ৱারৌবা তৌদে। মতম চুপ্পা ইংনা তপ্না লৈজবা মীওইনি। খুম্নকই,

— ফরে, ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি। অঙাং অনীগী মরাইবকসু অদু মঙাইরে। অমগীসু অমগীসু কায়দনবা হোৎনবা তারে। ইবুংঙোহোয়গী অপাম্বসু ঐখোয় খঙজরে। মসিদা করিমত্তা য়েৎচরোই। অদুবু থৌদোকসি ঙরাংতা থোকপনিদো। নুপামচা অমা লাক্কুনা পাউসি ঐখোয়দা পিরম্বনি। মহাক্না হাইফেৎ পল্লম্বদি লংথবালদা নুপামচাদুগী মনে অমা লৈ। মফমদুদা ঙরাং অহিংসিমা লেকই হায়না তম্লম্মী। ঙসিগীদি কদায়দা অমুক চৎলমগদবা ঈ-পাউ অমত্তা হৌজিক ফাওবা ফংদ্রিবনি।

ৱাফমদু পুলিস এস, আই, নহাদুসু তাই। খঙহৌদনা মহাক্না হায়রকই,

— অদুদি মফমদুদা হায়ফেৎতং চৎতুনা য়েংলুবনা ফত্রা? ঐজ্ঞাগীদি করি অপাম্বা লৈবগে?

— ঐগীদি করিসু কায়দে। মখোয়বু ফংননবা থিবা অসিখক্তনি। ঐজ্ঞানা খুমই।

এস, আই, নহাদু থৌরানিগী মনাক তম্না চংশিনখ্রে। করি করিনো ৱা খরা লোন্না তান্নরি। মীকুপ খরগী মতুংদা ময়াম পুল্লাং লাংই। লাংথবালদা মখোয়না লৈরম্বা মফমদুদা চৎলসি হায়নরকই।

খুদক্কুদা পুলিস নহাদু সমরেন্দ্র মপাগী মনাক তম্না চংশিল্লক্কুনা হায়রকই,

— খুড়াসু ময়াম লেংগদৌরিবসিদা ঙহাক্তং য়াওরুসি।

— য়ানি য়ানি, ইবুংঙো। অদুদি ঐহাক ফি অমত্তা হোংদোকখিগে।

মসি হায়রগা মহাক ইমুংলোমদা চংখ্রে। নুপাময়ুমগী মী মখৈদু তুমিন তুমিন

লৈনৈ। তৌরিবা মতৌদু ইঙক ঙকই। ঙহাক লৈরগা সমরেন্দ্র মপা থোরকলে। থোইবীদা 'চৎলুখিগে' হায়রল্লগা থোঙ্গাল তম্না থোকখ্রে। শড়ক য়ৌরবদা খাম্দুনা লৈরিবা পুলিসকী গাড়ীদুদা এস, আই, নহাদুনা হায়দুনা মখোয় অনীমক কাখৎতুনা ফমখ্রে। মহাক্না হেক তোংখৎপগা গাড়ী থৌরকলে। থৌরানিহোয়গী জীপতুসু তপ্না তপ্না মতুং ইন্নখ্রে। মখোয়না চৎখিবদু নহা-অহল খাক্তনা য়েংহৌরি।

লংথবালদা লৈরমদ্রে। মখোয়না থুংলগদবা পুং অমরোমগী মমাংদা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখরে হায়না পাউ তমলে। থৌরানি তপথবা য়াদে। পুলিস এস, আই, নহাদুবু কৌদুনা লোন্না চিক্না ৱারী তৌই। মতুংদা পুলিস গাড়ীদু সমরেন্দ্র মপাবু পুদুনা চৎখ্রে। মখোয়গী জীপতুসু অমুক হন্না ময়ুম তম্না লাকলে।

নুমিৎ নীনি হৌখ্রে। মসিফাওবা মচানুপীগী মপাউ ফংদে। অচুম্বরা অরানবরা খংদে মেধাবতিগা সমরেন্দ্রগদু য়াম্না থাপ্না লৱাই মচি অমদা থৈখ্রে ঙাংনরকই। থৌরানিসু মসি তাদবা নত্তে। খল্লুরগা মপুক্লিং পংশাওদা শাওগৎলি। মীফৎতবা পাখঙদুনা মচানুপীবু মোইথেম তৌবিদুনা পুবিরিবনি খল্লি। অদুবু মসি তশেংনমক চুম্লব্রা হায়বদুদি মহাক্কী মপুক্লিংদা লেপ্পা ঙমদে। নুমিৎ নীনি সুরবনি নুপামচাদুগী মপাদু পুলিসকী মখুৎতা লৈরকপসু। শোয়দনমক ইকুই কুইদনা মখোয় অনী পুলিসতা চংজরক্কনি খল্লিবনি থৌরানি। কয়াম কুইনা মখোয়না লোৎপা ঙমগদৌরিবনো? মসিগী মথক্তা পুলিসকী কাংবুনসু লেপ্পা লৈতনা মখোয়বু থিরিবনি। ইতৎ হেক তুংতনা এস, আই, নহাদুগা থৌরানিগা পাউ লৌনরিবনি। মসিগীদমক চাদিং কয়া অমসু তিংলবনি।

হুমনিশুবগী অয়ুক্তা পুলিসকী জীপতু থৌরানিহোয় তম্না লাকই। চুমদ্রিং থৌজিল্লক্তুনা লাইশঙ ময়া নক্না শুমাংদা গাড়ী খামই। পুলিস এস, আইদু হান্না কুমথরকই। মথংদা মমায়দু খজিক্তং ফাৎলগা মকোক্তু ফিন্না থুংনা কুপশিল্লগা মেধাবতি গাড়ীদগী কুমথরকই। হেক কুমথবগা কনাদসু য়েংলমদনা থুনা য়াংনা ইমুং তম্না চংখ্রে। খুদক্তুদা থৌরানি থোরকই। ঐজ্ঞাসু ময়ামগী মনাক তম্না লাকই। পুলিস এস, আইদুনা পাউ লোইনা তমলে। হৌজিক্তা সমরেন্দ্রগী মখুড়া, মনেনচিংবা মখোয় খরা পুলিস ষ্টেসন্দা লাক্তুনা মখোয় অনী শিন্নরবনি। সমরেন্দ্রগী মপাসু থাদোকলে। অদুবু সমরেন্দ্রদি লৈহৌরি। ঐজ্ঞাগোপাল মচানুপী ফংলবদা নুংঙাইবা ফাওই। থৌরানিসু পুক্লিং খরা লৈতাবা ফংই। ঙমসু ঙমলোইদবদা মখোয়না হায়দুনা কল্লক পেন্না পোংই। নখোয় ময়াম্না হোৎনবিদুনা ইচানুপী ফংলিবনি হায়দুনা ঐজ্ঞানা লাক্লিবা পুলিসশিং অদুগীদমক চান-থক্লবা,

চানচিংবা কয়া হায়দুনা কোইচেন চেল্লি। হোটেলদগী চা-বোরানচিংবা কয়া য়ামলেম্মখৈ পুরক্লুনা মখোয়দা পিজরে। মতুংদা, ঐজ্ঞা অমদি থৌরানি অনীদা চৎলগে হায়রল্লগা পুলিসশিংদু হনখ্রে।

নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে। থা ফাজিল্লকলে। মেধাবতি য়ুমদগী মফম কৈদসু চৎখিদ্রে। ঐজ্ঞানসু কুপ্পা শেন্নদুনা লৈরে। ইমুং মনুংগা মরী লৈনবা মপানগী থবক থৌরম কয়াদা মহাকপু য়াওহনখিদ্রে। মহাক্লসু য়াওনিংবা পোকলুদে। লৈরিবা মনাওনুপীশিং অমদি মৌপ্পাশিংনা ঙন্নমক মহুৎ শিনখ্রে। থৌবানিগা তোইনা লোইনগনবী, মখোয়গী ইমুং মনুংদতা নৈদুনা লৈবী মৌ নহা মখোয় অমা-অনীনসু হেক হেক অঙম্বা মতেং পাংলি। ঐজ্ঞা গোপাল অহল অদুক য়াম্না ওইবা নত্তে। চহী য়াঙ্খেমঙা য়াঙ্খেতরুক্কী মীওইনি। মমা মপানা পোক্লম্বা মখোয় মচিন মৌপ্পা অহুমখক্তনি। নুপাদা ঐজ্ঞা গোপাল মথন্তনি। মথক্তা মচে অমগা, মখাদা মহাক্কী মচন্নুপী অমগা লৈরি। মখোয়দি লোইনা ময়ুম পানখ্রে। কুইরে। মমা মপা অনীনা মরল মথুম মরাং কায়না থম্বিরমই। লাইশঙ মন্দিরসু ফজনা শারি। মী য়াম্না চনবা মান্ধব অচৌবা অমসু লাইশঙগী হেক মখাথংদা লৈরি। মান্ধব মফমদুদি মীতৈ শাগে অমনা লাইগী মিংদা থাইনা কৎখিবনি। সরকারগী থবক অমত্তা তৌহৌদ্রবসু ঐজ্ঞা গোপাল চাবা থকপা ৱাৎতে। নিংথিনা লাই সেবা তৌদুনা নুংঙাইনা হিংলিবা ঐজ্ঞানি। মচাসু মঙা ফংজে। নুপী অহুম, নুপা অনী অসিনি। মেধাবতিনা খ্বাইগী অহলনি। ঐজ্ঞাগী নুপী থৌরানি ইবেমহল, মহাক্কীদি পুম্সিগী লোইনবীনি। মমা মপানা থিবিরম্বা নত্তে। ইবেমহলনা লৈশারিঙৈদা থেংনদুনা মশা মশা নুংশিনদুনা য়ুম পাল্লকপনি। ইবেমহলবু য়ুম অসিদা মৌ ওইনা পুরকপদা ঐজ্ঞাগী মচে মাধবীনদি কন্না য়াখিদবনি। মৌপ্পানা মীতৈ নিংঙোল অমবু মাগী লোইনবী ওইনা পুরকপসি শাগেগী ইজ্জৎ ময়েং তাবনি খনখিবনি। অদুমকপু মৌপ্পা অমদি ইবেমহলনা শুংথা থানখিদবনা মহাক উপায় লৈখিদে। মমৈথংদদি অদুমক তুমিন্না লৈখ্রে।

মীতৈ নিংঙোল ইবেমহলনা মফম অসিদা মৌ ওইনা লাকখিবসি চহী কুন্নিপাল লোমগী মমাংদনি। ঙসিদি ইবেমহল য়ুমগী মবেম্মা ওইররে। মীয়ামগী থৌরানি মীংথোল ফংলে। মীতৈ নিংঙোলনি হায়বগী ৱাখল পুমকাউ কাউখ্রে। ঐজ্ঞাগী সেবা নিংথিনা তৌদুনা য়ুম পুরকই। মশামক মহৈ হৈজহৌদ্রবসু নুপী অমা ওইবগী হৈ-শিংবদুদি মঙোন্দসু য়াওই। মচাশিংবু নিংথিনা লাইরিক তমহল্লি। মখোয়শিংগী লাইরিক লাইশুগী মরমদা শেল পাম্মুবা লৈতে। লনাই ওজা নেক্লুনা মচাশিংবু অয়ুক নুংথিল

অনীমক্তা লাইরিক তমহল্লি। অদুবু ঐজ্ঞাগী মচাশিংগা লাইরিক্কা কয়া চুনদবনরা করিনো হিরমসিদা কয়া মাই পাকপা উদে। থৌরানিনা হোৎনজবনা হেল্লি। মখোয়না কয়া থৱায় য়াওদে। মেধাবতিদংদি উচিন নাচিন্না বি, এ, লোইহৌরে। মদুসু মখাদি অমুক তমথখিদ্রে। ইকাই থিবনসু হেক মওইবা জাৎনি। অতৈদি ক্লাস অমদা অনীরক, অহুমলক ঙাক্তনি। মদুমক ওইদুনসু লেপ্পা লৈতে থৌরানি মচাশিংগীদমক। থৌরানি থবক সুদনা লৈবা হৈনজদে। ঙহাক্তং শংবদা অমা হেক্তা তৌই। ঙাংবসু লেপতে। ঙাংনা ঙাংনা থবকসু অদুম তৌই। মখোয়গী ইস্কোলগী মমাংদা শড়ক্কা হেক তাইননা হোটেল অমা ফমদুনা মশাগী শিনফম ওইরি। মচাশিংনা মতেং পাংদুনা মাই পাক্লা হোটেল হাংই। থৌরানি ইবেমহলগী হোটেল হায়দুনা লৈকাইদুদা হায়ফেৎ মমিং চৎলি। অরাপ-অরাপ্পা মফমদগী লাক্তুনা মী কয়া মফমসিদা চা থকলৈ। বোরা চারৈ। মী খ্বাইদগী চিল্লিবসু অয়ুক্কী মতমসিনি। থৌরানিগী হোটেলগী তল অমা চাহৌদ্রবদি নুমিৎতুমগী ইহৈ হৈনদবা মীওই কয়া অমা লৈরিবনি। পোৎসু হোংনা অদুমক য়োল্লি। বোরাগদু য়াম্না তৌই। লৈকাইগী নুপী নহা, অহল লমন কয়াসু হোটেলসিদা ফমদুনা মতমগী থৌদোক ৱাথোক, ৱাথি-ৱারেম কয়াসু শারে। মখোয়শিংবু থৌরানিনা থিনা থিনা ঙাংই। অদুবু মখোয়শিংদো করিসু শাওদে। শাওরুবসু ঙমদে। অহোয়নদুম থৌরানিগী হৌনবীনি হায়না মখোয়না খন্দোকই। লৈকাইগী মৌনহা খরদি থৌরানিগী মতেং লৌদুনা হিংবসু য়াওরি। মখোয়শিং অদুদি থৌরানিগী ইমুংগী মীওইগুম মঙাইরে। থৌরানিগী য়ুমগী থবক খুদিংদা মখোয়সু অদুমক য়াওই। করিগুম্বা থৌরানি লৈতবা মতমদদি মখোয়না হোটেল ফাওবা ফমই। হরাও কুমহৈদসু থৌরানি কা হেন্না থৱায় য়াওই। লৈকায়গী নুপী অঙাংগী থবক থৌরম কয়াদসু মহাক্না হেক্তা মাংজিল থারকই। তশেংনমক থৌরানি ইবেমহলসি ঙাংগনবী, শুগনবী লুচিংবী হায়বদুনি। ঐজ্ঞা গোপালসু হোতেল ফম্বা মরক মরক্তা য়াওই। অদুবু মদুমক্না ঐজ্ঞাগী মপুং ওইবা শিনফমদি ওইদে।

থা কয়া হৌখ্রে। মেধাবতিগী ৱাফমদু তপ্না তপ্না কাউখ্রে। মহাক মশাসু হান্নগী মতৌগুম লৈরকলে। নুপা নহাগী ৱাফম শুংপাম পামজদবগুম উরে। ৱাসু কয়া ঙাংদে। থৌরানিসু থৱায় খরা হরাওজরে। ঐজ্ঞাগী মাইথোঙসু মোমোন তৌজবা ফংলে। মখোয়গী মান্ধবতা কুম্মৈ কয়া তৌখ্রে। লিলা কয়া, জগোই-ঈশৈ কয়া পাংথোকখ্রে। পুন্নমকতু মেধাবতি করিমত্তা থৌশারুদে। মমান্নবী কনামত্তা তিন্নদে। মেমচা কৌবী মখোয় মনাক্কী লৈশাবী অমত্তংদি মহাক্না হেক হেক লোইনৈ। মাবুদি অঙাং ওইরিঙৈদগী

তিন্নরক্লবনি। মেমচা মরম ওকপি, হাইবা ইনবী নুপীনি। মরমসিনা মহাক্না লোইনবদা থৌরানিনা করিসু হায়দে। ঐজ্ঞাসু মেমচাবু হরাও হরাও তৌই। মেমচাবু লাক্লবদি মেধাবতিনা মহাক্কী কাদা পুশিন্দুনা কুইবমখৈ ব্লারী শাদুনা, নোক খেদুনা লৈথোকই। থেঙদা থেঙজিল্লক্লবদা থোঙ্গাল ফাওবা থোক্তুনা মেমচাবু থিন্দোকই।

হন্দক্তি থৌরানিসু ব্লাখল অমা লাকলে। মহাক্কী মপুক্লিংগী ব্লাফমদু ঐজ্ঞাদসু খঙহল্লি। অহানবদদি ঐজ্ঞা মচানুপীগী খল্লুবদা ব্লাফমদু খৌতক চারম্বনি। মমৈথংদদি থৌরানিগী ব্লাফমদু য়ানিংবা পোকলে। লোয়ননা থবকতু থুজিন্নবা থৌরাং তৌরকই। থৌরানিগী ব্লাফমদু অতৈ নত্তে। মেধাবতিবু পাৎশোইদা লৈবা বামোন নুপা অমদা থাজখিনবা মচানুপীবু থেম্বনি। নোংমা মেমচাবু তুমিন্না কৌশিন্দুনা থৌরানি মহাক্কী অনিংবদু মেমচাদা ফোংদোকই। 'ফৈ, করি কায়বগে।' হায়দুনা মেমচানা খুমই। মতুং হুমনি লৈরগা ব্লাফমদু মেধাবতিদা খংহল্লব্রা হায়দুনা থৌরানিনা মেমচাবু কৌদুনা হঙই।

– হোয়, ইমা থৌরানি। ঐনা ব্লাফমদু মেধাদা তল্লবনি।
  মেমচানা খুমই।
– মদুদা মহাক্না করিদি হায়?
  লাংতক্লনা থৌরানিনা হঙলকই।
– মহাক্না করিসু হায়দে। মদু তারগা নোক্তুম নোকথোরকই।

থৌরানি হরাওজে। মহাক্কী থৌশিল মহৈ য়াল্লগনি খল্লকই। মচাবু হন্না হন্না নুংশিরকই।

ঙসিদি মেমচাসু লাক্কে। মেধাবতিসু করি তৌরিবনো খংদে মহাক মতোমতমক মাগী কাদা লৈরি। নুমিৎ খুদিংগী ঙহাক ঙহাক্তা ওইরবসু মহাক্কী মনাক্তা লাকপনি মেমচাদু। অদুবু ঙসিদি করি তৌরবনো? ফনা কুইরকলে মেধাবতিনা মহাক্কীকাদা কন্না য়াওদনা লৈরকলিবা। নুমিদাংব্লাইরম ওইশিল্লকলে। মনাওনুপী কুমারীগা লোইননা মেধাবতি ইমুংগী থবক ইনখাং তৌমিন্নরি। ইমুংগী মী অয়াম্বসু য়ুমদা হজিন্নরকলে। ঐজ্ঞা গোপালসু থবক অমা চৎথোকলুবদগী হল্লক্কে। থৌরানিসু হোতেল থোঙ লোল্লম্লগা চংলক্তুনা মৈ ঙান্না থাল্লবা ইমুংগী মাঙ্গোলদা হিসাব পারি। হাইনরুবা তৌদনা মনাওনুপী কুমারীনা চাকখুম চংদুনা চাক থোংগৎখ্রে। নুমিদাংগী পুং তরেৎ মখাইকা তারকপা তাঞ্জাদুদা চাক লোইদুনা ময়াম পুন্নমক নুমিদাংগী চারা চানরে। চাক তোক্লগা ঙহাক ময়াম ব্লারী ব্লাতাই শান্নরবা মতুংদা মহৈ মহৈ তুম্বা চংনখ্রে।

মেধাবতিসু মহাক্কী কাদা চংখ্রে। ঐজ্ঞা গোপালসু মহাক্কী ফমুংদা চংদুনা নুংঙাইনা পোৎথাখ্রে। মদুবু থৌরানি ইবেমহলদি তুমগনি খঙদবমখৈ মৈ ঙান্না থাল্লবা মাঙ্গোলদুদা হোটেলগী হিসাব পারি। হৌজিক্তদা শ্বর হোন্দোকপা খরা ফংবসিদা মহাক্তি তুম্বগা কাউথোকখ্রে। মাঙ্গোলগী টুইব লাইতকী মঙাল অদুনসু মহাকপু হৌজিকফাওবা তুমহন্নিংবা ফাওহন্দে। অদুবু থেংজিল্লক্লবা অসিদদি মহাকসু ফক-নুং হৌগৎতুনা মফম চানা থম্লম্লগা ইমুংদা  চংখ্রে। থোঙ লোনশিনখ্রে।

নুমিদাংগী পুং তরামাথোই তাখ্রে। তপ্না তপ্না অহিং ওইরক্লে। লম্বেল-শডকসু মী ইচিক চিকলে। ঐজ্ঞা গোপালহোয়গী ইমুংসু মসিমঙাই। হৌজিক্তি পুমচিক চিকখ্রে। অহিংসিদা হুইশিংনা মখোয় মশেল লাক্ল লাক্ল খোংবগী মখোলদি লেপ্তুনা অদুমক তারি। ইখঙ খঙহৌদনা অচিকপদু থুগাইদুনা ময়াম পুন্নাং লাংনরকই। "মেধাবতি মাংখ্রে" শোন্নরকই। থংনবদা লৈরিবা মী মখৈসু হৌগৎনরকলে। ময়াম চংদুনা কোইথি থিরকই। ফংদ্রে। থৌবানি পাখৎলকই। মনিংথোঙ হাংদুনা লৈরমই। ময়ামদু ঈশ্বোলগী মনিংনচিংবা কয়া চংদুনা অমুকসু থিরে। মসিদসু মহাক লৈবগী খুদম অমত্তা ফংদরে। মমৈথংদা মেমচা হোয়দা চৎতুনা অহিংদুদা মাবু হৌদোক্তুনা হঙলুরে। তৌরক্লিবদু উবদা মেমচাসু পুমঙক ঙকই। মহাকতি করিমত্তা খংদে হায়দুনা খুমলে। মহাক্কী পাউখুমদুদা তৌফম অমত্তা খংদ্রদুনা ময়ামদু ঐজ্ঞাহোয় তন্না অমুক হল্লকলে। মেমচাসু ময়াম মরক্তুদা য়াওরক্লি। মখোয়না ঐজ্ঞাগী য়ুম হেক য়ৌবগা কুমারীনা ইমুংদগী চেম্থোরক্তুনা তম্লকই "ইচেগী সনাগী লিক, খুজি, নানপ্লিনচিংবা অমত্তা লৈরমদ্রে। অদুগা ফুরিৎ অহনবা খরগা, ফনেক খরসু পুখ্রে।"

ৰাফমদু তাবদা ময়াম চিংনরম্বদু কোক্লকই। অমুকহন্না চেনখ্রবনি শোন্নরকই। থৌরানি মথ্বাই চাকই। মাঙ্গোলদা কাখৎতুনা ময়াম ৰা খন্নৈ। মতমসু নুমিদাংগী পুং তরানিথোই মখাই তাশিনখ্রে। সমরেন্দ্রদু ঙসাই নুংথিল ইনে সুবদনিগী দুকান্দা লৈহৌবা উরমই হায়দুনা মখাথংবগী লৈশাবী অমনা হেক তম্লরে। থৌরানি পিং লাওই। ফমদুনা লৈবা ঙম্লকতে। ময়ামসু তুমিন লৈনৈ। ৰা কাংথোকপা ঙম্নদে। ঐজ্ঞা গোপালসু লৈশাবীদুগী ৰাফমদু তাবদা হাইফেৎ নিংঙমদবা ফাওই। ৰা ঙাংদে। তুমিন ইমুংদা চংখি। ময়ামদু থৌরানিদা পুন্না মীৎয়েং থম্লকই। অদুবু মহাক্কী ইহোং হোংদবা পেন্দবগী মাইথোঙ অদুদা মখোয় পুন্নমক ফল তাবা ঙমদনা লৈরে। থেংজিল্লক্লবা অদুদদি ইঁয়েং নোং ঙাল্লগা অফ-ফত্ত পুন্নমক খন্নরসি হায়দুনা ময়াম পুম্বদু মথং মথং হন্নখ্রে। ইমুংদু অমুক ইচিক চিকহৌরে।

নোং ঙাক্লে। অয়ুকতা ঐজ্ঞা গোপালহোয়গী য়ুমদু পুমচিক চিকই। চেক মোক লাওদে। পুন্নমক তুমিন তুমিন লৈনরি। থৌরানিসু ৱা ঙাংদে। অয়ুক ঙন্তা হৌদুনা মাঙ্গোল মচিদা ফমই। তৌগদবা থবক কাউবমখৈ লৈরি। মশম মনাসু ইফা ফানা উই। য়েংবদা মমিৎ অনীদু ইঙাং ঙাবগুম তৌই। তৌববুদি অহিং নিংথিনা তুমদবনা মাল্লি। তুম্বদি লাইরদনা ঙহাক্তা শান্তি ফংনা পোৎথাবা ফাওবা ঙমহন্দে। খল্লু খল্লুরগা মতোমতা শাওনিংবা হেল্লকই। ইমুং অসিগী মওং মুন্না খংলবা ঐজ্ঞাগী মচানুপী য়াইমদুনা য়ুমগী থবক খুদিংমক লোয়না হোৎনরি। অতৈ লৈরিবা মেধাবতিগী মৌপ্‌পা-মনাওশিং অদুসু ইমুংগী থবক্তা মখোয় মখোয়না অঙম্বা মতেং পাংলি। মথৌ চিনখ্রবা ঐজ্ঞাগী ইমুংনি। মরকসিদা হোটেল হাংলুনবগী ৱাখলদি লাপ্না থমখ্রে। কনাদসু হায়নরুদনা নুমিৎতুগীদি অদুমক হোটেল লোনখ্রে। নোং ঙানবা ফনা কুইরফাওবদা করি তৌরবনো ঐজ্ঞাসু মহাক্কী কা মনুংদা খোঞ্জেল অমত্তা তাখিদ্রে। কাদুসু পুমচিক চিকখ্রে। ফমুংদগীদি অয়ুক ঙন্তা নোং ঙান্দ্রিঙৈদা হৌগৎখ্রবনি।

খঙহৌদে। তাঞ্জসিদা থৌরানিগতা লোইনরগা হিংজরিবী, জামিনি লাকই। মাঙ্গোল তন্না প্রপ প্রপ চংশিল্লক্লগা ঙশাইদগী ফম্লিবী থৌরানিদা হঙলকই,

– ঐজ্ঞা বেম্মা, ঐনা তারিবা পাউসিবু অওইব্রনে?

থৌরানি খুমদে। তুমিন অদুম লৈ।

পাউখুম ফংদ্রবদা জামিনি অমুক থৌরানিবু ওৎলুদ্রে। ইমুং তন্না চুমদ্রিং চংখ্রে। মনুংদা থৌরানিগী মচাশিংগা লোৎনা-চিক্লা ৱারী শাবগী মখোল তারকই।

মতমসু ফনা থেংজিনখ্রে। অয়ুক্কী পুং তরেৎ তাখ্রে। শড়ক লমজাওসু মীনা ফনা নিংথিনা চৎনরক্লে। ঙশাইমখৈ ফম্বমখৈ ফমলুরগা জ্ঞান তারক্লমাল্লে থৌরানি য়ুমগী থবক থৌরম কয়া নীংশিংলকলে। নুমিৎতুগী পাংথোক্কদবা থবকশিংদো মমিৎতা উরকই। হৌগৎলগে খন্দুনা মমায় নোনখৎপদা ঙাইরি। খঙহৌদে ঐজ্ঞা গোপালদু পুময়াৎ, ফৈজোম নান্না শেৎতুনা ইমুংলোমদগী থোরকই। থৌরানি পুমঙক ঙকই। ঐজ্ঞাদা মুন্না য়েংই। ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ঐজ্ঞা মাঙ্গোলগী দারিদগী মখোঙ থাংদরকলে।

– কদোমদনো ঐজ্ঞা? ... থৌরানিনা হঙলকই।

শুমাং তন্না খোঙকাপ অমা-অনী থাংলগা ঐজ্ঞানা তপ্না হায়রকই,

– নুপা ময়ুমদনি!

থৌরানি শ্বাই লাওই। অমুক্কা হেন্না ঙকখ্রে। মহাক্কী ৱাখলদা চমম্নবা পোক্লকই।

থাজদবা ঐজ্ঞাগী মতৌসিদা পাখৎনা অমুকসু হঙলকই,

– করি হায়রুগদৌরিবনো? নুপা ময়ুমদবু নুপী ময়ুম্না চৎনব্রা?

ঐজ্ঞা গোপাল য়াম্না ইংনা, জ্ঞান তানা থৌরানিদা হায়রকহ,

– ইবেমহল, জ্ঞান তাউ। নঙগী থৌশিলদো কানররোই। মদুগী মতম হেল্লবনি। অদুঙৈগী নঙগী মচিংদো ঙসিদি অরেম্বা তারবনি। মদুগী মহুৎতা হৌজিক্তি অঙাং অনীবু নিংথিনা মচিন হঙলগা মখোয়গী অপাম্বদু পাংথোকপা তাবনি।

হন্দক্তি থৌরানি ইবেমহল খুমখিদ্রে। ৱা ঙাংবা ঙম্বগী শক্তি মাংখ্রে। ঐজ্ঞাগী মমাঙদুদা মরাল লৈরবা মীওইগুম তুমিন্না লৈরে। অমুকসু মচানুপীবু মমিৎতা উরকই। থম্মোয়নুংদা মচা নুংশিবগী প্রেম লাকলে। হৌজিক্তি মপুক্লিংসু তপ্না তপ্না নৌথরকলে। হৌখিবশিংদু খল্লুবদা মমায়দু পুবা ঙল্লকতে। লৈমায় তন্না নোম্থরকই।

ঙহাক্তং হায়ফম তৌফম খংদনা লৈরুবা তুংদা থৌরানি অমুক ঐজ্ঞা তন্না য়েংখৎলকই। অদুবু ঐজ্ঞাদি মনাক্তা লৈরমদ্রে। ○

# ডিব্রুগর হোসপিতাল

নুমিদাংৱাইরম মীয়াম তিনবা কৈথেলদা মতম ঙহাক কোইথোকলুবগী হকচাংসি ৱারদুনা ফমুং চংদুনা পোথারি। নুমিদাং ওইখিবসু কুইখিদ্রি। অদুবু থুনা হেক্তা মমশিনখি। ঙহাক্তুং পোথারিঙৈ মপান্দগী ইমানা কৌরকই,

— নীপামচা, নীপামচা।

— করিনো? ঐনা ফমুংদগী খুমখি।

ইমা ঐগী কাদা থুনা চংলকই। হায়রকই,

— ঙশাই চিঠি অমা পিরম্বনি। নঙগীনি হায়রম্বনি।

চিঠি লাকই হায়বদুদা ঙশাই মখৈ তল্লম্বা হকচাংসি খঙশিং শিংলকই। থুনমক য়েংনিংবা পোকখি। কনানা পিরক্লিবনো খঙনিংবনা হকচাংসি মথুম মরাং হৌরকলে।

— নঙগী তেবলগী দ্রাৱার মনুংদা য়াওবনি। লৌথোক্লগা য়েংঙু।

ৱাহৈশিংসি হায়রম্লগা ইমা চৎখ্রে। ইমা হেক থোকখিবগা খঙনিংবনা দ্রাৱার চিংথোক্তুনা চিঠিদু লৌথোক্লে। ঐগী মিং, লৈফম নিংথিজনা চিঠি অদুগী মখুমদা ইরম্লি। অমুক ঙাইঙমদনা চিঠি খাওদু শেগায়রগা মনুংদগী চিঠিদু লৌথোক্তুনা পাবা হৌই।

নলিনি বোড়া,

ঐ খঙপ্রেক খঙই। মিংসিনা হৌখ্রবা থৌদোক খরবু নৌহৌনা নীংশিংহল্লক্লে। পুম্সিগী তাঙ্কক অমদা থোকখিবা থৌদোকশিংনি। ঐগী ইফমদদি কাউথোকপা ঙম্লবোইদবা পুম্সিগী দাকফম অমা ওইহৌরবনি।

## ডিব্রুগর হোসপিতাল

অনৌবা লাকপা ওইবনা ঈ - পাউ কয়া ফাওনদে। লৈমিন্নরিবা ময়াম অদুগসু শকখঙ মায়খঙনবা থোইনা তৌরুদে। মণিপুরি মচা য়াম্না মফমসিদা লৈ হায়। অদুবু ঐখোয়না লৈরিবা ৱার্ড অদোমদদি অমত্তা লৈতে। নোংমতসু থেংনদে। আসামী লোল খঙদবনা অৱাবা অমা মাইয়োক্লে। অদুবু ডাক্তরশিং অমদি হোসপিতাল স্টাফকী মীওইশিংগা ইংরেজিদা পাউ খরা খরা চৎনবদুনা মফমসিদা লৈবা ঙম্লিবনি। ঐখোয় অনীতনি। পাবুংনা অনাবা অদুগা ঐহাক্না পাবুংগী শেবা তৌনবা লাক্লিবনি। শাথিবা লায়না নত্তে। পাবুং অদুমক চৎথোক চৎশিন তৌবা ঙমই। নুমিদাংৱাই খুদিংগী হোসপিতাল মনুংদা হেক হেক মতোমতা খোঙনা চৎতুনা মতম ঙহাক মশা শাজেল তৌজে। মরক মরক্তা ঐগা পুন্না চৎমিন্নবসু য়াওই। মহৌশাদগী পাবুংদি খরা চাবা থকপা কল্লি। মশা লায়েংবা লাক্লিবনি অদুবু চাবদি অদুমক লেপ্তে। মাগী অসিগুম্লবা মতৌ অসিদা চৎলমদাইদা ইমানা ঐগী ইফমদা য়ারিবমখৈ চাদনবা কন্না শিন্নরকখিবনি।

নোংমা নুমিদাংনি। ফম্না থেংলবনি। মতমসু পুং তরামাথোই হেল্লক্লে। ঐখোয়গী ৱার্ডতু মী লাংবা লেপখ্রে। ইচিক চিকলে। মীপুম খুদিংমক মথৌ লোইনরদুনা মাগী মাগী কাদা চংনখ্রে। পাবুংদি ফম্না কুইখ্রে তুমখিবা। ঐসু তৌগদবা পুন্নমক লোইশিল্লে। অদুবু তুম্বদি ইয়া য়াদে। আসাম ত্রিবুন খবরদু লৌদুনা পাবা হৌবতা ঙাইরি। খঙহৌদে। ঐখোয়গী কাগী থোঙদু হাংদোক্তুনা নুপী অমা ফিংনা চংলকই। ঐহাক ইঙক ঙকই।

— ঐখোয়বু মতেং পাংবিয়ু।

নুপীদুনা পাখৎনা ইংরেজি লোলনা হায়রকই। ঐহাক মাগী মতৌদুদা ইপা পাখৎনা হৌগৎলি।

— ঐগী তুংদা লাকপিয়ু।

অমুকসু মহাক্না মখা তারকই। তাঞ্জাদু পাবুংদি অদুমক তুম্লি। ঐহাক পাবুংদা হাইফেৎতং য়েংলম্লগা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা লাক্লে। নুপীদু ঐখোয়গা হেক থংননা লৈবনি। ঐখোয় অনী মাগী কাদা চংলক্লে। ওষ্ঠোকপনি। অনাবদু য়াম্না কন্না লায়হৌ তৌরম্লি। মশাদু থক থক নিক্লি। থুনমক চংশিন্দুনা মাবু লায়কন্নবা হোৎনরুরি। অনাবগী ফিভম ফৎচিল্লক্ত্রবদা ডাক্তর কৌবিরুনবা মানা ঐঙোন্দা হায়খি। মাগী মমিৎতা পি মরিক মরিক তারকপা উখি। ঐহাক থুনমক কাদুদগী ডাক্তর কৌবা থোরক্লে। ডাক্তর লাক্লে। নর্স খরসু লোইনরকই। মখোয়না চংশিন্দুনা অনাবদু য়েংলি।

# ডিব্রুগর হোসপিতাল

নুমিদাংৱাইরম মীয়াম তিনবা কৈথেলদা মতম ঙহাক কোইথোকলুবগী হকচাংসি ৱারদুনা ফমুং চংদুনা পোথারি। নুমিদাং ওইখিবসু কুইখিদ্রি। অদুবু থুনা হেক্তা মমশিনখি। ঙহাক্তং পোথারিঙৈ মপান্দগী ইমানা কৌরকই,

— নীপামচা, নীপামচা।

— করিনো? ঐনা ফমুংদগী খুমখি।

ইমা ঐগী কাদা থুনা চংলকই। হায়রকই,

— ঙশাই চিঠি অমা পিরম্বনি। নঙগীনি হায়রম্বনি।

চিঠি লাকই হায়বদুদা ঙশাই মখৈ তল্লম্বা হকচাংসি খঙশিং শিংলকই। থুনমক যেংনিংবা পোকখি। কনানা পিরক্লিবনো খঙনিংবনা হকচাংসি মথুম মরাং হৌবকলে।

— নঙগী তেবলগী দ্রাৱার মনুংদা য়াওবনি। লৌথোক্লগা য়েংঙু।

ৱাহৈশিংসি হাযবল্লগা ইমা চৎখ্রে। ইমা হেক থোকখিবগা খঙনিংবনা দ্রাৱার চিংথোক্লুনা চিঠিদু লৌথোক্লে। ঐগী মিং, লৈফম নিংথিজনা চিঠি অদুগী মখুমদা ইরল্লি। অমুক ঙাইঙমদনা চিঠি খাওদু শেগায়রগা মনুংদগী চিঠিদু লৌথোক্লুনা পাবা হৌই।

নলিনি বোড়া,

ঐ খঙপ্রেক খঙই। মিংসিনা হৌখ্রবা থৌদোক খববু নৌহৌনা নীংশিংহল্লক্লে। পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা থোকখিবা থৌদোকশিংনি। ঐগী ইফমদদি কাউথোকপা ঙল্লরোইদবা পুন্সিগী দাকফম অমা ওইহৌরবনি।

অনৌবা লাকপা ওইবনা ঈ - পাউ কয়া ফাওনদে। লৈমিন্নরিবা ময়াম অদুগসু শকখঙ মায়খঙনবা থোইনা তৌরুদে। মণিপুরি মচা য়াম্না মফমসিদা লৈ হায়। অদুবু ঐখোয়না লৈরিবা ৱার্ড অদোমদদি অমত্তা লৈতে। নোংমতসু থেংনদে। আসামী লোল খঙদবনা অৱাবা অমা মাইয়োক্লে। অদুবু ডাক্তরশিং অমদি হোসপিতাল স্টাফকী মীওইশিংগা ইংরেজিদা পাউ খরা খরা চৎনবদুনা মফমসিদা লৈবা ঙম্লিবনি। ঐখোয় অনীতনি। পাবুংনা অনাবা অদুগা ঐহাক্না পাবুংগী শেবা তৌনবা লাক্লিবনি। শাথিবা লায়না নত্তে। পাবুং অদুমক চৎথোক চৎশিন তৌবা ঙমই। নুমিদাংৱাই খুদিংগী হোসপিতাল মনুংদা হেক হেক মতোমতা খোঙনা চৎতুনা মতম ঙহাক মশা শাজেল তৌজে। মরক মরক্তা ঐগা পুন্না চৎমিন্নবসু য়াওই। মহৌশাদগী পাবুংদি খরা চাবা থকপা কল্লি। মশা লায়েংবা লাক্লিবনি অদুবু চাবদি অদুমক লেপ্তে। মাগী অসিগুম্লবা মতৌ অসিদা চৎলমদাইদা ইমানা ঐগী ইফমদা য়ারিবমখৈ চাদনবা কন্না শিন্নরকখিবনি।

নোংমা নুমিদাংনি। ফন্না থেংলবনি। মতমসু পুং তরামাথোই হেল্লক্লে। ঐখোয়গী ৱার্ডতু মী লাংবা লেপখ্রে। ইচিক চিকলে। মীপুম খুদিংমক মথৌ লোইনরদুনা মাগী মাগী কাদা চংনখ্রে। পাবুংদি ফন্না কুইখ্রে তুমখিবা। ঐসু তৌগদবা পুন্নমক লোইশিল্লে। অদুবু তুম্বদি ইয়া য়াদে। আসাম ত্রিবুন খবরদু লৌদুনা পাবা হৌবতা ঙাইরি। খঙহৌদে। ঐখোয়গী কাগী থোঙদু হাংদোক্তুনা নুপী অমা ফিংনা চংলকই। ঐহাক ইঙক ঙকই।

— ঐখোয়বু মতেং পাংবিয়ু।

নুপীদুনা পাখৎনা ইংরেজি লোলনা হায়রকই। ঐহাক মাগী মতৌদুদা ইপা পাখৎনা হৌগৎলি।

— ঐগী তুংদা লাকপিয়ু।

অমুকসু মহাক্না মখা তারকই। তাঞ্জাদু পাবুংদি অদুমক তুম্লি। ঐহাক পাবুংদা হাইফেৎতং য়েংলম্লগা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা লাক্লে। নুপীদু ঐখোয়গা হেক থংননা লৈবনি। ঐখোয় অনী মাগী কাদা চংলক্লে। ওন্থোকপনি। অনাবদু য়াম্না কন্না লায়হৌ তৌরম্লি। মশাদু থক থক নিক্লি। থুনমক চংশিন্দুনা মাবু লায়কন্নবা হোৎনরুরি। অনাবগী ফিভম ফৎচিল্লক্ত্রবদা ডাক্তর কৌবিরম্নবা মানা ঐঙোন্দা হায়খি। মাগী মমিৎতা পি মরিক মরিক তারকপা উখি। ঐহাক থুনমক কাদুদগী ডাক্তর কৌবা থোরক্লে। ডাক্তর লাক্লে। নর্স খরসু লোইনরকই। মখোয়না চংশিন্দুনা অনাবদু য়েংলি।

ঐহাকসু কাদুগী মচি অমদা তুমিন্না লেপতুনা মখোয়না তৌরিবদু য়েংদুনা লৈরি। অমুকসু নুপী অদুদা য়েংলুরি। মহাক মথ্বায় ৱানা ময়ামগী সেবা তৌরি। মশাদু ইথক থক্কৎলি। চাওরাক্লা চহীকুম্থ্রামগা রোমগী মীওইনি। আসামীনি। মশক্তু উবদা নুংশিবা পোকই। মাগী ৱাজবা মতৌদু উবদা ডাক্তর, নর্সশিং অদুসু অনাবদুবু য়াম্না চেকশিন্না য়েংবিরি। মমৈথংদা অনাবদু মাগী মপুরোইবনি হায়বা খঙলে। অহানবদদি কয়া থৌশারুদবনি। অদুবু হৌজিক্তদা মাগী মশক্তু হন্না হন্না য়েংনিংবা ফাওরক্লে। মহাক্কি মতৌদুদা ঈশ্বরনা পেনবিরমাল্লে। মপুরোইবদু তপ্না তপ্না জ্ঞান লাক্লে। নিংথিনা শিন্নরম্লগা ডাক্তর হনখ্রে। মফমদু হৌজিক্তি ইচিক চিকহৌরে। ঐহাক ইথন্তা কাদুদা অমুক মীতোপ ওইরে। অচিকপদু থুগাইরদুনা ঐনা অনাবগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অমুক য়েংলুরি। হৌজিক্তি ফনা নিংথিনা ফগৎলক্লে। মহাক মথন্তনা মপুরোইবগী সেবা ঙম্লগনি। চৎলগে খন্না মায়সি লৈথোরকপদা মহাক্তি ঐবু মুন্না য়েংলম্লি। ঐগা হেক মীৎচান্নবা থোকউরমাল্লে থুনমক মাগী মাইথোঙ লুকথখি। খুদক্তুদা ঐনা,

— খরা ফরবনিনা ঐসু হল্লগে।

— ফরে, নঙগী মতেংনা লাইবক ফরবনি।

অপেনবা শ্বর অমগা লোয়ননা মহাক্লা খুম্লকখি।

— মতুংদা অমুক অথু-অকায় য়াওরক্লবসু ঐবু পাউ পিবিরকউ।

ঐনা চৎনা চৎনা হায়দোকখিরমই।

— হোয়। মহাক্লা খুমহৌখি।

* * *

— নিংথেম

— হুম

— নখোয় কয়াম কুইনা মফমসিদা লৈখিনি?

— খংদে, কুইগদবদি মানদ্রে।

ঐগী পাউখুমদু তাবদা মহাক নুংঙাইতবা ফাওখিমাল্লে। মমায়দু লৈখারোমদা লুকথখি। ঐখোয়গী কা তম্না হল্লকপা লম্বেলদনি মিসেস বোড়ানা হঙলকখিবদো। ইবানি শঙ্গোম য়োনবা দুকান্দুদগী শঙ্গোম লৌমিন্নরুবনি। লম্বেলগী নাকন্দা লৈরম্বা মীপুম খুদিংনা ঐখোয় অনীবু মুন্না মুন্না য়েংনহৌই। মহাক্তি করিমত্তা থৌশাদবগুম উই। অদুবু ঐদি মফমসিদা মীতোপনিনা কবি করিনো ইথন্তা মওল মওল খল্লুরি।

মিসেস নলিনি বোড়া কলেজ ওজানি। ডিব্রুগর ইউনিভরসিটিগী ইকনমিক্সকী লেকচররনি। মপুরোইবা দিলিপ বোড়াগা পুন্না কলেজ অমত্তদা ওজা ওইমিন্নবনি। মিঃ বোড়াদি ওজা ওইবা কুইরক্নে। মহাক্তি আসামী লিতেরেচর নৈনজবা মীওইনি। রাজনিতিদসু হাইফেৎ মায় ওনশিনজবা আসামী প্রজা অমনি। শোক ১৯৮৩ গী আসামগী মীরৈবাক মচাগী ৱাথোক্তা সরকারবু য়ানিংদনা উৎপা ওইনা ওজা ময়াম প্রোটেষ্ট রেল্লি চৎপদা পুলিসনা লম্বেলদা শাথিনা ফুখি। নুমিৎ অদুদগী ওজা দিলিপ বোড়াগী মশা শোকখিবনি। হোসপিতালদা মতম কুইনা লায়েংখি। খরা ফরক্লবদা ছাত্রশিংবু অমুক মহৈ তম্বিবা হৌরুরবনি। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা থা খরগী মমাংদা নৌহৌননা মহাক্কী লায়নাদু হৌরকপদগী মফমসিদা লৈরবনি।

হৌজিক্তি মিসেস নলিনি বোড়া অমসুং মহাক্কী মপুরোইবা দিলিপ বোড়া মখোয় অনীমক ঐগা মুন্না খংনরে। ঐতা নৎতনা পাবুংসু মখোয়গা শকখং মাইখং নরে। ডাক্তরশিংগী দ্যুটি লৈতবা অহাংবা মতমদা পুন্না ফম্মিন্নদুনা ৱারী ৱাতাই কয়া তৌই। মখোয়গী মফমদগী আসামগী ছাত্রগী ইহৌ কয়াগী ৱারী অমদি মখোয়গী বাজনিতিগী ওইবা ৱাফম কয়া খংবা ঙম্লে। মণিপুরগী ওইবা ৱারী কয়া, লালহৌবগী সমস্যা অমদি নহারোল কয়ানা থবক ফংদবগী সমস্যা কয়াসু মখোয়দা লিদুনা তাহল্লি। ঐগী নহারোল লালহৌবগী ৱারীদা মখোয় থৱায় য়াওনা তাখি। ৱাহং কয়াসু ঐঙোন্দা হঙখি। ঐনসু অদুম খুমখি। মসিদা নত্তবা অতৈ অতোপ্পা মণিপুরি জগোই, চৎনবি অমসুং স্পোটনচিংবা কয়াসু মখোয়দা নিংথিনা তমখি। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা ঐখোয় পুন্নমক বাজ্য অনীগী ওইরিবা সমস্যা কয়া খরমখৈ খঙবা ঙমখি। মিসেস নলিনি বোড়াগী মফমদা ঐহাক্না 'মিসেস বোড়া' হায়না মীঙ্গৌখি। মহাক্নদি ঐগী মিং অদুমক কৌখি। অদুবু পাবুংগী মফমদদি মহাক্না 'বাবা' হায়না কৌখি। পাবুংদি হিন্দি য়াম্না হৈ। মখোয় অনীসু লোলসিবু চপ চানা খংই। মসিমক্তনা পাবুংনা মখোয়গা ৱারী নিংথিনা শান্নবা ঙমলিবনি। পাবুং অমসুং মিঃ বোড়া মখোয় অনীনা অনাবশিংনি। পেশেন্টনি। অদুগা মিসেস নলিনি বোড়া অমসু ঐহাক্না মখোয়গী সেবারিনি। ঐনসু মখোযগী থবক-ইনখাং কয়াদা ঐগী অঙম্বা মতেং পাংবিরুই। মিসেস বোড়ানসু ঐখোযগী মতেং পাংলরি। মখোয়গী মরুপ-মপাং, ওজা, ছাত্রনচিংবা কয়া মরক মরক্তা মখোয়গী নাক্তা লাক্তুনা অৱা-নুংঙাই হঙলরি। ময়াম পুন্না উন্নদুনা ৱা তান্নে। য়া য়া লাংমিন্নে। পুন্নমক্তু ঐখোয়দদি থোক্লমদে। অরাপ্পা মীরৈবাক ওইবনা কনাসু হঙলদে। ঐখোয় অনীমতক ইচিক চিকই। করিগুম্বদসু মখোয় ময়াম পুন্দুনা ৱারী

ঐহাকসু কাদুগী মচি অমদা তুমিন্না লেপতুনা মখোয়না তৌরিবদু য়েংদুনা লৈরি। অমুকসু নুপী অদুদা য়েংলুরি। মহাক মথায় ৱানা ময়ামগী সেবা তৌরি। মশাদু ইথক থক্কথলি। চাওরাক্লা চহীকুপ্পামগা রোমগী মীওইনি। আসামীনি। মশক্তু উবদা নুংশিবা পোকই। মাগী ৱাজবা মতৌদু উবদা ডাক্তর, নর্সশিং অদুসু অনাবদুবু য়াম্না চেকশিন্না য়েংবিরি। মমৈথংদা অনাবদু মাগী মপুরোইবনি হায়বা খঙলে। অহানবদদি কয়া থৌশারুদবনি। অদুবু হৌজিক্তদা মাগী মশক্তু হন্না হন্না য়েংনিংবা ফাওরক্লে। মহাক্কি মতৌদুদা ঈশ্বরনা পেনবিরমাল্লে। মপুরোইবদু তপ্পা তপ্পা জ্ঞান লাক্লে। নিংথিনা শিন্নরম্লগা ডাক্তর হনখ্রে। মফমদু হৌজিক্তি ইচিক চিকহৌরে। ঐহাক ইথন্তা কাদুদা অমুক মীতোপ ওইরে। অচিকপদু থুগাইরদুনা ঐনা অনাবগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অমুক য়েংলুরি। হৌজিক্তি ফনা নিংথিনা ফগৎলক্লে। মহাক মথন্তনা মপুরোইবগী সেবা গুম্লগনি। চৎলগে খন্না মায়সি লৈথোরকপদা মহাক্তি ঐবু মুন্না য়েংলম্লি। ঐগা হেক মীৎচান্নবা থোকউরমাল্লে থুনমক মাগী মাইথোঙ লুকথখি। খুদক্তুদা ঐনা,

— খরা ফরবনিনা ঐসু হল্লগে।

— ফরে, নঙগী মতেংনা লাইবক ফরবনি।
অপেনবা শ্বর অমগা লোয়ননা মহাক্লা খুম্লকখি।

— মতুংদা অমুক অথু-অকায় য়াওরক্লবসু ঐবু পাউ পিবিরকউ।
ঐনা চৎনা চৎনা হায়দোকখিরমই।

— হোয়। মহাক্লা খুমহৌখি।

* * *

— নিংথেম

— হুম

— নখোয় কয়াম কুইনা মফমসিদা লৈখিনি?

— খংদে, কুইগদবদি মানদ্রে।

ঐগী পাউখুমদু তাবদা মহাক নুংঙাইতবা ফাওখিমাল্লে। মমায়দু লৈখারোমদা লুকথখি। ঐখোয়গী কা তম্না হল্লকপা লম্বেলদনি মিসেস বোড়ানা হঙলকখিবদো। ইবানি শঙ্গোম য়োনবা দুকান্দুদগী শঙ্গোম লৌমিন্নরুবনি। লম্বেলগী নাকন্দা লৈরম্বা মীপুম খুদিংনা ঐখোয় অনীবু মুন্না মুন্না য়েংনহৌই। মহাক্তি করিমত্তা থৌশাদবগুম উই। অদুবু ঐদি মফমসিদা মীতোপনিনা করি করিনো ইথন্তা মওল মওল খল্লুরি।

মিসেস নলিনি বোড়া কলেজ ওজানি। ডিব্রুগর ইউনিভরসিটিগী ইকনমিক্সকী লেকচররনি। মপুরোইবা দিলিপ বোড়াগা পুন্না কলেজ অমত্তদা ওজা ওইমিন্নবনি। মিঃ বোড়াদি ওজা ওইবা কুইরক্নে। মহাক্তি আসামী লিতেরেচর নৈনজবা মীওইনি। রাজনিতিদসু হাইফেৎ মায় ওনশিনজবা আসামী প্রজা অমনি। শোক ১৯৮৩ গী আসামগী মীরৈবাক মচাগী ৱাথোক্তা সরকারবু য়ানিংদনা উৎপা ওইনা ওজা ময়াম প্রোটেষ্ট রেল্লি চৎপদা পুলিসনা লম্বেলদা শাথিনা ফুখি। নুমিৎ অদুদগী ওজা দিলিপ বোড়াগী মশা শোকখিবনি। হোসপিতালদা মতম কুইনা লায়েংখি। খরা ফরক্লবদা ছাত্রশিংবু অমুক মহৈ তম্বিবা হৌরুরবনি। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা থা খরগী মমাংদা নৌহৌননা মহাক্কী লায়নাদু হৌরকপদগী মফমসিদা লৈরবনি।

হৌজিক্তি মিসেস নলিনি বোড়া অমসুং মহাক্কী মপুরোইবা দিলিপ বোড়া মখোয় অনীমক ঐগা মুন্না খংনরে। ঐতা নৎতনা পাবুংসু মখোয়গা শকখং মাইখং নবে। ডাক্তরশিংগী দ্যুটি লৈতবা অহাংবা মতমদা পুন্না ফম্মিন্নদুনা ৱারী ৱাতাই কয়া তৌই। মখোযগী মফমদগী আসামগী ছাত্রগী ইহৌ কয়াগী ৱারী অমদি মখোয়গী রাজনিতিগী ওইবা ৱাফম কয়া খংবা ঙম্লে। মণিপুরগী ওইবা ৱারী কয়া, লালহৌবগী সমস্যা অমদি নহারোল কয়ানা থবক ফংদবগী সমস্যা কয়াসু মখোয়দা লিদুনা তাহল্লি। ঐগী নহাবোল লালহৌবগী ৱারীদা মখোয় থৱায় য়াওনা তাখি। ৱাহং কয়াসু ঐঙোন্দা হংখি। ঐনসু অদুম খুমখি। মসিদা নত্তবা অতৈ অতোপ্পা মণিপুরি জগোই, চৎনবি অমসুং স্পোর্টনচিংবা কয়াসু মখোয়দা নিংথিনা তমখি। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা ঐখোয় পুন্নমক বাজ্য অনীগী ওইরিবা সমস্যা কয়া খরমখৈ খঙবা ঙমখি। মিসেস নলিনি বোড়াগী মফমদা ঐহাক্না 'মিসেস বোড়া' হায়না মীঙ্গৌখি। মহাক্নদি ঐগী মিং অদুমক কৌখি। অদুবু পাবুংগী মফমদদি মহাক্না 'বাবা' হায়না কৌখি। পাবুংদি হিন্দি য়াম্না হৈ। মখোয় অনীসু লোলসিবু চপ চানা খংই। মসিমক্তনা পাবুংনা মখোয়গা ৱারী নিংথিনা শান্নবা ঙমলিবনি। পাবুং অমসুং মিঃ বোড়া মখোয় অনীনা অনাবশিংনি। পেশেন্টনি। অদুগা মিসেস নলিনি বোড়া অমসু ঐহাক্না মখোয়গী সেবারিনি। ঐনসু মখোযগী থবক-ইনখাং কয়াদা ঐগী অঙম্বা মতেং পাংবিরুই। মিসেস বোড়ানসু ঐখোযগী মতেং পাংলরি। মখোয়গী মরুপ-মপাং, ওজা, ছাত্রনচিংবা কয়া মরক মরক্তা মখোয়গী নাক্তা লাক্তুনা অৱা-নুংঙাই হঙলরি। ময়াম পুন্না উন্নদুনা ৱা তান্নৈ। য়া য়া লাংমিন্নৈ। পুন্নমক্তু ঐখোয়দদি থোক্লমদে। অরাপ্পা মীরৈবাক ওইবনা কনাসু হঙলদে। ঐখোয় অনীমতক ইচিক চিকই। করিগুম্বদসু মখোয় ময়াম পুন্দুনা ৱারী

ৱাতাই শাবা উরগা থম্মোয়দা ইথন্তা নুংশিবা ফাওরকই। লমদম তান্না লৈহৌরবা ইচিন-ইনাও, শাগৈ-নাতৈ, মরুপ মপাংনচিংবা কয়াবু নীংশিংহল্লকই।

নোংমসু নুংথিলগী পুং অহুমলোম তারল্লগনি। ঐহাক হোসপিতালগী মনাক অনকপদা লৈবা মফম খরদা ঙহাক কোইথোক্লুরগা অমুক ঐখোয়গী লৈফম তম্না হল্লকই। অকোযবদা লৈবা লম-তু হাইফেৎ য়েংলুবনি। প্রপ প্রপ চংখিবদা পাবুংদি নিংঙাইদনা মহাক্কী ফমুংদা তুমদুনা লৈরমই। মহাক্না নুংঙাইনা হিপলিবদু থুগাইবা তৌদনা কাদগী অমুক মপান থোরক্কুনা মিসেস বোড়াহোয় তম্না লাক্লে। ঐনা হেক চংখিবদা অতোপ্পা মীওই অহুমখকসু লৈরমই। ঐহাক ইঙক ঙকই। কাদুগী মনুং য়ৌনা চংশিনবা ঙমদে। চপ লেপ্পী। লৈরল্লিবা ময়ামদুগী মনুংদা মখোয় অনীদি পিক্লিবী নুপীমচাশিংনি। অদুগা অতোপ্পদুনা মীয়াই চল্লবা নুপীনি। মহাক্তি চহি যাঙ্খেগী মথক্নি। ঐহাক্না তশেংনা হেক ঙকখিবদি মহাক নত্তে। পিক্লিবা মশক চপ মান্নবা, ৱাংবসু হাইফেৎ মান্নবা নুপীচা অনীদুনি। ফিজেৎসু তনান তনান্না শেৎলি। য়েংবদা স্কুলগী ছাত্রি মাল্লি। চহী মাপল তরা রোমগী নুপীমচা ঙাক্তনি। মখোয় অনীমক মশক ফজৈ। অমদি মশমদু তুংলোমদা অশংবা রিবোন্না য়েৎ ওই অনীমক্তা লৈ শাদুনা পুল্লি। হেক য়েংবদা মখোয় অনীমক ৱাত্ত-পাদবা ইমুংগী অঙাং মাল্লি। ঐবু হেক উবদা মখোয় অহুম্মক ঐঙোন্দা য়েংলকই। ঙহাক্তুং চঙক্লদুনা লৈরিঙৈ মিসেস বোড়ানা হায়রকই,

— নিংথেম, চংলকউ। করি তৌরে লেপ্তুনা লৈরবদি?

মহাক্না হায়রকপদুদা ঐগী হকচাং মনুংদা লৈরম্বা চঙক্লবদু খরদি ফখিগুম তৌখি। খঙহৌদনা চিন্দগী খুমদোকখি,

— ফনি, মিসেস বোড়া।

— ঙসিদি ঐখোয় ফেমিলিগী মীওই খরা লাকলি।

মহাক্না মখা অমুক তারকই।

মতুংদা মিসেস বোড়ানা ঐঙোন্দা ময়ামদুবু শক তাক্লকই। অহল ওইরবী নুপী অদুনা মহাক্কী মনম্মনি (মপুরোইবগী মচে) হায়না ঐবু খংহনখি। ঐহাকসু নুপীদুদা খুৎ লোন্নদুনা মহাক্কা শকখঙনবা উৎলুরি। মহাক্নসু ‘নমস্তে’ হায়দুনা ঐগী পাউখুম ওকখি। মথংদা মিসেস বোড়া পিক্লিবা নুপীমচা অনীদুদা ওনশিনখ্রে। ঐহাকসু লাংতক্লবা খঙনিংবা অমগা লোইননা মহাক্কী ৱাহৈ তাগদৌবগী ঙাইদুনা লৈখি।

মখোয় অনীদগী মমায় লৈথোরক্লে মিসেস বোড়া। ঐঙোন্দা য়েংলকই। মহাক্কী

মাইথোঙদা নোকফেৎ তৌখি। হাইফেৎসু ইকাইরপ তৌরদুনা হায়রকই,

– নিংথেম, মখোয় অনীসিনা ঐগী ইচাশিংনি। মহাক্কী মমিংনা নিমি বোড়া অদুগা মাগীনা শয়া বোড়া। মিঃ দিলেপ বোড়া ইবানিগী নুংশিজরবা ইচাশিংনি।

মমানা ইংরেজি লোলদা ঐঙোন্দা হায়বদু মখোয় অনীদুসু খংলমাল্লে। ঐঙোন্দা ইকাইরদুনা মমায় হাইফেৎ লুকথখি। তাঞ্জাদুদা ঐনা নমস্তে নিমি, শয়া হায়দুনা অহানবা ওইনা মখোয় অনীদা শকখং ৱাহৈ হায়রুরি। লৈফম্নচিংবা কয়া য়াওনা ঐগী মরমদসু মখোয় অনীদা মমানা তল্লে। মখোয়নসু ঐঙোন্দা 'নমস্তে অঙ্কল' হায়দুনা শকখঙ মাইখঙনরে। মাইথোঙদদি ময়াম পুন্না উন্নবগী নুংঙাইবদু ফাওখি। হরাও হরাও পুন্নমকপু কৌরুরি। মখোয় পুন্নমক্কা করিমত্তা হঙ্গোইনদনা ৱারী শারুরি। অদুবু থম্মোয়নুংদদি চঙক্লবা অমা তৎতনা ফাওরি। হৌজিকসু ঙক্লি। ঐ থাজখিদে। অসুক কুইনা লৈম্নিরকপদা নোংমতা মহাক্লা মসিগী মরমদা হায়খিদে। ৱারী শারক্তে। ঐনসু মহাক্কী মফমদা কৈদৌনুংদা হঙলুবা তৌদে। মহাক্কী নহা ওইবগী শক্তম, তনৌ তনৌরিবা হকচাং, মচু তানা নিংথিরবা ফিজেৎ-লৈতেং, ময়ামসিনা ঐবু থাজবা ঙমহনখিদবনি। মসিগী মথক্তা থোৎ নৌরবা মাগী ৱাঙাং-শঙাং কয়াদুনা কন্নানসু মহাকপু মমা অমনি থাজখিদ্বনি। ঙসিদি মহাক নিমিগী মমানি। শয়াগী মমানি। মখোয় অনীমকসু মতিক চাবি মমাগী চপ চাবি মচাশিংনি। অদুবু করিগীনো মহাক্লা ঐঙোন্দা নোংমতসু নিমিগী ৱারী তৌদ্রিবা? শয়াগী ৱারী লিদ্রিবা?

ঐহাক খংলে মখোয় অনীনা ঙসিতা মপা মমাগী মনাক্তা লাকপগী মরম। নহানমখৈদি স্কুলগী বোর্ডিংদা লৈরুবনি। কুইদ্রি, ঙরাং নহানতমক ময়ুমদা থোরকপনি। হেক থোরকপগা মনেগা লোইননা ঙসি মফমসিদা লাক্লিবনি। ঐখোয় পুন্নমক ৱারী কয়া শান্নরে। নুংঙাই নুংঙাইবা পাউ কয়া তম্নরে। মতম কুইনা মমা-মপা উনরুদবগী হৌনবী, মচা নুপী অনীদু নুংঙাইবনা মখোয়গী থম্মোয়দা ইথক হৌরি। মমাদা কেজনা লোইন্নজরি। হাউরবা অথুম-অহাও কয়া পুথোক্তুনা চামিন্নবে। দহি, খোইহ্নিচিংবা কয়া থকমিন্নরগা ঐহাক অমুক ইথন্তা ঐখোয়গী কা তম্না লাক্লে।

হয়েংদি মফমসি থাদোক্তুনা চৎলগনি। হোসপিতাল অথোরিটিনা ঙরাং দিসচার্জ তৌবগী অইবা চে পিরম্লবনি। পাবুংসু ফনা নিংথিনা ফগৎলক্লে। মপাঙ্গলসু হান্নগুম্না কল্লে। হোসপিতাল থাদোক্লগনি খল্লুবদা থম্মোয়সে অৱাবনা পিক থনখি। হাইফম তৌফম খংখিদে। ৱাফম অসি মিসেস বোড়াসু খংলবনি। অদুবু মহাক্কী ৱাখলদা করি

ফাওখিবনো নহানমখৈ ঐগী ইফমদা নোকমী নোকমী, হরাও হরাও তৌরম্বা মহাক্কী শক্তমদু ঙসিদি উখিদ্রে। অহাংবা অতিয়াদা খঙহৌদনা অমঙবা নোংনা কুপশিনখিবগুম মহাক্কী ৱাখলসু অৱাবা শক্লোন অমনা কুপখিবগুম্লে। ৱা থোইনা ঙাংলকখিদ্রে। তুমিন্না লৈখ্রে। ঐখোয়বু উরগা ৱাহৈ অমত্তা হায়দনা হেক হেক মুন্না য়েংদুনা লৈরে। তশেং-নমক করি হায়গদৌবনো ঐহাক খঙখিদে। মহাক্কী মতৌদূ উরগা থম্মোয়দা হেন্না চৈনা ফাওরকই। খঙহৌদনা মিৎলু নাপোমদা পিগী ইরা চেল্লকখি। নুমিৎ কয়ানি চুপ্পা মফমসিদা পুন্না লৈমিন্নরক্লবনি। চামিন থকমিন্ন, হঙদোক হঙজিন তৌদুনা কয়া লাক্লবনি। অফ-নুঙাই, অৱা-অনা কয়াসু মাইয়োং য়ামিন্নরিবনি। মসিগী মথক্তা থম্মোয়-থম্মোয়, ৱাখল-ৱাখল খঙনবা হৌরক্লবনি। অদুগা পুনশিনবা হৌরকপদা অমুক খাইদোক্লবা। করম্বা থম্মোয়না খাংবা ঙমগনি। কনাগী পুক্লিংদা অপেনবা ফংগনি।

অয়ুক অঙনবদা চৎতুনা টিকেৎ ককলুরবনি। মফমসিদগী ট্রেন তোংদুনা ডিমাপুর তান্না লাক্লগা অমুক মণিপুর য়ৌগদৌরিবনি। লোইশিনবা য়াবা পোৎ-চৈ, ফুরিৎ-ফিরোলনচিংবা কয়াদু নিংথিনা লোইশিল্লে। থংননা লৈরিবা মখোয় খরসু ঐখোয়বু ইতেং পাংলরি। মিসেস বোড়াসু চংশিল্লক্তুনা মহাক্না অঙম্বা থবক্তা য়াওরে। মরক অসিদা পাবুংবু নিংথিনা লায়েংবিখিবা ডাক্তরশিং, ঐখোয়বু নিংথিনা সেবা তৌবিখিবা নর্স কয়া চংশিল্লক্তুনা পাবুংদা কায়না ৱাহৈ হায়ররি। পাবুংদা মঙ্গোল ওইনবা অশির্বাদ পিররি। ময়ামসিবু কায়নগনি খল্লুবদা পাবুংসু থম্মোয়দা নুংঙাইতবা ফাওখি।

থেংজিল্লক্লে। ময়াম পুন্নমকসু অমুক হন্নখ্রে। পাবুং ঐখোয় অনীতমক ঙাইহৌরে। হৌজিক্তি কাদু পুমচিক চিকলে। য়ুমদা পুগদবা পোৎচৈ খুদিংমকসু শেম শাবা পুমলোই লোইরে। ঙহাক্তং চিক্লা পোথাদুনা করি করি ৱাৎলিবগে নীংশিংঙি। খঙহৌদনা খঙনিং নীংশিংলকই। প্রপ প্রপ চংশিংন্দুনা লগগেজদু হাংদোক্লুই। অঙাংবা মচুনা মপুং ওইরবা হাওফি অচৌবদু লৌথোক্লগা পাবুংগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হায়রুরি,

— হাওফিসি ওজা বোড়া হোয়দা খুদোল তল্লল্লসি।

ঐগী ৱাফমদু পাবুং হরাওনা য়াখি। হান্ননা ফজনা থুপচিন্দুনা লৈরবা ফিদু ফাক্তোক্তুনা অমুকসু য়েংলুরি। নিংথিনা মচু হত্তুনা শাখ্রবা ফিনি। অফবা মখলগী শামতুনা খুৎ চংনা শারক্লবা মণিপুরগী পোৎথোক্লি। অমুক অনীরকখক নত্তনা মফমসিদা লাকঙৈদগী শিজিন্নদ্রিবনি। নুমিদাং ওইরক্লবদা মিসেস বোড়াগী কাদা চৎতুনা হাওফিদু পিরুরি। মসিদা নত্তনা নিমি অমসুং শয়াদা পিবিয়ু হায়দুনা অয়ুক্তা লৈতেংগী পোৎ-চৈ য়োনবা দুকান্দগী লৈরকপা, উশা অমদা উচেক মচা অনী তোংবা লিক্লিনা চুথেক

নাইনা কোইশিনবা পোৎশক অদুমসু মহাক্কী মফমদা শিন্নরুরি। মতুংদা থোইদোকপা ব্রা মখা অমুক তারুদ্রে। মহাক্সু হায়রকখিদ্রে। অদুম থোরক্লে।

নোং ঙাক্লে। ময়াম পুন্নমক্কী মফমদা বিদায় পিবা লোইরদুনা পুগদবা পোৎচৈ পুন্নমক পায়রদুনা হোসপিতালগী কাদগী থোরক্লে। মখোয় খরা অমসু ঐখোয়গী পোৎ-চৈশিংদু পুবদা য়াওবিরি। মিসেস বোড়াসু খ্বাইগী মতুংদা ইল্লকলি। হন্না য়েংলুবদা উরে; মহাক্কী মমিৎ অনীদু ইপোম পোল্লে। ঙসিদি মাগী মাইথোঙদু অৱাবা শক্লোন পুবগুম তৌরি। হোসপিতালগী গেৎ যৌরে। মনাক অদুৱাইদা লৈরম্বা তেক্সি অমা ফাদুনা পোৎ-চৈ পুন্নমক্তু হাপচিল্লি। ইকুই কুইদনা পুন্নমক্তু লোইরে। ঐখোয়বু থিন্দোকপিরক্লিবা মখোয়শিং অদুগা অরোইবা খুৎ শোক্নরগা পাবুং গাড়ী মনুংদা কাখৎখ্রে। ঐহাকসু পাবুংগী নাকন্দা কাখৎতুনা তোংলে। হেক তোংবগা দ্রাইভরনা গাড়ী স্তার্ট তৌরক্লে। মখোয় ময়াম্না লেপ্তুনা ঐখোয়দা মখুৎ হাইরকই। পাবুংসু , ঐসু চপ মান্ননা কার মনুংদগী খুৎ থিন্দোক্নুনা মখোয় তম্না হাইরুরি। নুং শিনা বিদায় পিরি। গাড়ীদু চৎপা হৌরক্লে। অবোইবা ওইনা গাড়ীগী মনিংগী মিং শেল ফাওনা য়েংলুরি। ময়াম মরক অদুদা মিসেস বোডানা মমিৎতা মপি শিন্থনা ঐখোয় তম্না মখুৎ হাইহৌবদু ঐগী মিৎসিনা শেংফাত্তনা উরকই ...।

চিঠি পাবা লোইরে। ইচম চম্না ইরকপনি। মরোলদি অসুন্না হায়রকই।

নিংথেম,

ঐবু কাউরৱ্রা? কাউথোকলুখিনু। ঐদি মতম খুদিংমক্তা নঙবু নীং-শিংদুনতা লৈ। ঙসিসু নঙগী শক্তমবু ঐগী মিৎ অনীসিদা উদুনা লৈরি। নহাক্না হেক চৎখিবা নুমিৎতুদগী ঐগী পুন্সিসে ইহাং হাংহৌবগুম তৌখি। ঈশ্বর মহাক্সু ঐবু লাইবক থিয়ু তম্বিরম্লে। নহাক্না চৎখিবা মতুং নুমিৎ খরা লৈরগা মহাক (ঐগী ইপুবোইবা) নিমি অমদি শয়া মখোয় অনীবু থাদোক্লম্লগা চৎখরে। হৌজিক্তি পুন্সিসে তশেংনমক ইহাং হাংলে। মহাও য়াওদবগুম্লে। পিক্লিবী মখোয় অনীবু চেৎনা কোন, অসুম্মক লেনবা তারে। হৌজিক নিমি নিপালশুবা ক্লাস তম্লে। অদুগা শয়ানা তরেৎশুবা ক্লাস কারে। ঙসিগী ওইরিবা আসামগী ফিভম নহাক্না হেন্না খঙলমগনি। অদুমকপু নহাক্কী মফমদা ঐহাক্না হায়জরি। হন্দক লাক্লিবা সেপ্তেম্বরগী ২২, নিংথৌকাবা নুমিৎ অসিদা নিমিগী তরানিথোইরক শুবা বার্দদে থোক্লি। মসিগা ইরোইননা থৌরম অমখক

শিল্লি। য়াম্না চম্না অতৈ কনাসু য়াওদনা শিঞ্জগদবা থৌরম্নি। অখন্নবা অতিথি ওইনা নহাকপু তরাম্না কৌজরি। চানবিদুনা নিমিগী অপাম্ববু নহাক্লা থুংহনবিয়ু।

নহাক্কী,

নলিনি বোড়া

ডিব্রুগর

মহাক্কী চিঠিগী ৱারোলশিংদুনা ঐবু পুক্নিং ইনৌ নৌহনখি। অদুগা অমুক মিঃ বোড়া লৈখিদরে তাবদা থম্মোয়নুংদা খঙহৌদনা অৱাবগী ঈচেল অমা চেনখি। মপুরোইবা লৈখিদবদা মহাক্লা কয়াদা ৱারমগদবা? নাইতোম তাহৌরবী মহাক্কী পুন্সিগী অৱাবদু হৌজিক্তদা ঐবুসু শরুক য়াহল্লরি।

— কৈদৌরে নীপামচা, নশা ঙমদ্রবরা?

ইমানা হঙলকপনি। মহাক চংলকপা খঙহৌদ্রে। ইফাক ফাক্তোক্লবা চিঠিদু খুৎসিনা চেৎনা পায়দুনা ঐহাক অদুমক লৈরম্মী।

— কৈসু তৌদে।

— কনাগী চিঠিনোনে?

ঐ পাউখুম পীরুদ্রে। চিঠিদু থুপচিল্লি।

— লাকও, লাকও চাক চাথোকউরো।

ইমা থোকখ্রে। মিৎসিদা পিগী ইরা হৌজিকফাওবা ইহৌরি। ইমানা মসি উরমগদ্রা? পুন্সি লম্বীগী লমখাংদা মপাং শেৎনরবী মহাক্লা ঐবু নীংশিংলক্লি। ঐবু কৌরক্লি। মিৎসিদা হঞ্জিন হঞ্জিন উবগুম তৌরকই, চীং লেম্লবী মাগী মাইথোঙদু। ❍

# নাথৈখ্রবা ঈচেল

রাধামণি মপুরোইবগা পুন্না ওজা ইবোচৌগীদা ভারাদা লৈররে। পিক্লিবী মচানুপী বেমবেমসু মখোয়গা লোয়নরি। মসিগী মমাংদদি মপুরোইবা সনাথোইগী য়ুমদা লৈরম্বনি। শেল থোক্তুনা য়ুমদা অসুম লৈবদু সনাথোই পামলক্তে। মমা মপা অমসুং মচিন মনাওশিংগী মমাংদসু ইকাইবা ফাওরকই। রাধামণিগা মখোয় অনীতা ঙাইরিঙেদদি খরা ফরমই। মচানুপীদু হেক পোক্লককপদগীদি মহাক্কী ৱাখলদা অহোংবা লাকই। মমা মপাগী মরুম থুপতুনা হিংবা পাল্লকতে। অমবোমদা রাধামণিদি শেল ইথোক থোক্তবা নত্তে। প্রাইভেৎ স্কুলদা ওজা ওইদুনা থা থাগী শেল খরাদি পুশিল্লক্লিবনি। মদুনা মখোয়দসু অচৌবা মতেং অমা ওইরি। মপুরোইবগী হেক অপাম্বদু রাধামণিগীসু কান্নবা ওইররে। হৌজিক্তি ওজা ইবোচৌগী ভারাগী কাদা চারবসু চাদ্রবসু কনানসু খঙদ্রে। মতৈ-মনাও অমসুং পিক্লিবী মচানুপী মখোয় অহুমদং মীনোক-মৈশা য়াওদনা চিক্লা লৈরে। মহাক্কী স্কুল কাথোক কাশিনসু হান্নদগী য়াম্না নকশিল্লে। থোইনা অৱাবা ওইদ্রে। সনাথোইসু অদুক হাক্লা শুবা-নোম্বা তনবা মীওই নত্তে। মহাকসু হোৎনজবনি। লাইরিকসু নিংথিনা হৈরিবনি। মতাং অমা ইচা চাখিদবগা মরাইবক্লগা ফত্তবগা অনীদু হেক পুনখিবনি। হন্দক্তি মহাক পাউ-চে নম্বা প্রেস অমদা তোয়না চৎলি। চে কলম পাযদুনা ইবগী থবকসু কনখৎলকই। ময়ুমদা হল্লকপা খুদিংগী রাধামণিগী নাক্তা চংশিন্দুনা "রিপোর্টর ওইদৌরিবনি" হায়না তোয়না পাউদমজৈ। শেল য়াম্না ফংদবা শিনফমদুদা রাধামণি মপুরোইব্বু কয়া থাজদে। অদুবু থম্মোয়নুংদদি লোন্না মপুরোইবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা তত্তনা থৌনিজৈ।

ওজা ইবোচৌহোয়গী ভারাদা লৈরিবসি সনাথোইহোয়গী ইমুংদা নৎতে। অতোপ্পা

ইমুং অমা অনীসু লৈরি। ওজা ইবোচৌ কলেজ ওজানি। সেলেক্সন গ্রেদ লেকচররনি। মহাক্কী নুপী মুহিনিসু নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদগী হৌরকপনি। করি অমত্তা ৱাৎতে। মশামক সরকারগী তলব চাবা থবক তৌহৌদ্রবসু অদুমক নুংঙাইনা লেল্লি। মচাশিংবু মণিপুরগী ৱাংমদা থাদুনা মহৈ মশিং তমহল্লি। মচানুপী অহল গীতাদি মপান্দা চহী খরা লৈরুরগা হৌজিক থোরক্তুনা কাঞ্চিপুরদা অমুক মখা তল্লি। মমা মপানা কেথোক-মৌথোক্না য়োক্লকপনা মহাক্তী মতমগী ইরাং চেল্লি। খরসু ঙাওই। গীতাসি নুপা অমদসু চেল্লুরে। মমা মপানা কন্না হোৎনদুনা অমুক খাইদোক্নহন্খ্রে। ৱাফমসি হৌজিক্তি কনানসু মনা-মনিল নাইনখিদ্রে।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম্নি। সনাথোইগা রাধামণিগদু কৈথেলদগী এঙ্গাং-নাপী খরা লৈরুরগা ওজা ইবোচৌগী শুমাং ফাওদুনা লাকই। শুমাংদা ওজাগী মচানুপী গীতা লেপ্তুনা লৈরমই। মথক্তা হকচিক লাংলম্বনি। মখোয় অনীবু উবদা মহাক মিং কুপ্তনা য়েংই। নহানমখৈদি মখোয়গী ভারাদা লৈবা মীওই খুদিংমকপু কয়া থৌশারুদে। মখোয়দা মাগী পুক্নিং চংলুদে। ঙসিদি মহাক মতৈ মনাও অনীদা থৱায় তারকই। মাগী মীৎয়েংদু উবদা মখোয় অনীমক মঙোন্দা নোকফেৎ তৌরুই। ৱাদি ঙাংদে। গীতাসু নোকই। মখোয় লোইনমক হঙ্গোইনবা মতৌনি। মতুংদা রাধামণিনা মাং থাদুনা মতৈ মনাও অনীমক মখোয়গী কা তন্না লাক্লে। গীতাদি অসুম্মক য়েংদুনা লৈহৌরি। কা মনুং য়ৌরবদা সনাথোইনা হায়রকই,

— রাধা?

— করি হায়গে?

— গীতাসে নঙগা ৱারী কয়া শান্নদব্রা?

— উম।

— করি মরমগী?

রাধামণি থুনা হেক পাউখুম পিরুদে। মপুরোইবদা ওনশিল্লকই। মহাক্কী থাজদবা ৱাহংদুদা তপ্না হায়রকই,

— মহাক্তি ঐগা তোয়না উনবা ফংদে।

— শুংকৌমক কৌনদব্রা?

সনাথোইনা থবৎ শমজিল্লকই।

— করি তৌবা য়াওরবগে?

রাধামণিনা মপুরোইবদা খঙনিংনা হঙলকই।

সনাথোই মখা তারকখিদ্রে। মাগী তৌগদবা মথৌদা পুক্নিং চংখ্রে। মপুরোইবগী মতৌদা রাধামণি হাইফেৎ খঞ্জানৈ। অদুবু মহাকসু মখাতানা হংলুদ্রে।

নুমিৎ খরা হৌখ্রে। রাধামণি হান্নদগী হেন্না মথৌ চিনখৎলক্লে। স্কুলগী, ইমুং-মনুংগী অমসুং বেমবেম মপা মচাগী শোয়দনবা হোৎনবদা মহাক মশাসি করিমত্তা শংখিদ্রে। নহানমখৈদি সনাথোইনসু মাগী মতেং হেক হেক পাংবিরমই। মদুনা মাগী অৱাবা পোৎলুম খরদং ওইরবসু হন্থজখি। মশাগী শিনফম অমা হেক পায়খিবদগী সনাথোইসু মাবু মতেং কয়া পাংলদ্রে। নুমিৎ চুপ্পা ইবা খোৎপনা মহাক্কীসু মথৌ ওইরক্লে। রাধামণি মপুরোইবগী থবক্তা অয়েৎপা অমুক পিরুদ্রে। ৱারবসু ৱানা মহাক্না থবক খুদিংমক পাংথোক্লক্লে।

নোংমা নুমিদাংনি। ফনা থেংলফাওবদা সনাথোইদু ময়ুমদা হল্লক্ত্রি। পুংসু তরামাথোই তাখ্রে। রাধামণি মপুরোইববু ঙায়জে। ঙশাই চাক থোংবা হেক লোইবদগী ঙায়রকপনি। মখোয় অনীতগী য়ুম্বালনি। মপুরোইবা য়াওদ্রবদা মহাক্কী হকচাংদা করিনো'মা ইৱাৎ ৱাৎপগুম তৌই। চাকসু ঙশাইদগী থিদোক্কুনা লৈরবনি। মমাংঙৈদা অমুক্তা অসুন্না থেংখিদ্রি। করি তৌরবনো খঙদে। মপুরোইবা ঙায়না ঙায়না ফমুংদা ঙহাকসু উইরুরি। কায়নথংদা সনাথোই লাক্লে। মপুরোইবগী মখোল তাবদা রাধামণি ফমুংদগী হৌগৎলক্লে। ইমুংদা হেক চংলকপগা সনাথোইনা হংলকই,

— চাক চারব্রা?

— চাদ্রি।

রাধামণিনা খুমই।

— করিগী?

— নঙ ঙাইরম্লিবনি।

— ঐ য়াওদ্রবসু চাথোক্লম্বা য়াদ্রা?

রাধামণি খুমদে। তুমিন লৈ। মাগী থম্মোয়নুংদদি মখা তানিংখি। অদুবু মপুরোইবদা য়েৎলুদ্রে। মহাক্না খুমলক্ত্রবদা সনাথোই ৱফি-মরোল হোংদোক্কুনা চাক চাবা হৌখ্রে। খরা চারগা তোকখ্রে। মাগী মতৌদুদা রাধামণি হাইফেৎ নিঙহন্নে। এঞ্জাং হাউত্রবজাৎলা অমুক খল্লি। থাঙ্গৎলুরবা চাখোমদু য়ানুংদা হুকচিনবা ঙমদে। মহাকসু খরা চারগা

অদুম তোক্লে। সনাথোইদু ৱা অমত্তা ঙাংলমদনা ফমুংদা চংখ্রে। রাধামণি মপুরোইবগী মফমদা থেংলকপগী মরম হঙজনিংবনি। অদুবু সনাথোইগী থৌওংদুনা মহাক মচিন কাংথোকপা পাক হেক ঙমদে। অমুকসু মনাক্তা চংশিন্দুনা ৱাফমদু হৌদোকলুসিরা খল্লকই। অদুসু তৌরুদ্রে। মমৈথংদদি মহাকসু কাগী থোঙ লোলশিল্লল্লগা ফমুংদা বেমবেমগী মনাক্তা হিপথরক্লে।

হন্দক মরকসি সনাথোইদু ময়ুমদা খরা নম্না লৈবা উই। মহাক্কী মথৌ চৎলুরবসু হেক্তা থুনা হল্লকই। কুইরৈমখৈ ইমুংদা ফমদুনা করি করিনো পাদুনা লৈথোকই। হোংলক্লিবা মওংসিনা রাধামণিবু চিংনহল্লি। থবক্তা অমুক তোক্লবজাৎলা খল্লি। মহাক্কী শিনফমসিনা ইমুং মনুংদা কয়া মতেং পাংদ্রগসু মহাক মশাগী খরচতি অদুমক পুবা ঙল্লিবনি। অদুম ওইনমক ৱাফমসিগী মতাংদদি সনাথোইনা মঙোনদা করিমত্তা খঙহনদে। নহানৱাইদৌনা সনাথোইসি ৱাসু ইঙাং ঙাংখিদ্রে। তশেংনমক থবকসিদগী পোত্থারব্রা হায়রবসু ইবা খোৎপদি হান্নগুম অদুম তৌরি। রাধামণি মপুরোইবগী মতৌসি জ্ঞান তাবা ঙমদে।

ইরাই নুমিৎনি। রাধামণিদু স্কুলদগী খরা ঙন্না ময়ুমদা হল্লকই। বেমবেমদু শুমাং মচি অমদা (মখোয়গী কা মনাক্তা) শান্নদুনা লৈরমই। মখুত্তা অচৌবা শেম অমসু পায়রি। কনাদগী শেমনো রাধামণি ইঙক ঙকই। মমাবু উবদা হান্না বেমবেমনা কৌরকই। রাধামণি চংশিন্দুনা মচানুপীবু নুংশিনা কোনবিরুরি।

— এপলসিদি কদায়দগীনো?

রাধামণিনা হংলকই।

— অ-গী নেনেনা পিবা।

মসি হায়রগা বেমবেমনা ওজা ইবোচৌগী দলান্দা মখুৎ থিল্লি। রাধামণি থুনা জ্ঞান তাখি। মচানুপীবু মখুৎ শম্বীদুনা মখোয়গী কাদা চংমিন্নরক্লে। সনাথোই লৈরমই। করিনো খরা ইরমলি। মপুরোইবগী মনাক য়ৌবগা রাধামণিনা হায়রকই,

— শেমসিবু কনানা পিরমলিবনো?

সনাথোই রাধামণিদা মুন্না য়েংলকই। রাধাগী খঙনিংবা মতৌদুনা হায়বকই,

— অশ্বাইদা গীতা লাক্লম্বনি। মানা পিরম্বা ওইরমগনি।

রাধামণি হাইফেৎ নুংঙাইতবা ফাওই। মপুরোইবগী পাউখুম্না মহাক্কী ৱাখলবু খজিক ওৎলকই। গীতাগী হোংলক্লিবা শাজৎ, য়েংলক্লিবা মীৎয়েং মহাক হান্নদগী চিংনবা পোক্লবনি। ৱাফমসিমক মপুরোইবগী মফমদা হঙগে খল্লকপা কুইরবনি।

হৌদোকপা ইঙম ঙমজদনা লৈরক্লিবনি। গীতানা মাগী ইমুং-মনুংগা নকশিন্নরকপসি মহাক্তি কয়া পামদে। শেম অচৌবদু মচানুপীনা থৱায় তানা চাবদু উরগা অমুকসু মাগী থম্মোয় পুবা ঙম্লক্তে।

মথংগী অয়ুক্কি। নোং ঙানবা কুইদ্রি। ফমুং চংদুনা য়েংলুবদা সনাথোইদু লৈরমদ্রে। রাধামণি মপুরোইববু কোইনা থিজৈ। ফংদ্রে। ঙরাং নুমিদাং অথেংবা ফাওবদি সনাথোইদু ফমুংদা লৈহৌবনি। রাধামণি পুক্লিং লাংতক্লরকই। অমুকসু মওল মওল খল্লকই। তাঞ্জাদুদা ওজা ইবোচৌগী ইথ্খোলপুম্বা য়া য়া লাংনরকই। “গীতা চেনখ্রে” হায়দুনা পুমনিল নিল্লি। ৱাফমদু তাবদা রাধামণি পাখৎলি। থম্মোয়নুংদা চিংনবা হেনগৎলকই। ঙহাক খনজান্নদুনা লৈরিঙৈদা গীতাগী মমা মোহিনি লাকই। সনাথোই লৈব্রা হঙলৈ। লৈতে খঙলবদা অমুক পন্থদনা চৎখ্রে মোহিনিদো। ৱাফম অমত্তসু হায়রমদে। কা মনুংদা রাধামণি মথস্তা উংলকই। থেংজিল্লক্লে। স্কুল চৎপা মতম ওইরক্লে। মদু ফাওবা রাধামণি করি অমত্তা থৌশাদে। অদুমক ফমুংদা ফল্লি। মাইথোঙদা নিংঙমদবগী মমি লিশিং তারকই। পেন্দবগী চৈনাখোলনা হকচাং পুম্বা মৈরি ওইনা চাকখৎলকই। পিরাংলক্তা থুপচিল্লুরবা খোঙজোমগী ৱাফম নৌহৌনা নীংশিংল্লক্লে। মহাক্লা লৈশারিঙৈদেনি। নুমিৎতু খোঙজোম ডেনি। খেবা চীংদা মখোয় অনী পুন্না লৈ কৎমিন্নবা লোইরবা তুংদা পিছ পার্কতা চংদুনা ফম্মিন্নখি। মখোয় অনীতা ঙাইরবা মতমদা সনাথোইনা হায়খি,

– রাধা, ঐখোয় অনী পুক্সি চুপ্পগী থাদোক্লগুমসি।
মহাক্লসু থম্মোয় পেন্না খুমখি, “থাদোক্লগুমসি।”

মখজাইদা মপি চদুম চদুম শিন্থরক্লে। হৌখ্রবশিংদু নীংশিংলুরগা থম্মোয়দা চৈনা ফাওরক্লে। মনাক্তা লৈরিবা মচানুপীবু চেৎনা কোন্দুনা হিক হিক কপ্লক্লে। কুইরেমখৈ কপ্লুরগা রাধামণি হৌগৎখ্রে। ফদি অচোৎপা অমা লৌদুনা পিক্লিবী মচানুপীগী মমায়, মমিৎনচিংবা নাম্থোকপিরে। মদু হেক লোইবগা বেমবেমবু অনৌবা ফি-রোল শেৎচিনবিরে। মহাকসু ফিরোল অমা হোংদোক্লে। পুবা য়াবা পোৎ-চৈ খরা খাও অমদা হাপ্লদুনা মচানুপীগা লোয়ননা কাদগী থোরক্লে। শুমাং য়ৌরকপদা ওজা ইবোচৌ লেপ্তুনা লৈরমই। মখোয় অনীবু উবদা মুন্না য়েংলকই। মমা মচাগী মতৌদুদা চিংনরদুনা ওজানা হংলকই,

– ইবেম্মা রাধা, নমা নচাদি কদায়দনো?

— ওজা ...।

রাধামণি খোঙথাং লকক তৌই। মমায়দু লৈখা তল্লা লুকথরকই। ওজাগী মীৎয়েংদগী নাথৈনবা হোৎনবগুম তৌখি। মখাতানা মহাক পাউখুম পীরমদ্রে। হান্নদগী খোঙথাং কল্লপ থাংদুনা থোঙ্গাল তমখ্রে। ওজা ইবোচৌ হাইফেৎ ঙকচান্নে। ভাব তাবা ঙমদে। মমা মচা অনীনা চৎখিবদু তিংঙক্লা য়েংদুনা লৈহৌই। ○

# নীংশিংলুবদা

পৃথ্রী মপান্দসু অমুক হেক লেপ্পি। অদুগা পৃথ্রীদুবু শিনবা থুংনা য়েংই। মতম অমগী পৃথ্রীনি। ঙসিদি কয়াদা মশক হোংলবা। মাইকৈ শিনবা থুংনা শিড়ি চনশিনখ্রে। লৈবাক্কী লৈরাই মশক উবা ফংদ্রে। পুন্নমক হোংখ্রে। চহী কয়াগী মমাংদা ওইরম্বা হান্নগী ফিভমদগী। অদুবু মমাংঙৈগী পৃথ্রীদুদগী ঙসিনা হেন্না ফজবা নত্তে। ঙসিদি পৃথ্রী মপান্দা লৈ পাম্বী হৌখিদ্রে। ইহাং হাংলে। য়েংবদা পুক্নিং ইংবা ওইদে। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ মতম অদুগী ফিভম্না কয়াদা পুক্নিং হুখিবা। লৈবাক্কী লৈরাই খুদিং মক্তা মখল কয়াগী লৈরাং শাৎখি। খোইমুশিংনা কোইপাই কোইপাই পাইখি। ঈয়াইদা তরু-তরুবা ঈশিংনা য়েংখিবদা মীৎফম হোংবা ঙমখিদবনি। পৃথ্রীদুবু কোইনা য়েং লুরগা অমুকসু থাপ্লপনা লৈরিবা লম্পাক মচাদু তান্না তপ্পা চৎলি। চাওদে, ঈষ্ণোলদুগী মনুংদা লৈবা অহাংবা লম মচেৎনি। নাপি খরা হৌবা মফমদু অঙাং ওইরিঙৈ মখোয় মচিন মনাও ময়াম শান্নফম ওইজরম্বনি। ঙসিদি মফমসিদা কনাসু শান্নখিদ্রে। মশুশিং সু মসিবু থোইনা থৌশাবিখিদ্রে।

চহী কুইরবগী মতুংসিদা পুন্নমক ওনখ্রে। অনৌবতা ঙাইখ্রে। হান্নগী ওইরম্বা পুন্নমক শিৎ-শিৎনা মাংহনবীখ্রে। এঙ্গাং-নাপি থাদুনা য়ুমগী মমাংদা লৈরম্বা মতম অমগী চাওরবা ঈষ্ণোল অদুসু মচাশিংনা ঙসিদি য়ুম শাজিনখ্রে। পৃথ্রীগা তাইননা চাকখুম কাগা থংননা লৈরম্বা অহাংবা লম মচেৎ অদুসু পোৎ-চৈ থম্নবা অচৌবা গোদাউন অমা শাজিনবিখ্রে। মতম অমা কোবী পাম্বী পরেং-পরেং হৌরম্বা হৌখিদরে। হঙ্গাম পাম্বী পরেং থারম্বা থাখিদরে। হরাই থরাক, হরাই মুবি, তিলহৌ, আলুনচিংবা মনা-মশিং কয়ানা চহী চুপ্পা ইশং শংলম্বদু ঙসিদি শংখিদরে। পিক্লিঙৈ মচনশিং অমদি

মনাওনুপা অতোনবদুগা লোয়ননা হেক হেক ঈশ্বোল কোইবী শান্নরম্বদু তৎতনা উরকই। পামজনা থাজরম্বা কোবী, হঙ্গাম ঙসিসু নীংশিংলি। মচনশিংনা পরেং পরেং চৎতুনা কোবী ঈশিং চাইখিবা কাউবা ঙমদে। মতমদুগী কয়াদা নুংঙাইখিবা পুন্সি ঙসিতা খংলকই। মচিন-মনাও ময়াম পুন্না লৈমিন্নরিঙৈ নোকমিন্নখিবা, হরাওমিন্নখিবা, চেন-চোংদুনা শান্নখিবা মথং মথং উরকই পিক্লবা লম্পাক মচাদুদা লেপলিবা মনিহলনা। নোংমসু শাওগনবা মপাবুংনা নুমিদাং থেংনা হল্লকখিবগী মহাকপু থিনা ফুখিবদু হৌজিক্তমক চৈনা ফাওরকলি। মচা ময়াম্বু শেন্নবদা ৱারবা মমানা মপাবুংগা লাওনখিবা কয়া ময়েক শেংনা তারি।

মনিহল হৌখ্রবশিংদু নীংশিং নীংশিংনা লম্পাক মচাদুদা কোইনা চৎলি। অমুক অমুকসু অহাংবা অতিয়াদা য়েংখৎলি। শংত্রিক শংবা অতিয়ানি। ফনমক নিংথিজে। পুক্লিং হুনা ফজরি। অনৌবা পোৎশক কয়ানা থাইনগী অরিবা কয়াবু মহুৎ শিনখ্রবসু অতিয়াগী মহৌশাগী ফজবদি কনানসু মাংহনখিবা ঙমদে। অমুকসু লম্পাক মচিদা হৌরিবা সনারৈ পাম্বী মরি-মঙাদুদা মুন্না য়েংই। মখোয় অদুতনি লম্পাক মচাদুগী লৈতেং ওইরিবসু। মহাক্কী মপুক্লিংদা সনারৈ পাম্বীশিংদু য়াম্না কিনা হিংবগুম্লে। করিগুম্বা মখোয়না পুন্সি লোইখ্রবদি হিঙ্গোলনুংসিদা অমুক হন্না লৈরাং পাম্বী অমত্তা উবা ফংলোইদবগী মতৌ উৎলক্লি। মখোয়বু হেক্তুৎপীগনু হায়বগুম তৌরি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ দুর্গা পুজা, দিপ্পানিতা কয়াদা মচলশিংনা মখোয়গী ঈশ্বোলদগী সনারৈ পোলাং থন্না থন্না হেক্তুনা লাইদা কৎখিবদু মহাক্কী মিৎমাংদা উরক্লে। য়াম্লবা লৈশিংদু হেকপা ঙমদদুনা লৈকাইগী মচে-মনেম কৌদুনা নোক-খেদুনা হেকমিন্নখিবনি। অরাপ্পদা উচেকশিংনা খোংবা তারগা অমুকসু নীংশিংলকই নুংশিরবা চোঙঙা, খোইনিং, খমব্রাংচানচিংবা উচেক মযাম অমা। মতমদুদদি নোং ঙানবগা উচেকশিংনা মনিং, মমাং, মখোয়গী য়ুমথক্লচিংবদা কোইপাই পাইদুনা শান্নজরমই। ঈশ্বোল মনুংদা হৌবা উ-ৱাশিংদা তোংদুনা মনিং-তম্না খোংজখি। কয়াদা নুংশিখিবা মখোয়গী ঈশৈশিংদো। অদুবু ঙসিদি উচেক পাইরকখিদরে। মখোয়গী খোঞ্জেল তাখিদবা কুইরে।

ইখঙ খঙহৌদনা মনিহলগী মীৎয়েংদু করিগুম্বা পোৎশক অমদা তাররে। মখোয়গী চাকশঙ লৈরিবদুগী থোইনা লাপ্তবা মফমদা হৌরিবা পাম্বী অমখক্লি। মদু উ পাম্বীসু মান্দে। চুম্নগী উচুক অচৌবা অমা লৈবাক্তা য়ুংবা মাল্লি। মনা পান্দে, মশা লোংদে অদুগা ফূৎ মঙা তরুক লোমতমক ৱাংই। মনিহল পোৎশক্তুবু মুন্না য়েংই। মপুক্লিং খঙ্নুং নুংশিরকই। মনানা পুংনা য়োমশিল্লবা, মশা-মৱেংনা মাইকৈ খংদনা ফন্দোকখ্রবা

মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈগী হৈনৌ পাম্বী চয়াম পোকপীদুনি। কালেনথা হেক লাকপগা মপান্না পুময়োম য়োমখিবা নুংশিরবা হৈ পাম্বীনি। অমুনবা অমত্তং য়াওরকপদা উথক্তা কাদুনা মেৎ মেৎতুনা মুল্লবরা য়েংখিবনি। মখোয় ময়ামগী মতৌ উবদা মমানা পাম্বীসে খুৎনাং চাবা তারে হায়না লাওখিবদু নীংশিংই। অদুঙৈ লৈখিদ্রবা মমানা হায়রম্বদু হৌজিক্তদা চুম্লরে। ঙসিদি মহাক মনা পান্দ্রে; মরু কোক্লে। চুম্নতগী শুংগংলবা মউ অদুতমক ঙাইরে। উচুক অমগুম পোলাংখোক ওইদুনা মমৌশিংনা ঙসিদি থৌরিনা মহাক্কী ঙকশমদা লাকশিনবীখ্রে। নোংম-নোংমগী অসুম তুমশিল্লক্লি।

মথং মথং লাক্লি মমাংঙৈগী থৌদোকশিংদু মনিহলগী মমাংদা। মচিন-মনাও ওইবগী নুংশিনবা মতৌ কয়াদা নুংশিখ্রবা খল্লুরগা। মচন্নুপী অতোনবীদুনি মহাক্না খ্বাইদগী নুংশিবসু অদুগা খ্বাইদগী শাওনিংবসু। নুপী ওইনা পোক্লগা নুপামচাশিংগা কন্না খৎনবা ঙমখি। মমানা হেক খামদ্রিফাওবা অদুমক খৎনথোকই। মবুংবুদি য়াম্না কিখি। মরক মরক্তা মহাক্না হায়বা ইন্দবমখৈ লৈথোকপা য়াওরকই। মদুদা মহাক্না ফুগে তান্নবদা হেক্তা চেনখি। লমজেলসু নীংথিনা য়াংই মেমতোন। অদুবু থিক-থিক নোক্লুনা হল্লকখিবা মচনগী মশক্তু উরগা শাওনিংবা পুম্বা মাংখি। অঙাওবী মচনদুগীদমক খনবদা মমা মপা অনীমক ৱাজখি। মশাগী চহী তরাতরুক শুরকপা কান্দা মেমতোন ৱাংখৈদা নুপা অমদা চেনখ্রে। মতমদু মবুং মনিহল ময়ুম পান্দরি। মহাক্কী নুপাদু খরা ঙাওশিন্নে হায়। অদুবু মরাইবক্তা তম্লম্লবনি। মমাসু মনিহলসু য়াম্না ৱাজখি মাগীদমক।

মনিহল খঙফাও মঙফাওনরকই। মচন্নপী মেমতোনগী ৱাফম খঙনীং নীংশিং লকই। ঙরাংতা মহাক য়ুমসিদা লাকলম্মী। মবুংগা কুইনা ৱারী শান্নজরম্লগা অদুমক হনখ্রে। মমাংঙৈগী মেমতোন অঙাওবীদু নৎত্রে। য়াম্না ইং তপ্লম্লে। ইস্থোক্লসু লেমখ্রে। মচানুপা অমসু কলেজ ওজা ওইরে হায়। অমনা এম-এ, তম্লি হায়না মবুংদা তম্লম্মী। মহাক্কী মপাউদো তাবদা মনিহল খজিক হরাওখিবনি।

লম্পাক মচাদুদগী মনিহল তপ্না মমাং পাংনা অমুক লাক্লে। চহী হুম্ফুগী লুমথরক্লবা অহলনি। ঈশ্বোলগী অরোইবা শরুক্তা লৈরিবা পীক্লবা লাইশঙ মচাদু তম্না চংশিল্লক্লে। নুমিৎ খুদিংগী গম্ভীনিনা সেবা চৎচরম্বা লাইশঙনি। মপুরোইবা অমদি মচাশিংগী য়াইফনবা ৱাখলদা থম্মোয় লুপচখিবা নুপীনি। মনিহলগী মমিৎতা পি মরিক শিম্বরক্লে। ঙশাইমখৈদি ৱারবসু পিরাং থিংদুনা থম্বা ঙম্লমই। থম্মোয় ফাথবা ঙম্লমই। অদুবু গম্ভীনিগী খল্লুবদদি মহাকপু খাংবা ঙমহন্দে। মতম খরা কুইনা হিংমিন্নবা য়াবনি। মচা-মশুশিংগী মতৌ নুংশিনা য়েংদুনা লৈহন্নিংবনি। মপুগী লিলা

কনানা খংলুগনি। চহী ইনৌ- নৌনা মপুরোইবা অমসুং মচা-মশুশিংবু হুন্দোক্লম্লগা লাইরৈপাক তানখ্রে। মনাইনুপী গম্ভীনিনা লৈখিদ্রবদা মনিহল মচা-মমৌ অমসুং মশুশিংবু চেৎনা কোন্দুনা ঈঙ্খোলনুংসিদা ঙসি ফাওবা লেল্লক্লি।

হৌখ্রবশিংদু নীংশিংলুবদা মতম থেংজিনখিবা খঙহৌদে। মশুশিং অদুসু থোঙ্গাল মনাক্তা কন্না শান্নরি। তাঞ্জাসিদা মমৌহল প্রেমাবতীদু চা কপ অমা প্লেৎ মথক্তা হাপ্তুনা মাগী মনাক তম্না লাকই। ইল্লিবা ইনফিদো মকোক্তা চিংখৎচরগা প্রেমাবতীনা হায়রকই,

— ইকুবোক, চা লৈরে।

মনিহল মমৌ তম্না ওনশিল্লকই অদুগা মখা তারকই,

— এ! য়াম্না থেংলবজাৎনিদনা।

থম্মু, থম্মু।

প্রেমাবতী চাদু মফম চাবা য়েংদুনা থনম্লগা অমুক ইমুংলোমদা চঙখ্রে। চা কপ্তু লৌরগা তপ্না চিংবা হৌবতা ঙাইরি। নুমিদাংৱাইগী পুং তরুক তারমাল্লে মখাবোমগী ঐজ্জা নিংথেমহোয়গী কাংশি খিংলক্লে। খঙহৌদনা ঙশাইমখৈ নোক খেদুনা শান্নজরম্বা অঙাংশিংদু মহাক তম্না হাথু হাথু চেনশিল্লকই। মখোয় মরি-মঙামুক্লি। মাগী মনাক হেক য়ৌবগা ইবুঙোচৌবনা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা হায়রকই,

— ইপুবোক ইপুবোক, টেলিভিজন য়েংলুরসি। সিনেমা লাকঅমলনি।

মশুশিংবু নুংশিনা মকোক্তা নানবিরগা মনিহলনা হায়রকই,

— পুং তরুক তাখ্রবরা?

— উম, বামোনগী কাংশি খিংখরে।

মখোয় পুন্নমক্কী পাউখুম্নি।

— ফরে, অদুদি নখোয় হান্না চংলল্লো। ঐসু লাক্লগে।

মপুবোক্কী পাউখুম ফংলবদা অঙাশিংদু হরাওনা ইমুং তম্না চেনশিনখ্রে। মশু ময়াম্না হরাওনা চেনখিবদু মনিহল থৱায় তানা য়েংজহৌরি। ○

# অঙাওবী অমসুং ঐ

নোংমসু হেক কংলা পার্কতা লৈরমই। নোংমনা চীংমৈরোংগী খোংনাং কারক্তা মতোম চৎলমই। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী নুপী পোৎলক্তসু লাক্কুনা করি করিনো চারৈ। তোম্বী অঙাওবীগী অশেংবা লৈফমসে কদাইদনো খংদে। অয়ুক নুংথিলগী মতমদা অসুন্না ইম্ফাল সহরগী মনুংদা হেক হেক উবা ফংই। অদুগা অহিংদনা মফম কদায়দা, কনাগীদা লৈরিবা মদুসু হায়বা ঙমদে।

তোম্বী অঙাওবী চমোৎনবি, ভোড়া শেগাইবা পুবী অঙাওবী নত্তে। মী খ্বাইগুন্না লুবা-নানবা তৌদ্রবসু অঙাওবীশিংগী মরক্তদি মহাক্না খরখিৎ নানবা হেল্লি। নোংম-ফাদোকসু কংলাপাৎতা মহাক্না শেৎলি-ইল্লিবা ফিরোলশিংদু শুদোক্তুনা লৈরম্বসু হেক য়াওই। মশা নহা ওইরি। চহি কুন্থ্রামরি/কুন্থ্রামঙা গী মীওইনি। কনাগুম্বী, মপুরোইবা লৈবী য়ুমগী মৌ অমা ওইরল্লবদি হরাও মীনোক তম, নুংঙাইবা আশা অমদা হিংগদবা চহী মতাংনি। অখঙবা মীনদি মহাকপু 'তোম্বী অঙাওবী' হায়না লৌক্লে। মরুওইনা পাখঙমচাশিংনা মহাকপু থেংনরবদি হেক্তমক লক্লবি। মথোং হুক্তবা ব্রা কয়া হায়বি। তোম্বী অঙাওবীসু মহাক্না থোকপা অমা অদুমক খুমই। অতৈ অঙাওবা অঙাওবীশিংগা মান্নদবা তোম্বী অঙাওবীগী থোইদোক হেন্দোকপা গুন অমখক্তি মহাক্কী কুচু ঙৌই। হুকচাংনগা ঙৌবনে, চহী মতাংনগা নহা ওইবনে অঙাওবীমক ওইজরবসু পাখঙ্মচা নহাবোলশিং না মহাকপু লক্কনিংবা ফাওই। মঙোন্দা ব্রাখল থম্লিংই। অদুবু মাগী মীমান্নদ্রবা ব্রাখল, শেরান্ননা চৎখ্রবা পুক্লিং অমসুং তক্তনা লোল্লিবা চোইরোল কয়া অসিনা মহাকপু অঙাওবী অমনি হায়বদু হেক হেক মীয়ামদা উৎথোকলি।

ঐসু অহানবদদি তোম্বী অঙাওবীবু মশক খঙলমদে। স্কুল চৎপগী লম্বীদা

মরক মরক্তা থেংনবদগী মহাকপু খঙখিবনি। চীংঙামখোংদগী মিনিবস নত্রগা সিটি বসতা জোনষ্টোন স্কুল মনাক্কী পার্কিং ফাওবা লাক্লগা, অদুদগী অমুক জীপ (খুমন লম্পাক চেনবা) তোংদুনা চীংমৈরোং তান্না নুংতিগী চৎলি। চর্চ স্কুলদা ওজা ওইরকপসি ইকুই কুইদ্রি। খবরদা ওজাগী ফম খরা কৌরকপদগী স্কুলসিদা চংখিবনি। খোঙনা চৎপসু ঐদি খরসু পামই। স্কুল হল্লকপদদি ডি, এম, কলেজ কেম্পস মনুং ফাওরগা খোঙনা মিনিবস পার্কিং ফাওবা হেক হেক লাকপসু য়াওই। খোঙনা ফনা শাংনা লাকই হায়ববু মসিনা জীপ তোংবগী ভারাদি কনবা ঙমই।

হৌজিক্তি তোম্বী অঙাওবীবু তৎতনা থেংনবদগী মহাকপু মশক মুন্না খংলে। থম্মোয়নুংদসু তৎতনা হঙই। অসুক নৌরিবী মহাক্না মতৌ করম্না মী খ্বাইগা মান্নখিদ্রিবনো? অদুমকপু মহাক্কী অশেংবা ৱারী-ৱাখোঙদি ঙসিফাওবা ফংবা ঙমখিদে। অচুম্বরা অরানব্রা খংদে মীয়াম্না ঙাংনবা অমদি ঐসু তাখি। তোম্বী অঙাওবীসে হান্না নুপা (মৱা) লৈরম্মী। মচা অনীসু লৈরম্মী। মচা অতোনবীদুদি হেক পোকপগা অদুম শিখ্রে। খরা লৈরগা মহাক্কী মপুরোইবসু লৈখিদ্রে। মপুরোইবা লৈত্রবা মতুংদা মচানুপী অহলদুগা লোয়ননা মখোয় অনীদং ফনা কুইনা লৈমিন্নজরম্মী। অদুবু মচানুপীদুনা চহী তরেৎ সুরকপা মতমদা মহাকসু (মচানুপী) য়াম্না কন্না নাখি। নুমিৎ কয়ানিমুক ফমুংদা তাদুনা লৈখি। খঙহৌদনা নোংমা মহাকসু মমাবু থাদোক্লম্লগা লৈখিদ্রবা মপা অমসু মনাওনুপীগী মতুং ইনখি। নুমিৎ অদুদা তোম্বীগী আশা লোয়খি। চোইবোল পারোলতমক লোন্দুনা নিংথিনা মীরোল ঙাংনবা য়াখিদ্রে হায়।

থা কয়ামুক হৌখ্রে। হন্দক্তি স্কুলসু চাং নাইনা ক্লাস তৌবক্লে। পরিক্ষা ময়াগা নকশিল্লকপগা ছাত্রশিংসু মপুং ফানা ক্লাস য়াওরক্লে। নহানমখৈদি ছুটি য়াম্না থামনখিবনা কোর্স নংহৌবরোইদ্রা পাখৎলুরবনি। তশেংবমকসু হৱাও-কুম্মৈ য়াম্না তৌবসু ঐখোয়গী ষ্টেটসিনা খিৎ হেল্লি। ছুটি নুমিৎ য়াওদনা চয়োল অমত্তং মপুং ফানা ক্লাস তৌবা মহৈতম্ফমশঙ লৈত্রে হায়বমক য়াই। ঙসিদি লমদমসিদা তম্বিবগী চাংসে য়াম্না বাৎলে। তঙাইফদনা ওজাশিংগী কৎথোকপা অমা চাওনা দরকার লাক্লে। মরকসিদা তোম্বী অঙাওবীগী ৱাফমদি নীংবু নীংশিংলুদে। ইকাউ কাউথোকই। নুমিৎ খুদিং স্কুল অকা-অকুম লম্বীদা চৎলিবনি। নীংশিংলুদবনরা করিনো মহাকপু অমুক্তা থেংনদে। ফনা কুইরে মহাকপু উখিদবা।

নোংমা, স্কুলগী ক্লাস লোইরদুনা ডি, এম, কলেজ ফাওজিল্লগা খোঙনা লাকই। মতমদু নুংথিলগী পুং অহুমলোম তারে। নুংশাসু নিংথিনা শাই অদুবু থোইনা শাবদি

ফাওদে। হকচাংসি ইতন তল্লি। হৈনিংবা পোকতে। পারা তাকপদা ছাত্রশিংনা অপেনবা ফাওখিদবদু খল্লুবদা থরায়সি খজিক নুংঙাইখিদে। কলেজ কেম্পস হেন্দোরক্তুনা শড়ক তারে। লম্বীদু অমুক লাম্থোক্তুনা মাই মখা ওন্দুনা কংলাপাৎ পরিংদা লাকই। শড়ক্কী ৱাংমদা মথং মথং লৈহৌই লাইফ-ইনসুরেন্সগী বিলদিং, পি, দবলিউ, ডি, ওফিস, হাইকোর্ট জর্জ্জশিংগী রেসিদেন্স, অসিনচিংবা। গান্ধি এভেনিউ তম্না, মনিং পাংনা চংখ্রিবা লম্বী মপাদু হেক হেন্দোরকপগা ঐগী মীৎয়েংদু করিগুম্বা অমদা তারুরে। ইম্ফাল মুর্নিসিপালিটি ওফিসকী অৱাংদনি। মখোয়গী হোতেলওই, কান্টিনওই তৌবা দুকানমচাদুগী মমাংমক্তদনি। মীয়ামশিংদু ইকোই কোইশিল্লি। মখোয়না কোইশিনখিবনা মনুংদা লৈরিবদু করিমত্তা উবা ফংলমদে। গাড়ী থেংজিন্নবদা অশোক অপন য়াওরমাল্লে নিংলুই। খঙনিংমনখ্রদুনা শড়ক্তু লাম্থোক্লগা মীয়াম তিল্লিবদুদা চংশিল্লুই। ঐনা হেক চংশিনখিবা তাঞ্জাদুদা মীয়াম মরক্তগী ওটোরিক্সো অমা থৌদোরকই। মনিংদা মখোয় খরসু তোংলি। য়েংশিল্লুবদদি মীয়াই চল্লবী নুপী অমনা কনাগুম্বী অমবু কোনবোই পমবোই তৌরি। অমুকসু নুপীনা নাহেবগী খোঞ্জেল তারকই। ঐ শ্বাই লাওখি। হকচাংগী মীহুলসি দং দং হুনখি। তাঞ্জাদুদা মনাক অদুৱাইদা লৈরম্বা পাখঙমচা খরনা লাওরকই; 'অঙাওবীনি', 'অঙাওবীনি'। মতুং তারকপদা মখোয়শিংদু তুমিন তুমিন নোকখি। মান্নি, তোম্বী অঙাওবীগী খোঞ্জেলনি। মহাক্কী ফিভম য়াম্না কাইরম্লে। হান্নদগী পুমহোং হোংলম্লে। হাইফেৎতং উহৌবনি। গাড়ীদু অদুম থৌখ্রে। তিল্লম্বা মীয়ামশিংদুসু কাইনরকই। ঙশাইমখৈ থৌদোক্তুবু য়েংলম্বা অহল অমখল্লা শোম্থাং ননা শোল্লকই,

"ওম্থোকপনি, করম্না তৌরিবজাৎনো?
হৌজিক্কানগী নহারোলশিংসে ওম্থোক্লা মীনুংশি য়াওখিদ্রেদা।"

মথং মথং চৎনখিদুনা অমত্তা লৈহৌদ্রে। ঐসু অমুক পম্থবা তৌদনা অদুম লাকলে। গাড়ী পার্কিং হেক য়ৌবগা মীনিবস অমদা তোংদুনা য়ুম তম্না হাইথরক্লে। গাড়ী মনুংদা ফম্না ফম্না খল্লুই। তোম্বী অঙাওবীদুবু করি থোক্লিগদবা?

মথঙগী অয়ুকনি। থৌরানি ইবেমহলগী হোটেলদা ফমদুনা খবর পারি। পাউচে মরি/মঙাদু মথং মথং পারকপদা ইকোন কোনবা পাউচেগী লমায়দা মতাই ওইরপ্লা ইরমই।

"অঙাওবী অমা অঙাং পোক্লে"

লাংতক্লবা অমা য়াওনা খবরদু চিংশিন্দুনা মুন্না য়েংলুরি। মখা তাবা ৱারোল-

শিংদুসু অমত্তা চিংথদনা প্রপ প্রপ পারুরি। ঐগী চিংনবা মপুং ফাখি। তোম্বী অঙাওবী অঙাং অমা পোক্লে। দিষ্ট্রিক হোসপিতালদনি। মচানুপানি। ঙরাং গাড়ী মনুংদা নাহেখিবদু মহাকনি। কুইনা উরুদ্রবা তুংদা ঙরাংতা নৌহৌনা অমুক থেংনখিবনি। ঐ ব্বাখল ফুংবন্নরকই। তৌফম খঙখিদে। অমুকসু খল্লকই। অঙাংগী মপানা কনা ওইরমগদবা? ঙরাং অহলদুনা শোলহৌবদু নীংশিংলকই।

অঙাং উন্নবা মতুং, হন্নী শুবা নুমিত্তা তোম্বী মমা মচাগী ঈ-পাউ তানিং মনখ্রদুনা দিষ্ট্রিক হোসপিতালদা চংলুই। মীওই খরা চৎথোক-চৎশিন তৌবা নৎতনা দেলিভরি ব্বার্দ তু মী ইরাং লাংলমদে। তাঞ্জা অমা য়েংলগা কা মনুংদগী থোরকপা নর্স অমদা ঐনা হঙলমই। ঐগী ব্বাহংদুদা মহাক ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। মহাক্কী মীৎয়েংদুদা ঐসু ঙহাক লুরুক্কনা লৈরুরি।

— অঙাওবীদুগা করি থোক্লবিবগে? মহাক্না হঙলকই।

— করিসু থোরুদে। ঐনা খুমদোকখি।

— মহাক্তি অঙাং পোকপা নোং ঙানবগা চৎখ্রে।

মাগী ব্বাহৈশিংদু তাবদা ঐগী হকচাংসি পিং লাওখি। থুনমক মখাতাবা ব্বারী খঙনিংখি। অঙাংদুগী মরমদা হঙগে তৌরিঙৈ মহাক্না অমুক মখা তারকই।

— অঙাংদুসু ঙরাং নুপা অমা লাক্তুনা য়োকচরগে হায়দুনা পুখ্রে।

— ও! ঐনা হায়দোকখি।

মতুং তারকপদদি ঐ হাইফেৎ উংদুনা লৈখি। জ্ঞান তারকপা মতমদদি নর্স নুপীদু লৈরমদ্রে। ইথস্তা ঙাইরম্লে। হৌজিক্তি হকচাংসি খজিক্তং তেখৎপগুম তৌরকই। নর্স নুপীদুগী অরোইবা ব্বাহৈশিংদুনা ওইবা তাই। মসিগা লোয়ননা মখা তানা অমুক ঐগী খোঙ থাংজিল্লুবগী কান্নবা লৈখিদে। থুনমক মফমদুদগী খোঙ থাংদোরক্লে। ○

# শঙ্গাই

ঙসিদি সাবিত্রীগী লুহোংবা নুমিৎনি। অয়ুক অঙনবদগী হৌনা মীপুম খুদিং মক ইরাং লাংলি। মমা মপা অনীনা অমুক্কসু হেল্লি। অমত্তা পোকপী মচানুপীগীদমক করিদা শোইখিদগে পাখৎচৈ। অউনপোৎকীদমক্তি থোইনা অৱাৎপা লৈত্রে। হৌজিক্কী মতমগী অনৌবা থোক্লকপা পোৎ খুদিংমক শুনবা য়াওবে। মপা শ্যামকিশ্বরনদি কা হেন্না খরচ তৌবসি কয়া পামজদবনি। অদুবু মমাইবেম্মা মেমচৌবীনা কন্না থৱায় য়াওশিনখিবদগী মহাকসু অদুমক অয়েৎপা পিরুদ্রে। তশেংনমকসু ঙসিগী লুহোংবসি সাবিত্রীগী মমানা কন্না হোৎনবদগী ওইরক্লিবনি। বর ওইগদৌবিবা নুপাদু সাবিত্রীগী থৱাযনা খোইদাজবা নুপানি। মখোয় অনী পুন্না ইউনিভরসিটিদা লাইরিক তম্মিনরকপনি। মসিগী মথক্তা নুপাদু লমচৎ-শাজৎ ফজবা, ৱাঙাং-শঙাং নিংথিজবা মীওইনি। মচানুপীগী পুকচেল নিংথিনা মশক খঙলবী মেমচৌবীনি। মচাগী অপাম্বদি মহাক্কীসু অপাম্বনি। মহাক অমসুং শ্যামকিশ্বর অনীগী তাঙনা পোকচবী মচানুপীনি। নুমিৎ থা য়েংবগুম থমজরিবনি। ঙসিদি লৈশাবী মপুং ফারক্লদুনা থাজ-য়োঞ্জবগী মতম চপ চারদুনা থৌরমসি চাউনা শিল্লিবনি। অদুবু শ্যামকিশ্বর অমসুং মেমচৌবী অনীগী মফমদা খজিক্তং নুংঙাইতবা ফাওখিবদি বর ওইগদৌরিবা নুপামচাদুনা সরকারগী থবক অমা তৌহৌদবা অদুগা মহাক্কী ইমুং মনুংগী ফিভম খজিক নাতৈ চাদবা অসিনি। অকোনবগী ৱাফমসিদনি মপা শ্যামকিশ্বরনা মচানুপীগী লুহোংবদা হাইফেৎ নিংহন্নবা ফাওখিবসি। অদুবু মমৈথংদা মেমচৌবীগী ৱাহৈ অমনা মহাক্কী নুংঙাইতবদু কোকহনখ্রে।

নুংথিলগী পুং অহুম খরা হেল্লকপদা বর থুংলরে। মান্দব অচৌবদু হৌজিক্তি মী পিক থল্লক্লে। নিংথিনা লৈতেংলবি লৈশাবী, মৌনহা কয়াসু মথং মথং লাক্লি।

মখোয় ময়াম অদুনা হান্ননা নিংথিজদুনা লৈরবা লুহোংফমদু অমুক্তসু হেন্না ফজহল্লি। হৌজিক্তী সাবিত্রীগী লুহোংবসি অচৌবা কুম্মৈ ওইররে। মমাইবেম্মা মেমচৌবীনা হেক পামজবা হায়বদু থোক্লে। কৈন্যদানগী মতম ওইরক্লে। শ্যামকিশ্বরদু কদোমদা চৎখ্রে, থিনরকই। ইখঙ খঙহৌদনা মীয়াম্না লাংনরিঙৈ তাঞ্জাদুদা মান্দব ময়ায় তন্না অহল অমা চংলক্লে। সাবিত্রীগী মনাক য়ৌরবদা "ইপাগী ইবেম্মা" হায়দুনা ও খোংনা কপ্লবে। নুপাদু চহী হুম্ফুগী মীওইনি। ফুবিৎ পুময়াৎ অমা লিৎলি, ফৈজোম অঙৌবা শেৎলি। অহানবদদি মহাকপু কৈন্যগী মপা ওইরবোই নিঙলুই। অদুবু শ্যামকিশ্বব নত্তে খঙলকপদদি তিল্লিবা মীয়ামদু 'করিনো', 'করিনো' হায়দুনা ফুক ফুক হৌগৎনরকই। থুনমক মীওই খরা চংশিল্লক্তুনা মহাকপু চিংথোকই। মখোয়না চিংথোক্লবসু মহাক্নদি সাবিত্রীগী মনাক্তা চংশিন্নবা কন্না হোৎনরি। মচিন্দসু লেপ্তুনা লাউরি।

"ইপাগী ইবেম্মা, ইপাগী ইবেম্মা,
নঙ ইপাবু নুংশিদ্রববা?
ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎলগেরা?"

মমৈথংদদি নুপাদু মীয়াম চংদুনা মফমদুদগী থাংদোকখ্রে। অদুবু অরাপ্পদা মহাক্না লাওবগী খোঞ্জেলদি লেপ্তুনা তারি। নুপাদুগী মতৌদুদা সাবিত্রী ইঙক ঙকখ্রে। নোংমতসু মহাক্কী মশক উখিদ্রি। বর ওইরিবা ইবোয়াইমদি ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদ্রে। মদোম তুমিন লৈখ্রে। মতুংদা লুহোংবদু অমুক তেক্তা কায়দনা পাংথোক্লে।

লুহোংলবা মতুং থা খরা লৈরগা ইবোয়াইমদু এসেম্বলি সেক্রেটরিয়েৎতা থবক অমা ফংলে। অদুক হাক্লা চাওবা থবক মফমদি নত্তে। অদুবু থবক অমত্তা শুদনা কঙাওনদুনা সুম লৈগদৌবগী শরুকপুদি মসিনা খরদং ওইরবসু ফৈ খনবদগী মহাক্লা পামজনা চংখিবনি। হৌজিক্তি ওফিসসু চাং নাইনা কারে। নোংমা ওফিসতা থবক য়াম্না চিল্লিঙৈ পিওন অমা লাক্তুনা হায়রৈ,

— মপান্দা অহল অমা লাকহৌই। অমুক্তা উনজগে হায়য়ে।

ইবোয়াইমা থবক খংলেপ লেপই। হায়রকই,

— ঐহাকপুরা?

— মান্নি। পিওন নহাদুনা খুম্লকই।

কনাবু ওইরিগবা? ঙহাক ব্রাখল খল্লি। ফল তাদে। কা মনুংদগী মপান থোরক্লে। অহল অমা ফাল অশাংবা অমদা ফমদুনা লৈরমই। ইবোয়াইমগা পিওন পাখঙমচাদুগা লাকপা উবদা মহাক ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলকই। মহাক্কী মনাক য়ৌরকপদা ইবোয়াইমা

শ্বাই লাওই। খুদক্তা মাগী থম্মোয়নুংদা মথন্তা হঙজবকই।

"মহাক্তি মফমসিদা কৈদৌবা লাক্লিবা?"

— ইবুংঙো খুরুমজরি।

মসি হায়বগা মখুৎ অনীদু লোন্নরদুনা অহলদু হরাওনা ইবোয়াইমাবু ওক্লকই। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা অপেনবা অমগী মমি তাবগুমসু তৌরি।

— খুরুমজরি পাবুং।

ইবোয়াইমসু অহলদুবু ওকই। তাঞ্জাদুদা পিওন নহাদুদি মহাক্কী থবক লোইরদুনা অতোপ্পদা চৎখ্রে। মখোয় অনীখক্তা ঙাইহৌরবা মতমদা অহলদুনা হায়রকই,

— ইবুংঙো, ঐবু শক খংবিরিব্রা? ইবুংঙোবু থিজরকপা মতম কুইরবনি। ঐনদি ইবুংঙোবু মশক মুন্না খংজে।

ইবোয়াইমা থোইনা অঙকপা পোকলুদ্রে। অহানবা উবমক্তদা নুপাদুগী মশক খংখ্রবনি। অদুঙৈ সাবিত্রীগী লুহোংবা নুমিত্তা উখিবা নুপাদুনি। নুমিৎতুদগী ইবোয়াইমগী থম্মোয়নুংদসু নুপাদো কনানো হায়দুনা হঙলিবনি। ঈশ্বরনা চানবীবদগী ঙসিদি নুপাদু মহাক্কী মমাঙদা লেপ্লরে।

— ঐসু শক খঙজরি। পাবুংবু কাউজদে।

ইবোয়াইমনা খুম্লকই।

শাংনা থারিবা ফালদুদা মখোয় অনীমক ফমথরে। হেক ফম্বগা অহলদুনা মাইথোঙ হঞ্জিল্লগা হায়রকই,

— ইবুংঙো, নুমিৎতুগী থৌদোক্তু ইপা হৌজিক্তদা য়াম্না ইকাইরক্লে। ইপানা তৌখিবদু নখোয় অনীবু নুংশিদদুনা তৌখিবা নত্তে। নখোয়না ইপাবু য়াম্না ব্বারৌরব্রা?

ব্রাফমসি হায়বা লোইবগা মহাক মমিৎতা মপি তারক্লে। হৌজিক্তা ঙহাক্কী মমাংদা নোকফেৎ তৌজরম্বা মাইথোঙদু পিরাংনা থুমহৎলক্লে।

— করিসু অকায়বা লৈতে, পাবুং। থৌদোক্তু হৌখ্রবনি। অমুক নীংশিংলুবগী কান্নদে। অদুগা ঐখোয়না কনাবুসু শাওজবা লৈজদে।

মপাগুম্লবা অহলদুদা মীনুংশিগা লোয়ননা ইবোয়াইমনা হায়দোকখিবা ব্রাফমনি। ঙসিদি ইবোয়াইমগী থম্মোয়নুংদা নুপাদুবু উরগা অনৌবা ইহুল অমা লাক্লি। খঙনিংবা, লাংতক্লবা অমনা মাগী থম্মোয়নুংদা য়ৈররি। অহলদু, মমিৎতগী তারক্লিবা পি মরিক মরিকশিংদু কনা খংহন্দনা লোৎনা তৈথোক্লি। ইবোয়াইমসু মাগী মতৌদু কনাদসু

উহন্নিংদে। মতুংদা মখোয় অনী লোন্না ৱারী খরা শান্নখ্রে। কনাদসু খঙহন-তাহন্নীংদবা মওংনি। কায়নথংদা মখোয় অনীমক ফমফমদগী হৌগৎলক্লে। ৱারীসু লোইখ্রে। অহলদুগী থম্মোয়নুংদা নৌহৌনা অপেনবা ফাওরব্রা করিনো মাগী মাইথোঙদু মকা লান্না উরে। কায়নরমদাইদা ইবোয়াইমদা ওনশিল্লগা হায়রকই,

— ইবুংঙো, ইপা অমুক য়ৌরগে। শোইদনা লাকউকো, শুংশোই শোয়দনা লাকউ।

— হোয় পাবুং, শোইদনা লাকচগনি।

অহলদু হরাওনা হনখ্রে। ইবোয়াইমসু মাগী ওফিস কা তন্না অমুক লাক্লে।

ইবোয়াইমা – সাবিত্রী অনীমক য়ুম পানবগী লম্বেলদা নৌনা খোঙদাজরক্লিবনি। ঙসিদি মখোয় অনীমক পুন্না মপাবুং শ্যামকিশ্বরগী য়ুমদা লৈররে। মপা মমাগী অমত্তা পোকচবী মচা ওইবনা শ্যামকিশ্বরনা মচানুপীবু কৈদৌনুংদসু থাদোক্লিংদে। হৌজিক্তি ইমুং মনুং অমদি কৈবোই লৈকাইগী থবক থৌরম কয়াদা মখোয়সু শরুক য়াবক্লে। থবক খুদিংমক মখোয়গী মফমদদি ইনৌতা নৌরি।

নোংমা মেরা থাগী নোংমাইজিং নুমিৎনি। অয়ুক্কী পুং তরেৎলোম তারে। সাবিত্রী অয়ুক অঙনবগী থবক ইনখাং তৌবা লোইরদুনা মাগী কাদা ঙহাক্তং পোৎথারি। ঙসিদি ইবোয়াইমসু ওফিস চৎকদবা লৈতে, চাক খরা থেংলবসু য়াই খল্লি। কদোমদগীনো খঙহৌদনা ইবোয়াইমদু মাগী নাক্তা চংলকই অদুগা হায়রকই,

— ফিরোল শেৎচিল্লো, চৎননবা তৌসি। মতম থেংখ্রগনি।

সাবিত্রী ইঙক ঙকই। অয়ুক অঙনবসিদা মফম কদায়দা, করি তৌবা চৎকদৌরিবা মহাক খঙদে। হান্ননসু মাংজৌননা ইবোয়াইমনা মঙোন্দা পাউ অমত্তা খঙহন্দে। চঙক্লরিঙৈ ইবোয়াইমনা অমুক মখা তারকই,

— ঐগীদি ইরু-মাইথজরগা অদুম লোইরবনি। নঙদি থেংখিনি, থুনা লোইশিল্লো।

ইবোয়াইমা থোকখ্রে। সাবিত্রী ৱা মচেৎ অমত্তা হঙবা নংহৌদ্রে। মথন্তা ঙাইহৌরবদা মপুক্লিংদা খল্লকই। মাগীসিবু অশেংবজাৎলা নৎত্রগা ঐবু লক্লরিবা হায়বদুরা? উম, লক্লবদি ওইরম্লোই। মাগী মফমদা ইবোয়াইমনা কৈদৌঙৈদসু ফাগী তৌখিদ্রি। তাঞ্জাদুদা ইবোয়াইমদি ফদি, বালতিন পায়দুনা ইরুজবা থোকখ্রে। সাবিত্রী অমুক পন্থবা তৌরুদ্রে। মপুরোইবগী অপাম্বদুমক পাংথোক্লক্লে।

ইবোয়াইমা, সাবিত্রীবু পুরদুনা মাগী স্কুটরদু মখা পাংনা থৌদরক্লে। নিংথিনা

ফিজেৎ লৈতেংলবি সাবিত্রী ঙসিদি ফজবগী খম থেংলে। মীতৈগী মপান নাইবা ফনেক, তরু তরুবা ৱাংখৈ ফি, হেক য়েংবদা মিৎ থকহল্লি। গাড়ী তোংনা তোংনা সাবিত্রীনা খল্লি। কদাইদা, কনাগীদা চৎকদৌবিবজাৎনো? হৌজিক ফাওবা ইবোয়াইমনা মাগী মফমদা করিমত্তা তাকথোক্ত্রি। ফনা শাংনা গাড়ীদু লেপ্তনা থৌরক্লবদা সাবিত্রী মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লক্লে। মপুরোইবনা গাড়ীগী স্পিদ খজিক্তং তপথরক্পা তাঞ্জাদা মহাক্না হঙলকই,

— য়ৌগদবা কয়াম ৱাৎলিবগে?

— খরা ৱাৎলি। ৱারব্রা?

— ৱাদে।

মসি হায়রগা সাবিত্রীদু তুমিন লৈখ্রে। ৱা ঙাংখিদ্রে। মপুরোইববু খজিক ৱারৌজব্বসু মহাক শাওবদি ঙমজদে। মরমদি মহাক্না খ্বাইদগী নুংশিজবা মীওই অমগী মতুং ইল্লক্লিবনি। লবুক, লমহাং কয়া লাক্লক্লে। ইম্ফালদগী ফনা শাংনা হায়থরক্লে। মমৈথংদা পিক্তক তৌবা খুঙ্গং অমদা থুংলরে। পুখ্রী অচৌবা অমগী মপান্দা মখোয়গী স্কুটরদু খাম্লে। গাড়ীদগী হেক কুমথবগা সাবিত্রী মমায়দু খা-বাং কোইনা লৈদুনা য়েংই। খুঙ্গংগী য়ুমলৈ-কৈরৈ, উপাল-ৱাপাল, অসুক নিংথিজবা মমাংঙৈদসু অমুক্তা উখিদ্রি। হেক য়েংখিবদা মহাক্কী থম্মোয়বু শুমহৎলি। অদুগা অমুকসু, মনাক্তা লৈরিবা খুঙ্গংগী পুখ্রী অচৌবদুগী তরু তরুবা ঈশিংদুনা মহাক্কী ৱাখলবু ঙহাক্তা লৈতাবা ঙমহন্দ্রি। পুখ্রীদুগী মনিং ওইরপ্পা লৈবা কোম্থোং অমদা ইবোয়াইমদু মাগী গাড়ী ইনশিনখ্রে। সাবিত্রী পাক হেক চংশিনবা ঙমদে। লকক তৌই। মমৈথংদদি থাপ্লপ্পা মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা কোম্থোংদুদা চংলক্লে। লৈরম্লিবা য়ুমদু মীতৈগী থাইনগী য়ুমজাওনি। ইনা কুপ্পি। থোঙ্গাল্লোমদা মী চংলকপগী মখোল তাবদা শুমাং ৱাইদা লৈরম্বা অহল অমা কোম্থোং তম্না চেম্থোরকই। ইবোয়াইমবু হেক উবদা হরাওনা কৌরকই,

— ইবুঙো, য়ৌরক্লেদনা। চংলকউ, চংলকউ। করিমত্তা চিংনগনু।

ইবোয়াইমদু অহলদুগী নাক্তা চংশিল্লক্তুনা হায়রকই,

— হোয় পাবুং, ঐখোয় লাকচরবনি। মহাকসু য়াওরক্লবনি।

মানা ঙাওবা লোইফাৎত্রিঙৈদা অহলদুগী মীৎয়েংদু সাবিত্রীদা তাররে। সাবিত্রীবু উবদা মাগী থম্মোয়নুংদা নুংঙাইবগী ইপোম অমা হৌররে। মাইথোঙ মকা লাম্লক্লে।

সাবিত্রী তম্না হায়রকই,

— চংলকউ, চংলকউ ইবেম্মা। করিমত্তা চিংনরুগনু। ইপাগী য়ুমসে নখোয়গীসু য়ুন্নী।

মসি হায়রম্লগা অহলদু মচিন্দা "তোম্বী, তোম্বী, থোরক্লো লাওনে, নচানুপী লাক্লে" হায়না লাওরদুনা ইমুংলোমদা অমুক হাথু হাথু চংশিনখ্রে। হৌজিক্তি সাবিত্রী ভাব খরা তারক্লে। অহলদুবুসু নীংশিংলক্লে। মখোয়না শুমাং ময়াই হেক য়ৌবকপদা ইমুংলোমদগী মীয়াই চল্লবী নুপী অমা থোরক্লে। মহাক্কী মাইথোঙদা মতম কুইনা অবা শক্লোন পুবগী মমি তারি। ঙশাইগী অহলদুসু মহাক্কা লোইনরক্লি। সাবিত্রীবু হেক উবদা নুপীদু মাঙ্গোল ময়ায়দা চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে।

— কর্রি তৌরবগে তোম্বী? নঙবু ঙাওরব্রো? অদুম লেপ্তুনা লৈরিদুবো? ইম্ফালদগী নুপীমচাদুনি। নচা শঙ্গাইনে।

অহলদুগী ৱাহৈশিংদো তাবদা নুপীদুগী মিৎলুদা পিরাং ইহৌরক্লে। সাবিত্রীগী মমাংদা চংশিল্লক্তুনা,

— ইমাগী ইবেম্মা, নঙ ইমাবু কাওবব্রা?

মসি হায়রগা হৌনা কপ্লক্লে। সাবিত্রী অমুক ইঙক ঙকই। তৌফম খংদে। নুপীদুগী মতৌদুদা অহলদু অমুক মপুক্লিং নুংশিরক্লমাল্লে মখজাই তম্না পি মতুম মতুম শিন্থবক্লে। অদুবু ইবোয়ইমা অমসুং সাবিত্রীগী মমাংদা ইকাইরদুনা মহাক্তি ঙহাক হিক হিক কপ্লম্লগা তোকখ্রে।

"ফরে তোক্লো" মসি হায়রগা মহাক্না নুপীদুবু থেমজিল্লুবি।

মমৈথংদদি নুপীদু কপ্পা তোকখ্রে। মপুবোইবগা মখোয় অনী চংদুনা ইবোযাইমগা সাবিত্রীগদু ইমুংদা পুশিনখ্রে। নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং তরানিথোই মখাই তারকপদা ময়াম পুন্না চাক চামিন্নরে। চাকশু ইবোয়াইমগা সাবিত্রীগনা থোংলে। মতুংদা মখোয় পুন্না ফম্মীন্নদুনা ৱারী-ৱাতাই কয়া শামিন্নরে। হৌজিক্তি সাবিত্রীগী চিংনবম্বা পুম্বা কোক্লে। শঙ্গাইগী ৱাবীসু খংলে। মশাগী চহী তরামরি শুরকপদা লৈখিদবনি। ঙসিদগী চহী তরারোমগী মমাঙদনি। মহাক্কা মশক মান্নরুবনা ঙসিদি সাবিত্রীগী অনৌবা মমা-মপা অমসু ফংলে। ঙসিগী তাইবংপানসিদা অহল অনীগী অৱা মৈচাকসু খরা মখৈদি কোকহল্লরে। অদুবু মতাইবেম্মা শঙ্গাইদুদং লৈজরম্লবদি ঙসিগী অহল অনীগী অৱাবসি অদুক হাক্লসু চৈনা ফাওরম্লোইদবনি। থেংজিল্লক্লবদা ইবোয়াইমগা সাবিত্রীগদু চৎননবা শেম শারকই। মখোয় অনীমক চংশিন্দুনা খুঙ্গংগী মপা-মমা অনীগী মফমদা খুরুমজরি। অরোইবা কায়ন-ৱাহৈ হায়রম্লগা পুন্সিগী নুংঙাই য়াইফ তানখৎচরক্লিবা নহা অনীদু

ময়ুম মায়কৈ পাংলক্রে। লম্বীদা গাড়ী থৌনা থৌনা ইবোয়াইমনা হায়রকই,

— শঙ্গাই

সাবিত্রী খুমদে। নোকফেৎ তৌই। ঙহাক লৈরগা অমুক কৌরকই,

— শঙ্গাই

— চো, মসি নুপাসিমা।

মসি হায়রগা সাবিত্রীগী মায়থোঙদু লৈখা তন্না নোম্থখি। ইকাইজবা মতৌ ওইরমাক্লে। খুদক্তুদা ইবোয়াইমনা ফৎ লৈশিল্লক্লগা অমুক হায়রকই,

— নঙোন্দা নৎচদিয়ে, পুক্লুংগী অঙাংদুদা কৌজবনে।

ৰাফমসি হেক হায়বা লোয়বগা মখোয় অনী ওনশিন্নদুনা মুন্না য়েংনৈ। মতুংদা অনীমক থিক থিক নোক্লকই। ❍

## মান্নদবা খোঙথাং

ঙরাং পাখঙমচাদুনা ঙাংলম্বদু তালুখোই ওম্থোক্লা পেনখ্রে। থম্মোয়নুংদা য়ানিংই। নহানমখৈ নেতা কয়া, লুচিংবা কয়ানা ঙাংবা কয়ারক হন্না তাখ্রবনি। অদুবু মখোয়শিং অদুগী ৱাফমশিংদু তালুখোইনা খোইদাবা হায়বদু ওইখিদে। মখোয়না মহাক্কী থম্মোয়দা অনৌবা ইনোৎ অমা পিবা কৈদৌঙৈদসু ঙমখিদে। অসুক কুইবসি লুচিংবা কনানসু মহাক্‌পু জয় তৌবা ঙমদনা লাকইবনি। অদুবু ঙরাংগী নহাদুমদি তশেংনমক তালুখোইগী থম্মোয়বু জয় তৌখ্রে। মহাক্কী ৱাহৈপরেং খুদিংনা তালুখোইবু অমুক অমুক খঙশিং শিংহল্লি। মরৈবাক অমসুং ফুরুপচাসিবু কন্নিংবনা প্রপ প্রপ ঙাইঙমদবা অমা মশাদা পোকহল্লি। মদুমক্ননি পাখঙদুনা ঙাংবদু মহাক্না হেক লোইবা ফাওবা পুক্নিংচঙনা তাখিবদু। লম্লোং অহুম ফাংবা, কৈথেল ময়াগা ওইবনা মীতিংদু মী ফনা য়াম্না পুনখি। নহাদুনা ঙাংবদু মী পুন্নমক ময়া কানা তানখি। মহাক্না ঙাংবা লোইরবদা মীতিংদুসু অদুমক লোইশিনখ্রে। কনাগুম্বী নুপী খরদি মাই পাকপা ওইয়ু হায়দুনা নহারোলশিং অদুদা বর পিখি।

তালুখোই নীংশিংই। কাউবা ঙমদে নহাদুনা হায়রম্বদু ... তাং ২৩, নোং মাইজিং নুমিৎ, নুংথিল পুং অমা তাবা মতমদা খ্বাইরম্বন্দ বজারগী অকোইবদা মীয়াম হুপ্না য়াওবা অচৌবা রেল্লি। মদুগী মতুং তারকপদা মপাল কাংজেবুংদা মীয়ামগী মীতিং। প্রজা মীয়াম্না শরুক য়াবিয়ু ... শোইদনমক চৎকে খল্লি তালুখোই। চৎফমসু থোকপনি। লৈবাক মীয়াম হুপ্না হৌরকপা ইহৌনি। হন্দক্তি শোইদনা মাই পাকপা য়াই খল্লি। অমুকসু মপুক্নিংদা সরকার পায়রিবা লমদমসিগী লুচিংবশিংবু মচিন পেন্না চৈনিংলকই। মখোয়শিংবু হেক নীংশিংলুরগা মশা মথন্তা মপুম থিৎপমখৈ শাওগৎলি।

তশেংনমকসু তালুখোই রাজনিতিগী অহল্লোলশিংবু থাজবা ইঙম ঙমদে। মহাক্কী ৱাখলদা নহারোলশিংতবু খিৎ নম্না থাজরে।

তালুখোই চহী নিফুমঙারোমগী মীওইনি। মচা মরি লৈরে। মচানুপী অহলদুদি হন্দক চহীদা মেত্রিক থাগদৌরিবনি। অহল ওইরবি অপোকপী মমানে, মহাকনে, মাগী নুপীনে অদুগা মচা মরিদুনে, পুন্না মখোয় তরেৎকী য়ুম্বালনি। তালুখোই ইনাক খুন্দে। অদুবু মপানা থম্বিরম্বা লৌফম খরদুনা তেকলি তেকলি চাবদি অদুমক ৱাৎতে। নোংমগী চারা কায়দবা অসিমক্কনি মহাক্না সরকারগী অচুম-অরান অমসুং সমাজগী অফ-ফত্ত কয়া খঙবা ঙমলিবা।

নুমিৎতু লাক্লে। তালুখোইনা খৌরাংনা ঙাইজরকপা তাং ২৩, নোংমাইজিং নুমিৎ। ইম্ফাল সহর পুম্বা কোইলাং লাংই। মহৈরোই-নহারোলশিংনা শিনবা মীয়ামগী খোংচৎকীদমক। তালুখোইসু অয়ুক অঙনবদগী হৌনা শেম শারকই। অঙাং মমাদা হায়দুনা চাকতু ঙন্না লোইথোকহল্লে। চাক চারবা মতুং ঙহাক পোৎথারগা পূং তরানিথোই খজিক হেল্লকপদা শাইকল পায়দুনা য়ুমদগী থোক্লকলে। থোঙ্গাল লাম্থোক্লমদাইদা কদোমদগীনো খঙহৌদে অঙাং মমানা হায়রকই,

— হোরেলনে বাবাসু পঙথেংদি থেংবিরক্কনু।

তালুখোই পাউখুম পিরমদ্রে। শাইকল অদুম থৌরক্লে। কাংজেবুংদা থুংলবদদি মী ইতাক তাক্লমই। মপুক্লিংদা হাইফেৎ চিংনরকই। থম্মোয়নুংদা ঙহাক লাংতক্লরিঙৈ মী মথং মথং লাক্লে। ফেষ্টুন পায়বা, প্লেকার্ড পায়বা মী পরেং কয়াসু থুংলরে। কৈথেল ফম্বী ইমা ইবেলশিংসু চংশিল্লকলে। ঙহাক্কী মনুংদা লমপাক্তু মীনা পিক থনখ্রে। মনিপুরদা লৈবা জাতি কাংলুপ খুদিংমক্কী মীওইশিংসু য়াওরে। নুংথিলগী পুং অমা খরা হেল্লকপদা লমদমসিগী শকনাইরবা সাহিত্যগী মীওই কয়ানা মাঙ থারদুনা মীয়ামগী খোংচৎতু চৎপা হৌরক্লে। মাগী শাইকলদু দুকান অমদা মফমচানা শিন্নরম্লগা তালুখোই মীয়াম মরক্তা য়াওখ্রে। মরী মরী মী পরেংদু বি,টি, রোড হেন্দোরক্তুনা অৱাং পাংনা কংলা পাৎকী পরিংদা লাক্লে। য়াম্লবা মীয়ামগী খোংচৎনি। মখোয়না চৎপা হেক লোইদ্রিফাওবদি লম্বী খুদিংমক থিংখ্রে। মখোয়না লাওরকপা খোল্লাউনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল পুম্নিল নিল্লি। চৎনা চৎনা তালুখোই খল্লকই – অসুক য়াম্বা মীয়ামসিবু কদাইদগীনো? য়ামখ্রে, য়ামখ্রে। অমুকসু তুংহন্না য়েংই। লোইবা নাইদে। তালুখোই থম্মোয়নুংদা হরাওজে। নীংশিংলকই অদুঙৈ মহাক্না পাখঙ ফারকপা মতমদা চৎখিবা ষ্টেটহুদ তানবগী লৈবাক মীয়ামগী খোংচৎ/অন্দোলন কয়াদু। মীনা কৃক কৃক

ইন্নখিবা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী দৃর্শ কয়া। ঙসিসু মতমদুগী ইচং থৌরবা মীয়ামশিংদুমক ওইরবোই নীংই। তালুখোই মিৎলুদা ইরা চেল্লকই। অমুকসু মী খংখিনি চিংনজে। মমাযদু মখাদা নোঙ্গুজরগা কনা খংহন্দনা পিদু তৈথোকচৈ। মতুংদা অমুক খোংকাপ লাওনা থাংদুনা মীয়াম্না লাওরিবদুদা য়াওখ্রে। মথং মথং খোয়াথোং, থাঙ্গাল বজার, উরিপোক, ৱাহেংবম লৈকাই, কৈশামপাৎ পরিংনচিংবদা লাক্কুনা থোঙ লাল্লগা পাউনা বজারদা চংলক্লে। বি, টি, রোড তারগা মী পরেংদু অরোইবা খোল্লাউগা লোইননা অমুক কাংজৈবুং তম্না চংশিল্লকলে। মীয়ামশিংদুনা লমথুংফমদা মপুংফানা থুংলবগা শিল-লাংলিবা কাংবুশিংনা পল্লিক মীতিং হৌরকই। হান্ননা শেম শাদুনা লৈরবা দাইজ (প্লেৎফোর্ম) মথক্তা মখোয় খরা কাখৎতুনা মাইক্রোফোন্দা ৱা ঙাংলকই। মী পুন্নমক মফমচাবা য়েংদুনা ফম্নখি। তালুখোইসু মফম চাবা অমা য়েংদুনা মীয়ামগী তুং ওইবপ্না লেপই। কনভেন্নরনা ঙসিগী মীয়ামবু তরাম্না ওকপগা লোইননা মখোয়না তুংদা চৎথরক্কদবা অমসুং মমাংদা তৌখিবা কয়াবু মরিক চুম্না পাউদম্লি। তুংদসু মীয়াম্না মপুংফাবা মতেং পিবিনবা, দাবি হেক ফংদ্রিফাওবা ইহৌ চংশিন্নবা মহাক্না তিল্লিবা মীয়ামদা হঙ্গৎচরকই। মথংদা নহারোলগী লুচিংবা ওইরিবা, ছাত্র ইউনিয়নগী প্রসিদেন্টনা ৱা ঙাংলকই। মীয়াম পুন্নমক তুমিন্না তানরি। পেন্দবা থম্মোয় মপান থোক্লকই। অহানবমক্তদা তৌশিন্নবা, খুদোংচাবা লৌবা রাজনিতি দলশিংবু চৈ থাংই। মহাক্কী ৱাফমদা মীয়ামগী থম্মোয় পেনখি। মীয়াম হুপ্না খুবাক খুনরকই। ঙহাক্তংদি মখোয়গী মখোলনা ৱা ঙাংবা য়াখিদে। মীয়াম্না লাংবদু খরা নেমথখ্রবদা মহৈরোই লুচিংবদুনা অমুক মহাক্কী ৱা ঙাংবদু মখা চৎথরকই। খঙহৌদে মহাকনা ৱাহৈপরেং অমা/অনী ঙাংবা হেক হৌরকপদা নহারোল পাখঙ মরি-মঙা খক লমপাক ময়ায়দগী ফুক ফুক হৌগৎলকই। মচিন্দা "নৱা লৌদে" "নৱা লৌদে" হায়না লাওরদুনা ৱা ঙাংলিবা ছাত্র ইউনিয়মগী প্রসিদেন্টদুদা মখুৎ হাইজিল্লম্লগা মপান থোকখ্রে। মখোয়শিংদু মমায় মমিৎ ঙশং ঙাংই। মাইথোঙশিংদু অশাওবনা পিক থল্লি। মখোয়গী মতৌদুদা মী পুন্নমক ইঙক ঙকই। করিনো হায়দুনা য়েংনৈ। ঙহাক্তদা মফমদু চরাংনরকই। ৱা ঙাংলম্বসু লেপখ্রে। পাখঙশিংদু রাজনিতিগী মচু শংলবা ছাত্র-নহারোলশিং ওইরমাল্লে। মখোয়না য়াওরিবা পার্টিদু চৈরকপদুদা খাংবা ঙমদ্রদুনা অশাওবদু উৎলকপনি। অমুক কদোমদগীনো খঙহৌদনা নহারোল কাংবু অমা মচিন্দ "ফাও" "ফাও" লাওরদুনা নহা মরি-মঙাদু তম্না হোৎচিনখি। মনাক নক্না লৈরম্বা সিফাই কাংবু অমসু থুনা চংশিনখি। তৌরিবা মওংদুদা তিল্লম্বা মীয়াম কায়বা হৌরকই। নুপী-অঙাং, কৈথেল

ফম্বী ইমা-ইবেল কয়া লম্পাক থাদোক্তুনা চেন্নখ্রে। তালুখোই চেন্নরিবা ময়ামদা অমুক য়েং, নহারোল ময়াম ওমশিল্লিবদুদা অমুক য়েং, ঙহাক তিংঙক মায়ঙক তৌদুনা লমপাক ময়ায়দুদা লৈরি। পুলিস কয়াসু মফমদুদা চংলকলে। মথং মথং চৎনখিবনা নুপী অঙাং অমত্তা লৈহৌদ্রে। লমপাক্তু ফনা য়াম্না হাংলে। তাঞ্জাদুদা ইখঙ খঙহৌদনা মীতিং লোইজরে হায়না মাইকতা লাওথোরকই। তালুখোই হাইফেৎ নুংঙাইতবা ফাওই। অদুবু উপায় লৈতে। কদোমদগীনো ময়াম লাংনরিঙৈ, নহা অমা মখোয় খরনা ফারগা লমপাক্কী নোংচুপথংবদা লৈরিবা শঙলেন মচাদু তন্না পুশিনখি। তালুখোই জ্ঞান তাদে। মপুক্লিংদা অপেনবা ওইদে। অসুম খঞ্জান্নরা লৈরিঙৈ লমপাক্কী গেৎ ৱাংমা লান্না য়েংথোকলুই। নুপা অমনা মাঙ থারদুনা ছাত্র অষ্টম মরিখক ইপা পাখৎনা চৎলিবদু উরুরে। নুপামচাশিংদু মখোয় লোইনা ইশম শন্নবগুম তৌরি। ব্লাইন স্কুলগী ছাত্রশিং ওইরমাল্লে। মাঙ থারিবা নুপাদুনা মখোয়গী ওজানি। মঙোন্দা পায়বোই শোকপোই তৌদুনা নুপামচাশিংদু মহাক্না চৎপা খুদিংদা মতুং ইন্নরি। মখোয়সু ঙসিগী খোঙচৎসিদা য়াওবল্লিবনি। মীয়াম্না কায়নবা হৌরকপদা পাখৎনা চেষ্টোকচরকপনি। মখোয়গী মতৌদু হেক উবদা নুংশিবা ফাওই। তালুখোই থম্মোয়নুংদা লোন্না পি শিষ্টুজখি।

মাইকতা অমুক ৱা ঙাংলকই। হন্না য়েংথোকলুবদা মীয়াম ওমশিন্দুনা লৈরমই। করি হায়খিবনো তালুখোই শেংনা খঙহৌদ্রে। ৱা ঙাংবা লোইরবদা মীয়ামশিংদু খুবাক প্রোক প্রোক খুনরকই। মদু হেক লোইখিবগা পুলিস ওফিসার খরনা মাঙ থারদুনা ঙশাইগী ফাদুনা পুশিনখিবা নহাদু পুলিসকী জিপ তন্না থোকমিন্নরক্লে। নহারোল-শিংদুনা খরা ফুবিরমাল্লে মহাক্কী মনাতোন্দগী ঈ খরসু চেষ্টুরি। পুলিসশিংদুগা লোইননা নহাদু চৎখ্রে। কদাইদা, কদোমদা পুখিবনো অদুমদি খঙহৌদ্রে। নুংথিলগী পুং মরি মখাই/মঙা তারক্লে। অদুক য়াম্নম্লবা মীয়ামদু লোইনা কায়নখ্রে। মীতিং অশিন-অরাং তৌবা নহারোল মখোয় খরতমক ঙাইহৌরে। অদুমকপু সিফাইশিংদি অমত্তা কায়নদ্রি। হেন্নদুম মশিং হেনগৎলকই। তালুখোই মহাক্কী শাইকলদু লৌথোক্লগা ময়ুম পাংনা থৌরক্লে। লম্বেল চৎনা চৎনা মচিন্দা শোল্লকই।

"ঐখোয়সে ওম্থোক্লা লিংজেন মান্নখিদ্রেদা।" ○

# শ্রীবিষ্ণুগী অথেৎপা লাই

ঙসিদি মুসলিম জাতিগী ইদুল ফিটরনি। ওফিস চৎলরোই খল্লুবদা হকচাংসি খজিক ল্লাই শংই। নুংতিগী মতৌগা মান্নদনা থম্মোয়নুংদা অহোংবা অমা ফাওরকই। মতমসু অয়ুক্কী পুং মাপল লোম তাখ্রে। লাইরিক মচা অমা অসুম পারম্বদগী ঐহাক করিগুম্বা অমা নীংশিংলক্কুনা চাকখুম তম্না চংলুই। মফমদু ইহাং হাংলমই। কনাসু লৈরমদে। ছুটিনি হায়বদুদা বিজয়াসু অয়ুক্কী চাকঙন তৌরমদ্রে। তশেংনমক মহাক ল্লাবজাৎনি। অয়ুক অঙনবগী য়ুমগী থবক ইনখাং, মচা অনীগী স্কুল চৎনবা থৌরাং, অদুগা ওফিস কাবা নঙনবা ঐগী অয়ুক্কী চাকঙন, পুম্নমকসি হোৎনবদা মহাক করিমত্তা ল্লাই শংজদে। ঐহাক্না অদুক হাক্না মাবু মতেং পাংলুবসু ঙমদে। অমুক পম্বা তৌদনা লৈরম্বা খাউ অমা পায়খৎতুনা ঐহাক ইমুংদগী থোরক্লে। শুমাংদা বিজয়াগা থেংনৈ। ঐগী মতৌদুদা ঙক্না হঙলকই,

— কদাই চৎপিদৌরিবনো?

— কৈথেলদনি। করিনো এঞ্জাং খরা লৈরুগে।

মহাক থুনা জ্ঞান তাখি। তোইনা তৌথোক্তবা ঐগী মতৌদুদা মহাক হাইফেৎ নোকনিংবা জাৎনি। নোকফেৎ তৌরকই। খুদক্কুদা ঐনা অমুক মখা তারুই।

— ঐ লাকত্রিফাওবা চাক থোংলমখিনু। য়াম্না থুনা হল্লক্কনি।

মহাক লৈহৌরে। ঐ অদুম লাক্লে কৈথেল তম্না। শিংজমৈ কৈথেলনি। মফমদু য়ৌবদা মিনিৎ তরুক তরেৎমুক্তং চংই। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগুম্না মী ইন্নদ্রবসু মফমসি অদুমক মী চিল্লি। করি করিনো লৈগদবা এঞ্জাং নাপি খরা কৈথেল মনুংদগী লৈরবা

তুংদা থোঙ মনাক তন্না তুরেল মপান্দা অমুক কাখৎলকই। ঙারি, ঙামুলৈরৌনচিংবা খরগা লৈখিগে খল্লি। কৈথেলগী অৱাংথংবদা ইম্ফাল তুরেললোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লৈরিবা দুকান পরেং মথং মথং লাল্লকই। ইখঙ খঙহৌদনা খোঞ্জেল অমখল্লা ঐবু খঙপ্রেক খঙহনখি। মায় লৈথোক্তুনা য়েংলুবদদি দুকান মনুং অমদা চহী হুম্ফু নকশিল্লবী নুপী অমনা ঐবু কৌদুনা লৈরমই। ঐ খঙনিং নীংশিংলকই। ইনে মনিশঙগী দুকান। কৌরক্লিবদু মহাক্লি। খোংকাপ অমা/অনী থাংজিল্লুবতা ঙাইরি অমুকসু হায়রকই,

— ইমোবী নত্রা?

— মান্নি ইনে।

ঐনা খুমখি।

— নহাক্তি উদবা কুইরেদা।

মসি হায়রগা ইনেনা ঐবু চংলকখো হায়দুনা মহাক্কী দুকান তন্না কৌশিল্লকই। ঐ চংশিল্লুই। মনাক্তা লৈরম্বা মোবা অমা পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা পিরকই। মদু লৌরগা ঐহাক ইনেগী মনাক্তা ফমখি।

— কমদৌরি নঙদি? নুংঙাইরিদনা? অঙাং নুবিনা কয়া সুরবা? ঐখোয়দি নঙগী লুহোংবগা অমত্তা খঙহৌদ্রে।

ঐগী ইফমদা মহাক্লা খঙনিংনা হংলকখিবা ৱাহংনি। ঐসু থুরৈমখে খুমদোকখি।

— নুংঙাইরি হায়বতারে ইনে। হৌজিকমক্কিদি থোইদোকপা অৱা অনা লৈজদ্রি। অঙাংসু অনী সুরে। ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি। অদুগা লুহোংবগী ৱাফমসিমদি ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐহাক ইনেদা খংহনজহৌদ্রে।

— য়াইদা য়াইদা, করিসু কায়দে। অঙাং মমাদি মবুক মপাউ ফৈদনা?

ইনেনা হায়রকই।

— হোই, অদুম ফৈ।

ঐনা খুমদোকখি।

তাঞ্জাদুদা মীওই খরসু ইনেগী দুকান্দা ঙারি লৈবা চংলকই। মহাক মখোয়গী ঙারিসু অদুম তমখি। মীশিংদু হেক চৎখিবগা ইনেনা অমুক মখা তারকই,

— নঙগী থবক্তী কদাইদা সুরিবা?

— অৱাং বি.ও.সি. দনি। হাইকোর্টতা একাউনটেন্ট ওইনা লৈরি।

— এ, মদুদি য়াম্না ফৈদনা।

ইনেনা ঐবু থাগৎলকই। তশেংবদি ঐগী থবক্কী মরমদা মাদি মুন্না খঙবা নত্তে।

— ঙারি কাদি লৈরব্রো নঙবো?

ঐনা লৈরক্লিবা পোৎচৈশিংদো য়েংলগা ঐঙোন্দা অমুক হংলকপা ইনেগী ৱাহংনি।

— লৈরকত্রিদা। মদুগীদমক মফমসিদা লাক্লিবনি।

— এ, ঐনা পিনি। ইনেনা অহাওবা খন্দুনা পিগনি। চাদুম হান্না থকখিসি। উন্নদবসু কুইরে। চহীবু ফনা য়াম্লম্লগনি।

মসি হায়রগা ইনেনা থংনবা দুকানদুদা লৈবা অঙাংদু চা লৌবা চৎহনখ্রে। ঐসু ইনেগী ঙারি দুকানদু কোয়না য়েংলুরি। ফনা য়াম্না হোংলম্লে। মমাংঙৈগী উপাক্কী দুকানদু ঙসিদি মচু তানা ফজরম্লে। ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী মীৎয়েংদু পোৎশক অমদা তারুরে। দুকান মনুংগী ফক্লাংদা থেৎপা ফ্রেম চনবা লাই অমদনি। নিংথিরবা হিন্দুগী লাই শ্রীবিষ্ণুগী শক্তম উৎপা লাইদু হেক উরুবদা হকচাংসি থুক লাওখি। মতম কুইরবগী মমাংদা থোকখিবা পুন্সিগী থৌদোক অমা নৌহৌনা নীংশিংলকই। ঙসিদগীদি চহী ফনা য়াম্লম্লগনি। মতমদু চীংঙা চীংদা সিফাইকা অমত্তা লৈত্রি।

... চৈরাউবা নুমিৎনি। নুংথিলগী পুং অনী তারকপদদি লমজাও শড়কসি মীতনা য়া য়া লাংনরক্লে। চীং কাগদৌবগী মীওই কয়াসু চীংঙা তম্না লাক্লরি। চীং থক্তগী খোংলকপা মাইক্কী খোঞ্জেলনা অমুক্কসু ইরাং লাংলি। মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা ইথক ইরাং হৌহল্লি।

ঐহাকসু য়ুমদা অসুম লৈবা ঙম্লক্ত্রদুনা মমাংগী মামা গৌরচান্দগী মচানুপা রতনদু চৎতুনা হৌরুরে। তান চারুবা হায়বদুনি। মহাক চৈরাওচীং কাবা চৎকদৌবগী তৌরম্লি। অমুক পম্থরুবা তৌদনা ঐখোয় অনীমক চীংঙা তম্না লাক্লে। ঐগী ইশাগী চহী কুনহুমদোই অদুগা রতনগীনা তরামরি রোমদমক ঙাইরি। মহাক্তি ঐঙোন্দগী অঙাং খরা ওইরি। ইতৎ তৎতনা ঐগী থবক থোকপা কয়াদা মহাকপু হৌদুনা চৎমিন্নে। মাম্মা গৌরাচান্দনসু রতনগা ঐগা লোইনবদা অদুমক য়াই। নিশা অমত্তা শিজিন্নদবা অমসুং লমজাও শড়ক্তা থোক্তুনা ৱারেম ৱাচোই ঙাংনবা য়াওদবা ঐখোয়গী মতৌসিদা ওইরম্বসু য়াই। চীংঙামখোং য়ৌরকপদদি মীনা কৃক কৃক ইন্নরম্লে। নুপী অঙাংশিংনা অমুক হেল্লি। ইবানি মীয়াম মরক্তা চংশিন্দুনা চীংঙাগী অৱাং হেক থংবদা লৈরিবা মনিং পাংনা চংখ্রিবা লম্বিদুদা চংলক্লে। ইকুই কুইদনা ঙহাক্কী মনুংদা ঐখোয় চীং কাবা হৌরে। লম্বেল অনৌবা শেম্বা ওইবনা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা ইনুংতা নুংঙাইরি। চীং কাবা ময়াই চল্লকপদা ইখঙ খঙহৌদনা রতন্না হায়রকই,

— তা' মোবী, তুংদগীসি য়েংউ।

তুংহন্না য়েংথোকলুবদা লৈশাবী অনীখক ঐখোয়গী হেক তুংদা লাক্লিবদু উরুরে। মাইথোঙ অনীমক নিংথিজে। অমদি কুচু ঙৌনা ই থাংই। অতোপ্পদুনা কুলৈ কুচুনি। হেক য়েংবদা অনীমক মশাদু তনাপ তনাপ্পি। ঐনা য়েংলুবদুদা ইকাইরমাল্লে মখোয় অনীমক মমায় লৈথোকখ্রে। ঐসু অমুক মায় লৈথোক্তুনা হান্নগুম চৎলি। খরা চৎপা হৌরকপদা রতন্না অমুক হায়রকই,

— তা' মোবী, মখোয় অনীসে ঙসাইদগী নঙবু য়েংলগা পংনোক্তা নোকলিবনি।

রতনগী ৱাহৈশিংদু তারগা ঐহাক হাইফেৎ নোকনিংবা পোকলুই। থম্মোয়নুংদা ইতোমতা অমুকসু হঙজরুই। করিগী মখোয়না নোকলিবা? চীংথক য়ৌরক্লে। মখোয় অনীসু ঐখোয়গী মতুংদা অদুম লাক্লি। নোকপদি তৌখিদ্রে। কদোমদগী লাকখিবা পুক্লিং ইথিলনো খঙহৌদে। নিল খোংবা মরক অদুদা ঐনা লৈশাবি অনীদুদা হংলুরি।

— নখোয়সু লাই খুরুম্বা লাকইব্রা?

— হোয়।

মখোয় অনী চপ মান্নবা খুম্লকই। ঐহাক অমুক মখা তারুদ্রে। চীং মতোন্দা লৈরিবা লমপাক মচাদু মীনা পিক থন্না লৈরম্লে। লম্পাক্কী মচি মচিদা শঙ কয়া শাদুনা নুপামচা কয়ানা লাই লাৎলি। শিবা মহাদেববু শিংথাবা মখোয়গী লাইশোন ঈশৈ কয়ানা মফমসি পুমনিল নিল্লি। মরকশিংদা লমপাক্কী মতাইশিংদা শাৎলিবা মখল কয়াগী লৈরাংশিংদুনা ঙসিগী কুমহৈসিগী লৈতেং ওইরি। লাই লাৎলিবা শঙ কয়াদা চংদুনা মীওই কয়ানা লাই খুরুমলি। লাইবক্তা অঙাংবা শিন্দুর চাওনা চাওনা নম্লদুনা লাই খুরুম্বগী মহৈ ফংনরি। মীয়াম মরক অদুদা ঐখোয় অনী (রতনগা, ঐগা) চংশিন্দুনা লাই খুরুমলে। মখোয় অনীসু ঐখোয়গী হেক মথংদা খুরুমলে। অয়াওবা শেল অচোইবা পুথোক্তুনা লাইদা কৎমিন্নরে। মতুংদা চীংঙাগী অকোইবদু ঙহাক্তুং কোইনা চৎলুরগা ঐখোয় মরি পুন্না অমুক কুমথমিন্নরক্লে। ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদে। অদুবু রতনদংদি মরক মরক্তা ঙাং শক্লকই। মহাক্কী ৱাহৈশিং অদুতনা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা হেন্না নকশিন্নবা ঙমহল্লি। ফনা কুইনা অমুক ৱা ঙাংদনা কুমথরক্লবা তুংদা মখোয় অনীদু লোন্না করিগুম্বা খরা শান্নখিবগুম তৌখি। মদু রতন ঐখোয় অনীদি তাবা ফংলুদ্রে। ইখঙ খঙহৌদনা মখোয় অনীদু লেংজুম পায়নদুনা ইন্নরকই। মখোয় অনীগী মতৌদু ঐহাক য়াম্না খংনিংখি।

— করি তৌরবগে?

ঐনা হংখি।

— করিসু তৌদে।

কুলৈ কুচু তাবি লৈশাবিদুনা খুমলকই।

ঐহাক অমুক তুমিন লৈরুরি। অদুবু ঐখোয়গী ইফমদা মখোয়না কবিগুস্বা অমদি লোৎলে হায়বা ঐগী থম্মোয়দা কন্না ফাওখি। ঙহাক উংদুনা লৈরিঙৈ কদোমদগীনো খঙহৌদনা হৌজিক্তা ৱা ঙাংলকখিবা লৈশাবিদুনা ঐ তন্না হায়রকই,

— দাদাগী মিংদি খংদ্রি। লৈফম্না কদাইদগীনো?

ঐ শ্বাই লাওই মিং হংলকপদা। অদুবু পুক্লিংসে তপ্না ফাজিনজরগা মখোয়গী পাউখুম পিনবা হোৎনরুই। তাঞ্জাদুদা রতন্না ফৎ লৈশিল্লক্তুনা হাযবকই,

— ঐখোয় ইয়াম্বগী মিংদি ইমোবী কৌই। চীংঙা মখাদগীনে।

রতনগী পাওখুমদু তাবদা মখোয় অনীমক তুমিন লৈখি। নিলখোংবা মরক্তুদা ঙহাক্তি চিকপগুম তৌখি। ঙহাক্কী অচিকপদু থুগাইদুনা খরা ঙাংগনবী লৈশাবিদুনা ইকাই থিগনবী অমদুদা হায়রকই,

— হৌজিক্তী খংলেদনা হিংচাবী।

— চো, মসি নুপীসিদি।

মসি হায়রগা মখোয় অনীমক পুন্না থিক থিক নোকমিন্নে।

— ঐখোয়গীদি তাকথোক্লে। অদুবু ইচেহোয়গীদি ঙশাইদগী ঐখোয়দা খংহনবিদ্রি।

রতন্না মখোয় অনীগী নোকপা মরক থৎনা হায়রকই। মখোয় নোকপা লেপখি। খুৎলৈ থুনা ওনশিল্লক্তুনা খরা ঙাংবা হৈবিদুনা হায়রকই,

— ঐখোয়দি থোকচোম লৈকাইদগীনি। ঐগী মীংনা শান্তি দেবী। অদুগা ঐগী ইতাসিগীনা রাজকুমারী লতাস্না।

"রাজকুমারী লতাস্না" খঙহৌদনা ঐগী চিন্দগী শোন্দোকখি।

শান্তিদু তারমাল্লে অমুক্কসু হায়রকই,

— হোয় মান্নে, মহাক্কী মমিংনা আর.কে. লতাস্না।

— ঐখোয় খংজরে। কাউররোই। হয়েং তুংদসু কাউনগুমসি।

ঐনা হায়দোকখি শান্তিগী মফমদা। মহাক্কসু খুল্লমখি,

— হোয় দাদা, কাউনগুমসি।

চীংঙামখোং য়ৌরম্লে। মীয়াম মরক্তুদা মখোয় অনীসু অৱাং পাংনা চৎননবা

*হোৎনরকই। রতন ইবানিসু মখা পাংনা হাইথনবা শেম শাখি। অরোইবা ওইনা অমুক্তং মখোয় তন্না য়েংথোকলুই। শান্তিনা মাং থারদুনা মীয়াম মরক অদুদা লতাস্নানা তপ্পি তপ্পি চৎখিবদু ঐগী মিৎসিনা তশেংনা য়েংহৌখি।*

লতাস্নাগা লৈনবা মরী নোংমা নোংমগী হেনজিল্লকই। ঐ তশেংনা থম্মোয়নুংদা মহাকপু খোইদাজখি। মহাক্লসু ইতৎ তৎতনা ঐবু নুংশিবা ফোংদোকখি। ইবানিতগী ওইবা মঙলান অমদা খোঙ থাংজিল্লকই। তুরেল মপালগী মী চিক্লবা লম্বেলশিংদা কয়ারক হন্না চৎমিন্নখি। মীতৈগী কাং, ঝুলোন অমসুং কৃষ্ণজর্ন্মনচিংবা কুমহৈ কয়াদা হকথেংননা উন্নদুনা হরাও তয়াম্না শরুক য়ামিন্নখি। কাইনথংদদি মহাক্লা শিল্লক্তুনা ইনে মনিশঙগা শক খংনখি। মখোয়গী ইমুংদগী খারোমদা য়ুমলোন অনীদং চৎলগা লৈবী ইনে মনিশঙ, শিংজমৈ কৈথেলদা দুকান ফম্মি। পিক্লিঙৈদগী লতাস্নাবু নুংশিনা তৌবিরকই হায়। লতাস্না ইবানিগী নুংশি লম্বেলদা ইনেনা অচৌবা মতেং অমা ওইখি। মহাক্কী মচিন্দগী লতাস্নাগী ৱাফম কযা ঐনা খংবা ঙমজখি।

নোংমসু ইথা থাজদনা মহাক্লা শিল্লক্তুনা লতাস্না ইবানি মাগী দুকান মনুংদা উনখি। নুংথিল পোবোব ওইবনা লম্বেলদা মী থোইনা চৎনদে। কা মনুংদা ইবানিবু ফমহল্লন্নগা মহাক্তি মপান্দা পোৎ য়োন্নবা থৌরাং তৌরি। ঐখোয় অনীগী নাক্তগী থোকখিদ্রিঙৈ ইনেনা হায়খি,

— অশেং অশেংবদা হায়নৌ। মসিদা থেৎলিবা বিষ্ণুসিনা শাক্ষি ওইদৌরিবনি।

লতাস্না ইবানি ৱা লাওনা নোকখি। মহাকসু নোকখি। য়েংথোকলুবদা ফক্লাংদা নিংথিরবা বিষ্ণুগী শক্তম য়াওবা লাই অমা থেৎতুনা লৈরম্মী। ইনে থোকখ্রে। মপান্দা ফমদুনা পোৎ য়োনবা হৌখ্রে। নুমিৎতু লতাস্না ইবান্নি কুইরৈমখৈ ৱারী শান্নখি। মাসু ঐসু থম্মোয়নুংগী অশেংবা ৱা ফোংদোক্লখি।

মতুং নুমিৎ খরনিদি ঐসু থবক য়াম্না চিনখি। থবক ফংনবা হোৎনবদা মতম চংখি। লতাস্নাগা কুইনা উন্নখিদে। মহাক্কী পাউসু অমত্তা তাখিদ্রে। কুইনা উন্নমন্দ্রদুনা নোংমা ইনে মনিশঙগীদা চৎতুনা হঙলুই। মহাকসু পাউ অমত্তা ফংলমদে। লতাস্নাদু করি তৌখ্রবনো খঙদে হায়রকই। মথং নোংঙানবদা চে মচেৎ অমদা ৱাহৈ মঙা/তরা ইরগা মখোয় মনাক্কী অঙাং থাদুনা পিহল্লুই। থোক্লক্কে হায়দুনা পাউ তল্লরৈ। মতম কুইনা মহাকপু ঙাইখি। নুমিৎতু মহাক থোক্লকখিদে। থেংজিল্লক্লবদা ঐহাক য়ুমদা হল্লকখি। মহাক্কী মতৌদুদা ঐগী পুক্লিং লাংতক্করকই। নোংমা নোংমগী ৱাখল ময়েং

তারকই। অমরোমদা থবক ফংদবগী থম্মোয়নুংদা অৱা মৈশাসু লাংলকই। তাঞ্জাসিদা ইনে মনিশঙদগী পাউ অমা তাখি। লতাস্নাদু মখোয়গী অহল-লমনশিংনা মপাল পাক থোকহনখিদ্রে। ৱাফমসিদা লতাস্নাগী পুন্সিবু হেন্না নুংশিবকই। ঐগী থম্মোযবুসু খঙনুং নুংশিরকই।

থা অমরোমগী মতুংদা নোংমা ইনে মনিশঙগী দুকান্দা চৎলুই। ঐবু উবদা ইনেদু মাইথোঙ মকশিনখি। অদুবু ঐবু তবান্না কৌশিল্লগা হাযবকই,

— ইমোবী, নঙ মাগী ৱাখল থাদোক্লো। মমা-মপানা হাযনদুনা লতাস্নাদু অতোপ্পা নুপা অমগা লুহোংবগী মতম লেপ্লখ্রে।

ইনেগী ৱাহৈশিংদুদা ঐ থোইনা ঙকপা পোকখিদে। পেন্দবা, নুংঙাইতবসু লৈখিদে। ইথন্তা থম্মোয়নুংদা নুংশিবা ফাওখি।

— নুপাদুদি কদাইদগীনো?

ঐনা খঙনিংনা হঙখি।

— উরিপোক্তগী এ, ই নি হাইযে।

— য়াম্না ফৈ, ইনে।

মসি হায়রম্লগা ঐহাক অদুম লাক্লে। ইনেসু ঐবু তিংঙক য়েংদুনা লৈহৌখি।

— চা লৈরে, ইমোবী।

ঐহাক জ্ঞান খংতা তাখি। ইনে মনিশঙনা পিরকপা চা গ্লাসতু লৌদুনা থকলুই। হৌজিক্তা উখিবা ইনেদু ওইরবোই নীংলুই। অদুবু তশেং তশেংনা উবকই — চহী য়ামশিল্লক্লবা ইনেগী ফিভম, খুইজিনবা হৌরক্লবা মাইথোঙ।

— সে, নঙগী ঙারি হায়বদো।

মসি হায়রগা ইনেনা চেগী মযোম অনীখক ঐ তম্না পিরকই। ঙাবিগা ঙামু অকংবগা ওইরমাল্লে। ঐসু ফুরিৎখাউদগী শেল লৌথোক্তুনা মখোয়গী মমল পিকবি। পুন্নমক লোইরবদা চৎননবা শেম শারকই। খুদক্তুদা ইনে মনিশঙনা,

— ঙাইখো ইমোবী, নঙবু ঐখোয়গী লতাস্নাদুবু নীংশিংলিব্রা?

— করি তৌরবগে? ঐদি মহাকপু কাউদ্রি।

ঐনা হায়দোকখি।

— ইস, য়াম্না ৱারেবো। যেংবা য়াম্না নুংঙাইত্রে মশাদু।

ঐ শ্বাই লাওই। খঙনিংবনা হকচাংসি লাংতক্লরকই। ঙাইঙমদনা অমুকসু হংলুবি।

-- লতাম্ননাবু করি তৌরবগে?

-- মৱাদু ইঞ্জিন্নিয়ারনিদনা। সসপেন্দ তৌরে হাইয়ে। মপামদা ঙহাক লৈতনা লাকএ।

-- মপামদদি করি তৌবা লাকইবা?

-- মপুরোইবনা ইজিকুউটিব ইঞ্জিন্নিয়ার ওইরিঙৈদা মীঙোন্দগী শেল য়াম্না লৌশিল্লম্মল্লে। মদু শিংদোক্লবা হোৎনবদা মখোয়গী গাড়ী পুম্বসু য়োনখ্রেদনা। উরিপোক্তসু ঙহাক লৈতনা পৈশা থৌবা মী লাকমাল্লে।

-- ও ...।

খঙহৌদনা ঐনা শোন্দোকখি।

-- মশক মতৌ অদুক ফজরম্বদো ঙসিদি য়েংবা যাদরে।

মশাদু হান্নদগী য়াম্না কংশিল্লে।

ইনেগী ৱাহৈশিংদুনা ঐগী থম্মোয়বু খজিক নুংঙাইহনখিদে। ৱাখলদা নৌহৌনা অবাবা পিখি। থম্মোয়দা চৈনা অমুক পিবা নত্তনা মাগীদমক কবিসু উপায় তৌবা ঙমখিদে। চৎলগে হায়রম্লগা ঐগী পোৎচৈশিংদু পুদুনা ইনেগী দুকান্দগী থোবক্লে। চৎলমদাইদা শ্রীবিষ্ণুগী ফ্রেম চনবা লাইদুদা অমুক্তং য়েংলুরি। মহাক্তি হান্নগুম শকফম হোংদনা অদুমক লৈরমই। ❍

# ঐখোয়গীদি চাক থোংদ্রি

নুংথিলগী পুং মরি মখাই তাখ্রে। নিংথমথা ওইবনা থুনা মমশিল্লকই। কুঞ্জো মাগী থবক লোইশিল্লি। খুৎশু-খুৎলাইশিংদু খোমজিন্দুনা মফম চানা থমই। চেক শুবা য়াওবা নুপামচা অনীদুসু ঈশিং বালতিন অমা লৌদুনা মখোঙ মখুৎ চামথোকলি। ঙসি নোংমগীদি মখোযগী থবক পুমলোই লোইরে। অদুবু য়ুম্বু নবকুমার হল্লকপা ঙাইবা ওইনা মখোয় ঙহাক মখা তানা লৈথরি। নুংতিগীদি নবকুমার ওফিসতগী ঙন্না হল্লকপনি। অয়ুক থবক চৎথোক্লমদাইদসু ঙন্তা হল্লক্কনি হায়রম্লীবনি। থবক শুবা লোইগদবা ফনা য়াম্না ৱাৎলিঙৈ মখোয়না মহাকপু ঙাইরকপনি। কুঞ্জো ঙহাক ৱাখল খঞ্জান্নে। মনাক্তা লৈরম্বা মোরা অতেকপদুদা ফমদুনা মখুমক্না শাগৎচরিবা য়ুমদুদা থৱায় তানা অমুকসু য়েংজৈ। মদুবু উরগা থম্মোয়নুংদা পেঞ্জে। নুপামচা অনীদু মখোঙ মখুৎ হাম্বা লোইরদুনা মহাক্কী মনাক্তা চংশিল্লক্লে। ৱা মচেৎ অমতা ঙাংদনা মখোয়সু কুঞ্জোনা তৌবগুম মশা মশানা শাগৎচরিবা মফমদুদা য়েংলি। তাঞ্জাদুদা নবকুমারদু থোঙ্গাললোমদগী চংলক্লে। মনাও নুপা উপেন্দ্রোসু মতুংদা ইন্নরকই। প্রপ-প্রপ চংশিল্লক্তুনা নবকুমারদু ঙসি লোইশিনবা ফক্লাংগী শরুক্তু মুন্না য়েংই। ঙহাক য়েংলুরগা মমায় লৈথোরক্তুনা কুঞ্জোদা হায়রকই,

– তা কুঞ্জো, ঙসিগীদি লোইরবা নৎত্রা?

– লোইরে ইবুংঙো।

নবকুমার মখা তারক্তে। চনশিনখ্রবা চেকশিংদু পায়দুনা হাইফেৎ য়েংই। কুইরমদে। থুনা অমুক চংশিল্লক্তুনা কুঞ্জোদা মখা তারকই।

– তা কুঞ্জো, য়াম্নদি ৱারম্লনি। অদুবু ঙসিদি দাউ য়াদ্রে।

ময়ামগীদু হংচিৎ ওইনা তৌজরগে।

কুঞ্জো শ্বাই লাওই। নুপামচা অনীদুসু মাইথোঙ খঙমক মকশিল্লি। ঙশাইমখৈ শাগৎচরম্বা মখোয়গী আশা অদু খঙহৌদনা মাংখি।

— ইবুংঙো কুমার, য়াম্নমক নত্রবসু খজিক্তা ওইরবসু উপায় অমতা য়েংবীয়ু।

কুঞ্জোনা অমুক হায়রকই।

— তাদ, ঙসিগীদি উপায় শুংলৈ লৈত্রবনি। অদুননি ঐনা হায়জরিবসে।

কুঞ্জো উপায় লৈতে। তুমিন লৈখি। নুপামচা অনীদুদা য়েংলকই। মখোয়সু ৱা অমতা ঙাংদনা মমায়শিংদু লৈমায়দা লুকথদুনা লৈরমই। নবকুমারদু মনাওনুপা উপেন্দ্রো কৌদুনা করি করিনো পোৎ-চৈ অৱাৎ-অপা তানখি। নীংবা কায়রবা নুপামচা অনীদু কুঞ্জোদা হায়রম্লগা চৎখ্রে। কুঞ্জো মথন্তা ঙায়হৌরে। মহাকসু চৎপা য়ারবনি। অদুবু মখোঙ থাংদোক্তুনা চৎপা হেক ঙমদে। শেল মনা অমত্তা য়াওদনা মহাক্না ময়ুমদা থুংলুবদা ইমুংগী ওইরমগদবা ফিভম, মহাক মমিৎতা উরকই। অয়ুক অঙনবদা অঙাং মমা ইবেথোইগী মফমদা মহাক্না থাজবা পিরম্বা; মসিগা লোয়ননা শেৎপা-চাবা মনিং থুংজদ্রবা মচাশিংগী মতৌ, অমুকসু নীংশিংলকই। ৱাখলদা অৱাবা পিরকই। থম্মোয়নুংদা তারিবা অৱাবগী মমিদু উৎথোক্তুনা কুঞ্জো নবকুমার মচিন মনাওগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ৱা খন্নবা য়াওখ্রে। নুমিৎসু পুমতা তারে। মঙ্গোলদা অমুক চংদুনা অঙানবা মৈঙান্দা মখোয় অহুম ৱারী শান্নরি। নবকুমারগী নুপী সুনিতাসু থোরক্তুনা মখোয়গী মরক্তা য়াওররি। ৱারী লোইশিল্লকপদা উপেন্দ্রোনা হায়রকই,

— তা কুঞ্জো, ঙসিদি য়েন থোংবা চাখ্রসি।

কুঞ্জো হায়ফেৎ খঞ্জান্নে। খুমদে। তাঞ্জাদুদা নবকুমারনা অমুক হায়রকই,

— তা কুঞ্জো, চাখ্রসি। ইচিন-ইনাও ঙসিদি গ্লাস অমমমতং পায়মিন্নসি। ঐসু কুইরে মসি তৌরক্তবা।

কুঞ্জো য়ারে। অদুবু মপুক্লিংদদি হোরেল শোইদনা থেঙগনি খল্লি। উপেন্দ্রো চংখ্রে শেম শারুনবা। নবকুমারসু মফি-মরোল হোংদোকপা চংখ্রে। কুঞ্জো মথন্তা নবকুমাবগী মাঙ্গোলদা ফল্লি। তাঞ্জাদুদা নবকুমারগী মচানুপী অহলদুনা চা পুথোরকই। চা থক্লা থক্লা মৈনা পুমঙান ঙাল্লবা ইখ্বোলনুংদু কোয়না য়েংই। নুংঙাই য়াইফরবা য়ুমলৈ-কৈবৈদু উরুবগা মহাক্কী মমা মপানা মাগীদমক থম্বীরম্বা য়ুমদু খঙ্গীং নীংশিং-ল্লকই। কয়াদা খেন্নখ্রবা। নোংমতা শেমজিনবিদ্রবা ফিভম শোক্লবা মাগী য়ুমদু মফমসিদদি করিমত্তা চন্নফম লৈতে। খল্লুরগা থম্মোয়বু খঙনুং নুংশিরকই।

নবকুমার নহানি। চহী কুম্থাতরেৎ কুম্থানিপাল লোমদমক ঙাইরি। কুঞ্জোনা চহী মঙা তরুকলোমদনি হল্লিবা। মশাসু পব্লিক হেল্ট ইঞ্জিনিয়ারিং দিপার্টমেন্টতা এসঃ ওঃ ওইরি। মহাকসু অদুক হাক্লা মীনুংশি খঙদবা মীশক নত্তে। মনাওনুপা উপেন্দ্রোদি এমঃ এঃ ফাওবা তম্লরগা সরকারগী থবক তৌদনা লৈরি। অহল লমন্না লল-থুম মরাং কায়না থম্বীরম্বনা মচিন মনাও অনীমক করিমত্তা ৱাৎতনা ঙসিসু হিংলি। চা থকপা হেক লোইবগা তেবলদা লৈরিবা চুরুৎ উপুদু লৌদুনা থকই। মশাদু খরসু ইংলে। চুরুৎ মচৈদু অমুক অনীরক হেক চিংবা হৌবগা নবকুমার থোরক্তুনা ফম্লরে। করিনো ৱাহৈ খরা ঙাংনরগা মখোয় অনী লমজাও শড়ক তম্না থোকমিন্নরক্লে।

নুমিদাংগী পূং নিপাল তাখ্রে। নবকুমার কুঞ্জোগা লোয়ননা ইমুংদা অমুক চং লকই। মনাও নুপা উপেন্দ্রোনসু চান-থক্লবা পুম্বা লোইরম্লে। অমুক পম্থবা তৌদনা চাক চামিন্নরে। কুঞ্জো মমায় ঙশং ঙাংলকই। হিদাক লৌফমদগী হান্নসু অমুক অনীরকসু য়োৎশিল্লক্লবনি।

উপেন্দ্রোগী এঞ্জাং মথেলদুসু নিংথিজনা হাওরে। মহৈ মহৈ লোৎশিন্নরকই। নুমিদাংগী পুং মাপল তারকপদা চাবা থকপা পুমলোই লোইরে। কুঞ্জো ময়ুমদা হন্ননবা থৌরাং তৌরকই। নবকুমারসু থোঙ্গালফাওবা মাবু থিন্দোরকই। লম্বেলদা মী পাক্লা চৎপসু উদ্রে। মহাক মথন্তা মখা পাংনা হাইথরক্লে। ইংবসু অসুম হেঞ্জিল্লকই। মশাদা লোইহ্নরিবসু অয়ুক অঙনবদা ইম্লকপা অমনবা হাওফি মচা অদুখক্তনি। হৈনিংবা ফাওদ্রবা মখোঙ অনীদু তপ্লি তপ্লি থাংদুনা ময়ুম তম্লকলে। থোঙ্গাল য়ৌবগা মাঙ্গোলদা লালটেন মচা অমা থাল্লিবদু উই। অমম্বদা পিক্লবা থাউমৈদুনা মাঙ্গোলদুবু হাইফেৎ ঙালহল্লি। নুমিদাংসিদা ইমুং অমদি লৈরি হায়বদু তাক্লি। অমুক পম্থদনা কুঞ্জো ইমুং তম্না চংলক্লে। মাগী ফমুং হেক য়ৌবগা ফমথৈ। মশাদু অইংবসিদা হুমাং কাংই। শ্বর মপি হোল্লি। য়ুনমসু চেল্লি। হেক ফমথবতা ঙাইরিঙৈ চহী মঙা রোম শুরবা মচানুপা অতোনবদু মাগী নাক্তা চংলকই। মপাবু মুন্না য়েংই। তাঞ্জাদুদা মচানুপী য়াইমদুসু চংলকই। মহাকসু মপাগী মওংদুদা মুন্না য়েংলকই। মমায় লৈথোরকপদা কুঞ্জো মখোয় অনীবু উরে। য়াম্না কিনা মপাবু য়েংলিবা মচা অনীগী মতৌদুদা কুঞ্জোনা কল্লপ্না হায়রকই।

— করি তৌরে, নখোয়দি হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিবদি?

মহাক্লা হায়বা লোইদ্রিঙৈদা মচানুপীদুদি কাদগী চেম্থোকখ্রে। পিক্লিবা মচানুপা অতোনবদুতং ঙাইহৌরে। মহাক্তি চৎতে। চপ লেপ্তুনা অদুম লৈ।

— করি তৌরে নঙদি চৎত্রবদি? অমুক কুঞ্জোনা হায়রকই।

হন্দক্তি অঙাংদু ৱা ঙাংলক্লে। মপাগী মমাংদা চংশিন্দুনা হায়রকই,

— বাবা, ঐখোয়গীদি চাক থোংদ্রি। ○

# মীনুংশি

ফম্না কুইরক্লে অমুয়াইমনা গাড়ীগী কারবার তৌরক্লিবসি। অদুঙৈ মহাক্লা পাখঙ ওইরিঙৈ মতমদগী হৌনা শিনফম অসিদা চংলক্লবনি। শাংলবা চহী কয়াসি অৱা-অনা থিদনা কন্না হোৎনজরকপনা ঙসিদি মাগীসু হাইরপ নিংথিজবা চেক্কী য়ুম অমা শাখ্রে। গাড়ী য়াম্না মপু ওইবা ঙমদ্রবসু গাড়ী অনী অহুমগী মহাজনদি ওইরে। ঈশ্বরনা চানবিবদগী ঙসিগী ফিবমসি য়ৌরক্লিবনি খল্লি অমুয়াইমা। মতম অমা, মহাক্লা মমা মপাগা পুন্না লৈমিন্নরিঙৈ কয়াদা ৱানা লেল্লকখিবা। লৈত-লাইরগী চৈনাখোল নংলকখিবনি। নীংশিংলুবদা হেক হেক মিৎতগী পি তারকই। ঙসিদি মপাবুং জানকীসু লৈখিদ্রে। মচাশিংসু লোইনা চাওশিল্লকলে। পাখঙ লৈশাবী য়াওরক্লে। মখোয় ময়াম অমসুং ড্রাইভর, হেন্দিমেনশিংনা লাঙবগী ইনিলনা হৌজিক্তি ইমুংশি ঙহাক্তা ইংনা চিক্লা লৈজবা ফংদ্রে। মপাবুংনা কোল্লিঙৈ মতমদুদদি মচিন-মৌপ্পা মখোয় অহুমখক্তনি। কয়াদা চিক্লমখ্রবা? হৌজিক্তি ময়াম্বা শ্যামসুন্দরসু মপাবুংনা থম্বিরম্বা ঈঙ্খোলনুংদগী তোঙান্না হোংদোক্তুনা লৈখ্রে। মচন্নুপী খোংমন ওংবীদুসু মরক মরক্তা হেক লাকই। মবুংগা অৱা-নুংঙাই পাউমেন্নজে। অদুবু নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা ওংখিবনা মাগীদমক্তি অমুয়াইমা থোইনা ৱারুদে।

হন্দক অমুক নৌহৌনা গাড়ী মপুশিংনা ইম্ফাল সহর মনুংদা সিটি বস সার্বিশ হৌদোরকই। মসিগা লোইননা শড়ক্তা অহনবা বস মচা (কেন্টর) খরা সার্বিশ চেল্লকলে। ভারা লুপা অমা অনী পিরগা ইম্ফাল-কাঞ্চিপুর ইম্ফাল টু লিল্লোংনচিংবা মফম কয়াদা মীয়াম্না পাম্না তোংনরি। মসি পুন্নমকসি উরুরগা কেন্টর অমা থমদুনা মসিগী সার্বিশপু স্টৎথসিরা অমুয়াইমা হাইরপ খল্লকই। মহাক্কী ৱাফমসিদা মচাশিংনা হেন্না

য়ানিংখি। অদুবু গাড়ীগী মমলদি অরাইবা ৱাফম অমদি নত্তে। লুপা লাক্ষ অহুম/মরিগী থবক্লি। অমুকসু খল্লি, লৈরিবা টাটা গাড়ী অনীসি মহৌশাগুম্না ইকান কান্নরক্রে। শেল ইফং ফংদ্রে। কাইনথংদা টাটা গাড়ী অমা য়োম্থোক্লগা শেল ৱাৎনা থিদুনা কেন্টর অহনবা অমা লৌরে।

কালেন থা চংলক্রে। মনিপুর তম্পাক্কী মফমশিংদা শাবা হেনগৎলকই। হন্দক্তি নোংসু য়াম্না ঙন্না লাকই। হকচাংদা হুমাং কানা নুংশাগী মৈশানা য়ৈরবদা নোংনা হেক হেক চামথোক্লরি। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ইম্ফাল সহর মনুংদা কাংলুপকী ইরাং থোক্লকলে। ইম্ফালগী খা-থংবা মাইকৈদগী হুন্নকখিবা নোংলৈ নুংশিৎনি। লমদমসিদা কুইনা লৈমিন্নরক্লবা হিন্দু-মুসলিম কাংলুপ অনীগী মরক্তা হাৎনশুনবগী থৌদোক্লি। অকিবা, তুজুংবনা পিক থল্লি। মী কয়া শিরে। কয়া অমসু শোক্লে। দুকান কয়া, গাড়ী কয়া মৈনা উৎ ওনখ্রে। রিক্সো, ওটোরিক্সোনচিংবা কয়াসু মাং তাক্লে। নুংথিল পুং অনী মখায় তারকপা অদুৱাইদগী হৌরকপা ইরাংনি। খঙহৌদনা লানমৈ চাকপগুম শন্দোকখিদুনা ইম্ফালগী মফম খুদিং, লৈকাই খুদিং য়ৌখ্রে।

নুমিদাংৱাই পুং মঙা মখাই তারকপদা অমুয়াইমগী কেন্টর গাড়ীদু ময়ুম তম্না হাথু হাথু থৌরকই। মনুংদু ইহাং হাংই। দ্রাইভর, হেন্দিমেন নৎতনা মী কনাসু য়াওদে। য়ুম মপা হেক য়ৌবগা গাড়ী খামই। মনুংদগী মখোয় অহুম পাখৎনা কুমথরকই। হান্না ঙাইদুনা লৈরম্লবা অমুয়াইমা মখোয় অহুমবু খুৎলৈ থুনা ইমুংদা পুশিনখ্রে। করি করিনো ৱারী খরা মনুংদা লোৎনা শান্নখি। ঙহাক লৈরগা মীতৈ দ্রাইভরগা, হেন্দিমেন অমগা কাদগী মপান থোকখ্রে। মতুংদা ইমুংদু পুমচিক অমুক চিকখ্রে। লমজাও শড়ক্তা নহারোলশিংনা লাও খোংবগী খোঞ্জেলদি অদুমক তারি।

নোং ঙাল্লে। সরকারনা মফম খরদা কর্ফিউগী হুকুম লাওথোরকই। অদুবু লৈকাই খুদিংগী লমজাও শরক্তা মীয়াম্না থোক্লরক্লুনা অমগা অমগা পাউ তম্নরি। মরকসিদা তোকঙা কয়াসু কন্না শন্দোরক্লে। মসিনা অমুক্কসু নহারোলশিংগী মফমদা হেন্না ইরাং হৌহন্নবা মচাক ওইহল্লরে। মথং মথং শন্দোকখিদুনা মনিপুর তম্পাক্কী মফম অয়াম্বদা হিংসাগী ইরাং থোক্লক্লে। অদুবু খ্বাইদগী হেন্না ইরাং কল্লিবদি নেসনেল হাইৱে নম্বর ৩৯, ইন্দো-বরমা রোদ পরিংদনি। কাংলুপ অনীমক্কী মীওংশিং খ্বাইদগী হেন্না অৱাবা নংলিবসু মফমসিদা ওইরি। মফম খরদা য়ুম মৈ থাবনচিংবা হিংসাগী পাউ লাক্লি। ইরাং নেমদ্রবদা সরকারগী অকনবা হুকুম থোক্লক্লে। মসিগা লোইননা ইম্ফাল জিলাপুম্বা অমসুং থৌবাল জিলাদা পুং কুন্মরিগী কর্ফিউ লাওথোরকই।

অয়ুক্কী পুং তরামাথোই তারে। কর্ফিউ মরক্তুদা ইবেচাওবীদু মবুংগীদা খঙহৌদনা ফাওরকই। হেক থুংলবগা অমুয়াইমগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হৌনা কপ্লকই। ময়াম পুম্নমক ইঙক ঙকই।

— করি তৌরবগে? অমুয়াইমনা হঙই।

মবুংনা হঙলক্লবদা ইবেচাওবী হৌন কপ্লম্বদু তোকখ্রে। হিক হিক তৌরদুনা হায়রকই।

— তাদ, শান্তিবালাদো হল্লক্রে। ঙরাং কলেজ চৎখিবনি।

অমুয়াইমা শ্বাই লাওই। লৈরম্লিবা ময়ামদুসু মাগী ৱাফমদু তাবদা থম্মোয়-নুংদা ইপা পাখৎনরকই। ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদে। লঙলম্বা মাইথোঙ মকশিল্লি। মখাতানা অমুয়াইমনা হঙলকই।

— করি কলেজদনো? মফম্না কদাইৱাইদনো?

— লিপ্লোংদনি। মপি তৈথোক তৈথোক্লা ইবেচাওবীনা খুম্লকই।

অমুয়াইমা অমুক মখা তারুদ্রে। তুমিন লৈখ্রে। ময়াম পুম্নমকসু অৱাবা ইপাক অমদা লুপখ্রে। মফমদু অমুক পুমচিক চিকলে। মচন্নুপীনা হিক হিক কপ্পগী খোঞ্জেল নৎতনা কনাসু মখোল থোকখিদ্রে।

ঙহাক লৈরম্লগা ইবেচাওবীদু কনাদসু তাক্লমদনা হনখ্রে। মচন্নুপী চৎখ্রবা মতুংদা অমুয়াইমা ৱাখলনা ফুংবংনরকই। ঙরাং গাড়ী হেক থুংলবগা মহাক্কী পুক্নিং লৈতানা লৈবা ফংলকত্রিবনি। চরাংনবা ৱাখলদা ঙরাং অহিংসু তুমদ্রবনি। ঙসি নোংমা-নীনিসিদি মাগী ইমুংদা কনাবুসু লাংহন্নিংদে। ইংনা-চিক্লা, ৱা ফাওবা কন্না ঙাংনদনা লৈনিংবনি। কন্নাগুম্বা লৈকাইগী মীওই অমফাও চংলকপা পামখিদে। অদুবু ইবেচাওবীগী ঙসিগী থৌওংদুনা মাগী থম্মোয়দা অমুক্কসু অৱাবা পোৎলুম ওইহল্লি। মচন্নুপীগী মফমদা ফাওরিবা মচা কায়নবগী চৈনাখোলদু মঙোন্দসু অদুমক ফংলরি। অমুকসু খল্লকই। মচন্নুপীনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্তুনা কপ্লরিবা! মবুংনি খন্দুনা মহাক্কী অৱাবদু পুন্না শরুক য়ামিন্নবা লাক্লিবনি। খল্লুরগা অমুয়াইমা মপুক্নিং নুংশিরকই। তাঞ্জাদুদা মচানুপা অতোনবা বোই চংলক্তুনা থোংখোঙদা মী অনীখক হাৎহৌবগী পাউ তম্লরি। হৌজিক্তি অমুয়াইমা মহাক্কী তৌগদবা মথৌ য়াম্লকলে। ফনা কুইনা খল্লম্লগা য়ুমদগী মপান থোকখ্রে। কর্ফিউ মনুংনি। অদুমকপু মীওই খরদি শড়ক্তা খোংনা চৎপা উরি।

নুংথিলগী পুং মরি তারক্কদৌরে। ঙশাই অয়ুক্তদি নুংশা খরা শারম্বনি। অতিয়াদা নোং লৈগ্রমদে। হৌজিক অমুক নোং চুরক্কদৌবগী অতিয়াসি মমশিনবা হৌরক্লে।

অদুমকপু নোংদি পাক হেক তারক্ত্রি। অমুয়াইমদু শড়কলোমদা মতম ঙহাক চৎথোকলুরগা অমুক থুনা হল্লক্তুনা লৈরি। মাঙ্গোলগী চৌক্রিদা ঙহাক অমুক ফমই। শুমাংদা থোকলক্তুনা হঙ্গৎ হন্দা অমুক চৎলি। মাইথোঙদা য়াম্না লাংতক্লবগুম উই। করিগুম্বা অমবু ঙাইবগুম তৌরি। ফনা কুইরক্লে মহাক্লা অসুম্না লৈরক্লিবসে। তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো বোই মমাদু মাগী নাক্তা চংলকই। মপুরোইবদা ওনশিল্লদুনা হঙলকই,

— করম তৌরবগে?

অমুয়াইমা বোই মমাদা শংত্রিক য়েংই। হায়রকই,

— কনাবুনো? শান্তিবলাগীরা?

— নত্তে।

— অপিক্কীরা?

— মান্নি; পুলিসতা পাউ পিবিখ্রবরা?

— ‘উম, ফোন তৌরুরবনি।

— করি হায়রকপগে মখোয়নবু?

— হৌজিক য়াম্না চিল্লি। চেকশিন্না থম্বিরম্মু। মখোয় অদুম লৌবা লাক্কে হায়রকই।

— পুলিস হেক লাকপগা শিন্নহৌরসি। অঙাংসি কিবনা থক থক নিক্লবনি। চাব-থকপা ফাওবা নিংথি নুংঙাইনা চাউ-থকউ য়াদ্রে।

মথ্বাই ব্রাজনা বোই মমানা মপুরোইবগী মফমদা পাউমেনজরকই।

ব্রাফমসি হায়রম্লগা বোই মমাদু মাগী মথৌ তৌবা চৎখ্রে। অমুয়াইমা মতোমতা ঙাইহৌরে। মমিৎতা মীহাৎপশিংদুগী মশক্তু শঙ শঙ উরকই। থম্মোয়নুংদা হায়রকপগুমসু তৌরকই। মরাল লৈজদবা মীবু কনবিবা হায়বসি মীওইবগী ধর্ম্মনি।

ঙহাক লৈরগা পুলিসকী গাড়ী অনী লাক্তুনা অমুয়াইমগী থোঙ্গালদা খাম্লরে। থোঙ্গাল চংফমদা “গাড়ী লোইবা অমুয়াইমগী য়ুমদো সি নত্রা?” হায়না মচাশিংদা পুলিসনা হঙবদু অমুয়াইমা মাঙ্গোলদা তাই। থুনমক থোঙ্গাল তম্না থোবকই। তাঞ্জাদুদা পুলিস ওফিসার অমনা মাং থাদুনা মখোয় খরা মরী মরী চংলকই। অমুয়াইমা মখোয়বু তরাম্না ওকই। মোরা, চৌক্রিনচিংবা পুথোরক্লবা মচাশিংদা থৌদারকই। মাগী মতৌদু উবদা পুলিস ওফিসারদুনা হায়রকই,

-- ঐখোয় ফমজররোই তাদ, অঙাংদুবু হৌজিক মফমসিদা লৈরিব্রা?

-- লৈরি ইবুঙো, ঙরাংদগী য়ুমসিদা অদুমক থল্লকলিবনি।

— ফরে অদুদি, মহাকপু পুথোক পিরকও, ঐখোয় পুজখ্রগে?

— অদুদি ইবুঙো, মফমসিদা ঙহাক্তা পোৎথাবিরম্মু। ঐ অমুক্তা চংজরুখিগে মসি হায়রম্লগা অমুয়াইমা ইমুংলোমদা চংখ্রে। ঙহাক লৈরগা মখোয় অনী/অহুমনা মাং থাদুনা চহী কুনলোমগী নুপামচা অমা ইমুংদগী থোরক্লে। লৈরম্লিবা পুন্নমক মঙোন্দা য়েংনরকই। পাখঙমচাদু মতু ইপোন পোন্না উই। মশাদা অকি তুজুংবা ফাওবি। মখোয়গী মনাক য়ৌরক্লবদা পুলিস ওফিসারদুনা নুপামচাদুদা হঙলকই।

— নমিং করি কৌই?

— অপিক। পাখঙমচাদুনা কিরপ্পা খুম্লকই।

— মুসলিম-লা?

— উম

— করি লমদগীনো?

— শঙ্গায় যুম্ফমদগীনি।

— সিদা গাড়ী হেন্দিমেন ওইবদি কয়াম কুইরে?

— চহী অমা ফারক্লে।

— চাকতি চারব্রা ঙসিগী?

— উম

ওফিসার নহাদু মাগী ৱা হঙবা লোইখ্রে। অমুয়াইমদা ওনশিল্লগা অমুক হায়রকই ,

— তাদ, অদুদি ঐখোয় অমুক য়ৌরগে?

— ফনি ইবুঙো, য়াম্না নুংঙাইজরে। ইবুংঙোহোয়না লেংবিরকপসে।

অপেনবা অমগা লোয়ননা অমুয়াইমনা হায়দোকখি।

অপিকতু পুলিসকী গাড়ী মনুংদা হাপকৎখ্রে। থোঙ্গাল খুদিং, কোম্থোং খুদিংদা মীয়াম্না থোক্তুনা থৌদোক্তুবু কুম্মে ওইনা য়েংনরি। অমুয়াইমগী মফমদা অরোইবা বিদায় পীরম্লগা পুলিসকী গাড়ী অনীদু থৌখ্রে। মখোয় হেক চৎখিবগা কর্ফিউনি হায়বা কাউথোক্তুনা মী শঙ্গু শঙ্গু পুনশিন্দুনা ৱারী শান্নরকই। অমুয়াইমা মহাজন্না তৌরিসি ফৈগা-ফত্তেগা খন্নরকই। নহারোল কাংবু খরদি অমুয়াইমগী ইমুংবু শাউবা য়াওনরকই। লৈকাইগী অহল খরনা খাম্বদগী মমৈথংদা তুমিন তুমিন লৈনখ্রে।

অপিকতু পুলিসতা খুৎশিন্নখিবা মতুং নীনি শুবা নুমিৎতা অমুয়াইমা মাগী কাদা ফমদুনা লৈরি। মহাক্কী মাইথোঙ মকা লান্না উদে। অৱাবা পোৎলুম লোইদবগুম মশাদু ইটৌক চোকথনা উরি। মচন্নুপীগী অৱাবা পাউনা ওইবা তাই।

ঙসি ফাওবা অশেংবা পাউ খংদ্রি। মশাসু থিবা ফংদ্রি। চৈরকসিদা কর্ফিউসু অদুমক লৈরি। অদুবু মরক মরক্তা খরদি কোমথোরকউ। মতমসিদা মীয়াম্না চান-থক্লবা পোৎ-চৈ লৈবা থোক্লরকই। কুইবমখৈ ৱাখলদা উংলুরগা ফমুং চংদুনা ঙহাক্তা পোৎথাগে তৌবতা ঙাইরি। ইখঙ খঙহৌদনা বোই মমা চংলকই।

— অশিবা মশা পুরকহৌরে। তুরেলদা তাওথরকপদগী ঙশাই অয়ুক ফংঙে হায়য়ে।

অমুয়াইমা জ্ঞান খংতা তাই। উরকই মমিৎতা শঙ শঙনা ইবেচাওবীনা ওইরমগদবা ফিভমদো। মচন্নুপীগীদমক খল্লুবদা মমিৎতগী পি তারকই। অমুকসু মপুক্লিং ফাথনবা হোৎনরকই। ঙহাক্তি ৱা ঙাংদনা মদোম তুমিন লৈরুরি। মতুংদা শ্বর অশাংবা অমত্তং খঙহৌদনা হোন্দোকখি অদুগা শোল্প্থাংননা শোল্লকই।

“থৱায় ’মা মাঙখ্রবসু, থৱায় ’মদি কল্লে।” ❍

## কারন

তুরেল মপাল নক্কা লৈবা হাযবসিতবু কয়া নাতে চাদে। অহিংদা নহারোলশিংনা লাউখোংবা নৎত্রগা য়ু ঙাওবা মীওই কয়ানা খৎন-চৈনবা তত্তনা থোকই। মথোঙ হূক্তবা ৱাহৈ কয়াসু মবক মরক্তা অদুমক য়াওবকই। তুরেল মপালগা হেক মায়োক্লনা লৈবা ঐগী য়ুমদা পূন্নমকসি লোইনা তাবা ফংঙি। বজার ময়াগা নকপনা ঐখোয় শ্বাইসিদনা নিল-খোংবসি অমুক্কসু হেল্লি। নুমিদাং চাক চাবা লোইরগা শড়ক্তা হকচিক লাংবা ঙহাক থোক্লুই। ঙসিদি থাবলসু ফৈ। ঙসাইমখৈ নিল-খোংলম্বদু তপ্না তপ্না মাঙখ্রে। পূং নিপালমখাই তাবদা ঙাযবি। লম্বেলদা মী লল্লক্লে। খোঙনা মখা পাংনা হাইফেৎ হাইথকববগা অমুক হল্লক্লে। য়ুম চঙখিবদা অঙাংশিং অমত্তা তুল্লমদ্রি। কমলাসু কোল লীক মযামদু ফেঙদোক চামথোক্লুনা লৈবম্মী। থেঙজিল্লক্লবদা মহৈ মহৈ ফমুংদা চঙনখ্রে। ঐহাকসু ঐগী কাদা চঙদুনা তুম্ননবা হোৎনকই। ফমুং চঙবগা ঘড়ি পাযখৎতুনা যেংলুবদদি নুমিদাংগী পুং তবা তারমগদৌরে। থেঙখ্রে খনদুনা মিৎ উইশিন্নবা লাক্লকই। অদুবু পাক হেক যাদে। শডক্তদি মীখোল অমত্তা তাখিদ্রে। ইচীক চীক্লে। ইনক নক্কা শড়ক্তা গাড়ী খাম্বগী মখোল তাখি। হৌজিকপু কনাগী গাড়ীনো খল্লিঙৈ তুরেল মপাল্লোমদা হূইশিংনা লাক্লা লাক্লা খোংলকই। ঐহাক হকচাংদা হাইফেৎ চিংনবা ফাওখি। তাঞ্জাদুদা কমলাদু ইপা পাখৎনা  ঐগী নাক্তা চঙলকই। ফম্মাঙদা চপ লেপ্লগা ঐঙোন্দা হায়রকই।

– বাবাবু তুল্লব্রা?

– তুমদ্রি, করি তৌরে?

ঐনা খুমখি।

— বাবা মপান্দা থোকপিরুনু। শড়কসে সিফায়না পীক থল্লে। করি তৌদোইনো খঙদে।

মসি হায়রম্নগা মহাক থুনা অমুক চৎখ্রে। মাগী ৱাফমদুনা ঐবু হাইফেৎ পাখৎহল্লি। ওপরেসন তৌদৌরিবা জাৎলা? ৱাখলসি মওল মওল খল্লি। মখোয়শিংদু ইমুংদা কোক হেক চঙলক্লবদি করি তৌনি। অমরোমদা কমলাগীদি খরবু ফরে। পূংকক্ চাউরক্লবী ইচানুপী অনীদুগীদমক ৱাদবসু ঙমদে। চরাঙনরিঙৈ মরক্তুদা অমুকসু না থাঙ্গৎতুনা শড়ক্তা সিফায়শিংনা ৱারী শান্নবদু তারুরি। য়ুমগী থোঙদকা থীল্লকপ্রা হায়দুনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলুরি। থীনদি থীল্লক্ত্রে। অদুবু মখোয়না ৱারী শান্নবগী মখোলদি হৌনা অদুমক তারি। হূইশিংসু খোংবা লেপ্তে। মতম ফনা কুইশিল্লক্লে। মখোয় পাক হেক চৎতে। থেঙজিল্লক্লে। নুমিদাংগী পুং তরামাথোই মখায় তারে। খঙহৌদনা অমুক মখোয় মশেল য়া য়া লাঙনরকই। ঙহাক লৈরম্নগা সিফায়শিংদু গাড়ী ষ্টার্ট তৌদুনা অৱাং পাংনা চৎখ্রে। মখোয় হাইফেৎ য়াম্বজাৎনি। ঐহাক্না মখোল তাহৌবদা মখোয়গী গাড়ীশিংদু ফনা য়ামখি। সিফায়শিংনা চৎখ্রবদা ঐহাক শ্বর খজিক্তং নে তানা হোনবা ফংজখি। মমা-মচা মখোয়না করম তৌরিবা। ঙন্নমক তুম্নখ্রবজাৎলা? কা মনুংদা চেক-মোক লাউরকখিদ্রে। ফরে খন্দুনা হংলুদ্রে। অপাবা লুইদু চিংখৎতুনা অমুক তুমথনবা হোৎনরুই। হন্দক্তি হকচাংদা অফা-অপুন য়াওদবনরা করিনো ইশি শিনা তুমথখিবা ঐ খঙহৌদ্রে।

নোংয়ায় মতুং পুং অমা রোম তারকপা মতমদনি। করিগুম্বা খোঞ্জোল অমনা ঐবু মীৎকপ থোকহনখি। ঐ স্বাই লাউখি। শড়ক্তা গাড়ী খাম্বগী মখোলনি। সিফায়শিংদু অমুক লাক্লবজাৎলা খল্লুই। ফনা কুইনা মখোয়গী নাশোল তানবা হোৎনরুই। অদুবু করিমতা কান্নখিদে। গাড়ী হেক খামখিবগা কনাগীসু মখোল তাখিদ্রে। অথেঙবসিদা কনা কনাবু ওইরমগদবা? হকচাংদা অমুক্কা হেন্না চিংনরকই। কমলাবু লোন্না হৌদোকসিরা খল্লুই। অমুকসু ইথন্তা তুমিন লৈবা পামখি। কনাগুম্বা মীওইশিংদদি করিসু খল্লমদবা য়াই। অদুবু ঐহাক্তি হেক্তমক খনজিল্লুই। মসিমক্নসু ঐবু পুক্নীংদা লৈতাফম খঙহন্দে। ইখঙ খঙহৌদনা অমুক গাড়ী ষ্টার্ট তৌবগী মখোল তারকই। থৌখ্রে। কুইরমদে। মিনিত অনী/অহুম ফারম্লোই মখোয়না লৈরম্বদো। হৌজিক্তি হকচাংসি খরা তয়াং লকই। অহিংসিদা জীব-পানবা পূম্নমকসু তুমিন পোথানখ্রে। অহিংনা মাগী অশেংবা শক্লোন অমুক লৌরক্লে।

নোং ঙানবা খঙহৌদ্রে। মীৎকপ থোরকপদদি ফনা য়াম্না থেঙলম্লে। মোন

নাকন্দা থম্বা খূদাং ঘড়ীদু পায়খৎতুনা য়েংলুবদদি অয়ুক্কী পুং তরুক মখায় হেল্লম্লে। তাঙ্গাদুদা ইমুংদা মখোয় নুপী মশেল লাঙনরকই। করি তৌবা যাওরবজাৎনো খল্লিগৈদা কমলাদু ঐগী কাদা চঙলকই।

– বাবাবু তাবিরিব্রা?

– করি তৌরবগে? ঐনা খুমখি।

– শড়কসে মীনা পীক থল্লে।

– করি থোক্লবগে? মী শিবা য়াওরব্রা?

ঐনা অমুক পাখৎনা হংখি।

– মদু নত্তে।

কমলানা ঐগী পাউখুম পীবকই।

মাগী ৱাফমদুদা ঐহাক তুমিন লৈখি। করি তৌবা য়াওরবজাৎনো খল্লি। খূদক্তুদা মানা মখা তারকই।

"তুরেল খোঙবান্দা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অমা লৈরম্লে।"

ঐহাক হকচাংদা থুক লাউখি। খঙহৌদনা থম্মোয় শোম্বরকই। মচীন্দা কবি কবিনো খবা শোল্লম্লগা কমলাদি চৎখ্রে। মহাক চৎখ্রবদা ঐ ইথন্তা ফমুংদা উংখি। পাক হেক হৌগৎখিদে। অয়ুক অঙনবসিদা ৱাখলদা মচু শঙলকই। মসিগা লোয়ননা পীক্লিবা অঙাংদুগী ওইরমগদবা শক্তমদু মিৎতা শঙ শঙ উবকই। অমুকসু নাকোং অনীসিদা ঙবাং অহিং অথেঙবগী গাড়ী মখোলদু নৌহৌনা তারকপগুম তৌরকই। ○

# তোটিমখোঙগী ৱারী

একাগাড়ীগী মন্দিল্লাদু "ক্রিং" "ক্রিং" খিংলগা থোঙ্গালদু হেক থৌজিল্লকপদা ঙাইবি নাকন্দগী,

— খবর য়োনবা, খবরদো সোমদা।
ঐখোয়দা পিরমউ য়ানিয়ে।

য়েংথোক্লুবদা নুপীময়াম অমা তোটিমখোঙদুদা লৈরমই। মখোয় মরি মঙারোম শুই। লৈশাবীনা অয়াম্বনি। মৌনহা অমসু য়াওরমই। তোটিমখোঙদুদা মখোয় য়া য়া লাঙলি। অমুকসু হেক নোকই। ঐহাক একাগাড়ীদু খাম্লে। শুমাং তান্না অমুক থৌজিল্লুদ্রে। ইঞ্জিনিয়ার ইবোচৌবগী ইস্কোলনুংদনি। ইমুং অনী অহুমগী অপুনবা ইস্কোলনি। ফনা নিংথিনা চাওই। তোটিমখোঙদু শুমাংদগী খরা লাপ্না মমাং পাংনা ইস্কোলগী মতাই ওইরপ্না লৈরি। পিক্তক তৌবা পুখ্রী অমসু মদুগী হেক মমাংদা লৈরি। শম্বলওই, করিওই তোটিমখোঙদুগী অৱাংদা লফুপাম্বী খবসু হৌরি। খবরদু লৌথোক্লুনা মখোয়দা পিরম্লগা ঐ অমুক থোরক্লে।

ঐহাক্না খবরয়োনবগী থবক তৌরকপসি চহী মরি মপুম ফারক্কদৌরে। অসুম করিমত্তা তৌদনা লৈববুদি মসিনা খরতা ওইরবসু মতেং ওইগনি খনবদগী শিনফমসিদা চংলকপনি। থৱায় য়াওনা হোৎনরবদি মসিসু য়াম্না কান্নবা শিনফম অমনি হায়বসি হৌজিক্তদা খংলক্লে। নহানমখৈ খল্লুদবনরা করিনো ইশাগী চহীসু ফনা য়ামশিল্লম্লে। কুম্থাহুমদোই কুম্থামরি শুরম্লে। অহানবদদি নোং ঙাম্রিঙৈদা হৌগৎপসি ইশাদা দন্দি অমগুম তৌরমই। অদুবু হৌজিক্তি নুংতিগী তৌশিল্লকপনা ইশাগী হৈনবী অমা ওইরক্লে। ইমুং চনী য়াঙ্খে রোমনি ঐহাক্না নুংতিগী খবর পিরিবসি। ময়ামসিগী মনুংদা

ইঞ্জিন্নিয়ার ইবোচৌবগী ইমুংসু অমনি। কুইদ্রি ইঞ্জিন্নিয়ার সাহেবকী ইমুংদা ঐনা খবর পিখিবসি। থা অনীরোমতমক ঙাইরি। অহানবদদি মহাক অতোপ্পা মীওই অমদগী লৌরম্বনি। নুপাদু চাং য়াম্না নাইদে হায়দুনা ঐঙোন্দগী লৌখিবনি। থা থাগী কম্লেকসন্দগী লেম্লকপা শেল খরদু ইমাদা পিশিন্দুনা য়ুমগী লৈত-লাইর খরদংদি মতেং ওইরি।

ইঞ্জিন্নিয়ার সাহেবকী ইখোলনুংসে লৈশাবী য়াম্না মরাং কায়। মসিমদি তশেংনমক চুম্নে। নুংতি নুমিৎ খুদিংগীনি ঐনা লাকপদা মখোয় ময়াম পুম্লপ পুম্লপ হেক্তমক লৈরম্লিবসি। নোংমতা খৎন-চৈনবা, শাউনবা উদে মখোয়শিংসে। নুমিৎ খুদিংগী হৱাও-তয়াম, নোক-খেদুনতা লৈবা উই। তশেংনমক ইঞ্জিন্নিয়ার ইবোচৌবগী ইখোলনুংগী লৈশাবীশিংনবু করি অৱাৎ-অপা লৈরমগনি।

নোংমা থেংখ্রে হায়দুনা হাথু হাথু ইঞ্জিন্নিয়ার সাহেবকীদা একাগাড়ীদু থৌজিল্লকই। মখোয় লৈশাবী ময়াম অমা তোটিমখোঙদা লৈরমই।

— করি পাউ য়াওবগে?

মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়রকই।

— পাখঙ অনী শিরে হাইয়ে।

একাগাড়ী খাম্না খাম্না ঐহাক্লা হায়দোকখি।

— কদাইৱাইদা?

অমনা অমুক ফিংনা হায়রকই।

— লম্ফেল সনা কৈথেলদা। ঐনা খুমই।

নহারোল শিবগী পাউ তোইনা তাশিল্লকপনা কয়া থৌশারুদে। খবব লৌথোক্লুনা মখোয়দা পিরুরি। খুদক্তুদা মখোয়গী মরক্তগী লৈশাবী অমনা ময়াম তানবা হায়রকই,

— ইস, পাখঙ শিবসে পাম্মুইদা। লৈশাবী ঐখোয় নুংঙাইতে।

মাগী ৱাফমদুদা লৈরম্লিবা ময়ামদু ৱা লাওনা নোকই। ঐসু মখোলদি থোক্তনা হাইফেৎ নোকলুরি। মতুংদা একাগাড়ীদু মমায় লৈথোক্লুনা থোঙ্গালতম্না থোরক্লে। থোঙ্গাল মপা য়ৌরমদাইদা অক্ষিনি হায়বিদুনা ঐ তম্না লাওরকই,

— দাদা পাখঙ, নঙসু পাখঙনিকো,

চেকশিল্লু।

ঐহাক খঙনোক নোকনিংখি। অদুবু মখোয়রোমদা হাইফেৎতং নোক্লম্লগা শাইকল অদুম থৌরক্লে। তোটিমখোঙদুদা মখোয়দি পুল্লপ ঐবু য়েংলগা মখোল থোক্লা নোকহৌরি।

ঐহাক্লা মখোয় ময়ামগা তোটিমখোঙদুদা মরক মরক্তা ফাগী হেক তৌনৈ।

মখোয়গী মরক্তগী খরা ঙাংবা হৈবি অমা অনীনা হেক হেক ঐবু লক্লবসু য়াওই। ঐহাক মখোয়দা শাওরুবা ঙমদে। অহোয়নদুম থম্মোয়নুংদা নুংঙাইবা ফাওখি। মৌনহা অমা অনীসু মখোয়গী কাংবুদা মরক মরক্তা য়াওরমই। মখোয়নসু লৈশাবীশিং দুদা হেন্না মৈ পিশিল্লি।

নোংমসু ঐনা চংশিনখিবদা তোটিমখোঙদুদা মখোয় অহুম লৈরমই। মপুং ফারবি লৈশাবী অনীগা, চহী তরামঙা তরাতরুক লোমতা ঙাইরিবী পুমকক চাওরবী লৈশাবীমচা অমগা, মখোয় অহুমনি।

— চিত্রা, খবর লাকএ। নঙ অমুক্তা লৌহৌও।

লৈশাবী অনীদুগী মরক্তগী খরা ৱাংবীদুনা হায়রকই। মহাকতু চিত্রাগী হেক পোকমিন্নবা মচে ওইরমাক্লে।

লৈশাবীমচা পুমকক চাওববীদু মানা তৌরম্লিবা থবক্তু থাদোক্কুনা ঐ তম্না লাকই। ঐসু মখোয়গী খবর শরুক্তু লৌথোক্কুনা পিননবা শেম শারুই। তাঞ্জাদুদা অতোপ্পা লৈশাবী অমদুনা তোটিমখোঙদগী হায়রকই,

— চিত্রাদো য়াম্না ইকাই থিগনবনি। ৱাসু য়াম্না ঙাংদবনি।

ঐহাকসু 'উম' হায়রগা চংশিল্লকইবা মঙোন্দা মুন্না য়েংলুরি। অশেংবমক ইকায়থিগনবী হায়বদু ওইরমাক্লে। ঐগী নাক য়ৌরফাওবদা মমায়দু অমুক্তা মথকলোমদা হায়গৎলক্তে। খববদু পিবকও হায়বা মতাগুম মখুৎ য়েৎতু তিংথোরকই। ঙৌরোক ঙৌবা মখুৎনি। য়েংবদা নিংথিজে। অঙৌবা কুচুগী মথক্তা মুশুক মুবা মশন্না অমুক্কসু হেন্না নিং থিহল্লি মহাক্কী শকওং শদাদু। পিক্লিবী চহী তরামঙা তরাতরুক্কী নুপীমচানি। অদুবু ঐগী মিৎসিনা মহাক্তু অসুক্কী মতিক মপুংফানা উরুবে। চিত্রাদু খবর লৌরগা তোটিমখোঙদা অমুক চংখ্রে। খুদক্তুদা লৈশাবীদুনা অমুক হায়রকই,

— ঐখোয় চিত্রাদি দাদাপাখঙদা লক্লবসে য়াদে। য়াম্না শাওখ্রপোৎনি।

দাদা পাখঙগী থবকসে য়াম্না ৱারমগনি হায়রিপোৎনি।

— ইচেতোম্বী 'সিমা!

লৈশাবীদুদা ওনশিল্লগা শাওবোই-ইকাইবোই চিত্রানা হায়খি। মখাদি তাখিদ্রে। ইকাইখিবনরা করিনো মমায়দু লৈমায় তম্না লুকথখিবদগী পাক হেক হাইগৎলক্রে।

ঐহাকসু মাইথোঙ নোকমি নোকমি তৌরগা হায়দোকখি।

— ৱাদেদা, ৱাদেদা।

ইশাগী ইথৌ তৌববু করিগী ৱাগদৌরিবনো?

মসি হেক হায়বা লোইবগা অদুম থোরক্লে। লাপতক্লনা তাখি।

"হে অঙাওবী,

খবরদো লোইনা শেগাইরে।

নঙনা তৌরিদুবু করিনো?"

থা কয়া হৌখ্রে। কুমহৈ কয়াসু লোইখ্রে। অদুবু ঐহাক্তি লেপ্তুনা খবর য়েল্লি। খবর পাবগী চাংসু লমদমসিদা অসুম হেনগৎলকই। ঐঙোন্দগী খবর লৌবা ইমুং মশিংসু হান্নদগী য়ামখৎলক্লে। নিংথম-কালেন, নোংজু-নুংশা খায়দনা মখোয় পুন্নমক্কী পেন্ননবা ঐসু কন্না হোৎনখি। খবর ফোংদবা নুমিৎশিং নৎতনা নোংমতা পোৎথাবা তৌকুদ্রে। ইতৎ তৎতনা তোটিমখোঙদা মখোয়শিংগা অদুমক থেংনৈ। নোংমনা অনী লৈরমই। নোংমনা মখোয় পুল্লপ লৈরম্বা য়াওই। মখোয় পুল্লপ পুনবা নুমিৎতদি অক্ষিনি, তোম্বীনচিংবা লৈশাবী খরদি ঙাংবগী লোইবা নাইদে। হৌন-হৌনসু নোকথোক্কল্লি। চিত্রাসু মযাম মরক্তুদা অদুমক য়াওরমই। অঙাং ওইবগী মতৌ ওইবনরা মহাক্তি ব্রা কয়া ঙাংদে।

নোংমা নিংথম থাগী অয়ুক্নি। আলু গল্লিগী সেকেন্দ হেন্দ য়োনবা দুকান্দগী লৈরকপা জেক্কেৎ অচৌবদু লিৎতুনা খবর য়েনবা হৌই। মথং মথং লাক্তুনা ইবোচৌবা সাহেবহোয়গী তোটিমখোঙ য়ৌরক্লে। ইংখ্রবা অয়ুক্তুদা মফমদুদা মী লৈরমগনি হায়বা থাজরুদে। অদুবু মায়সি ওনশিন্দুনা য়েংথোকলুবদদি তোটিমখোঙদুদা চিত্রা মথন্তা ঈশিং যাদুনা লৈরমই। তোটিসু মরী য়ান্না পিক্লা তারি। অইংবদুদা ঐনা হায়দোকখি।

— ইংদব্রো?

মহাক ঐগী খোঞ্জেল তাবদা মমায় লৈথোরকই। ঐবু উবদা নোকমি নোকমি হায়রকখি,

— ইংদেদা।

ঐহাক অমুক মখা তারুদ্রে। মনাক্তা চংশিন্দুনা মখোয়গী খবর শরুক্তু পিরুরি।

— দাদা, করি পাউ য়াওবগে?

— করি পাউ য়াওগনি। নহারোল শিবগী নত্তনা।

ঐনা হায়দোকখি।

— ঙসিনা কদায়ব্রাইদনো?

মহাক্লা খঙনিংনা হংলকই।

— খোংমল্‌দনি।

মহাক তুম্মিন লৈগ্রে. মপুক্লিংদা করিগুম্বা অমা খনবগুম উখি। ঐসু চৎলগে খন্দুনা মায় লৈখোরক্রে। তাঙ্গাদুদা চিত্রানা খঙহৌদনা অমুক হায়রকই,

— দাদা, মী শিবসি কৈদৌঙৈ লোইগনি?

ঐহাক হাইফেৎ ঙকখি। মহাক্কী থাজদবা ৱাহংদুদা। অদুবু পাউখুম ওইনা ঐনা হাইরুই,

— কৈদৌঙৈ লোইগাদৌরিবনো খংদে। থৌদোকশিংসে ঐসু ওয়োক্লা নুংঙাইখিদ্রে।

— দাদা, ঐদি শিবসে য়াম্না কিজেবো?

মহাক্লা অমুক হায়রকই।

— উম, ঐসু কিজে।

ঐনা খুমদোকখি।

মহাক অমুক মখা শমথরকখিদ্রে। ঐহাকসু মনাক্তগী থোরক্রে। একাগাড়ী লৌরগা থৌবা হৌবতা ঙাইরি। চিত্রানা লাওরকই,

"দাদা, নঙদি শিবা য়াদেকো।

নঙ লৈত্রবদি কনানা ঐখোয়দা পাউ তম্বিগনি।"

ঐহাক মাগী পাউখুম পিরুদ্রে। মদুগী মহুৎতা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হাইফেৎ নোকলুই। মহাকসু নোকথোরকই। মতুংদা ঐহাক একাগাড়ীদু মখোয়গী থোঙ্গালদগী থৌদোরক্রে। মদুফাওবদা চিত্রাদি অদুম নোকহৌরি।

ঐগী পুন্সিদা লৈশাবী মচা কয়া থেংনখ্রে। লৈকাইদা, মীগী লৈকাইদা নৎত্রগা লমদমসিগী মফম কয়াদা। মখোয় অয়াম্বনা ঐহাকপু শিংথানবিবা কয়া য়াওদে। ঐগী শিনফমসিমক্রসু ওইবা তাই। চিত্রাদি ঐনা হান্না খল্লম্বগী ৱাংমদা লৈখি। মহাক ইঞ্জিনিয়ার সাহেব অমগী মচানুপীনি। হেন্দোক্লা অচাওরম কারম্বা য়াই। ইনাকখুনবা ইমুংদা পোকপি, মীবু শিংথানদবি নুপীমচা অমা ওইরম্বসু য়াই। অদুবু অসুক কুইবা মতমসি অসিগুম্বা শাজৎ মহাক্কী মফমদগী ঐনা নোংমতা উবা ফংদে। ঐগী ইফমদা মহাক্লা তৎতনা উৎখিবদি নুপীমচা ওইবীগী ইকায়থিগনবী মতৌ, নোকমি নোকমি অমসুং ইচম চম্বা মতৌ অসিতনি। তোটিমখোঙ অমসুং চিত্রাগী থৌওং কয়ানা ঐগী ইথৌবুসু হেন্না থৱায় য়াওহনখি। হেন্না তৌনিংবগী ইনোৎ হাপলকই। হৌজিক্তি হকচাংদসু অহোংবা খরা লাক্রে। ঐবু নুংশিবিবা মাগী মতৌসিনা শিথরুরবা ঐগী ৱাখলবু নৌহৌনা তেকখৎহল্লকই।

থা খরা অমুক হৌখ্রে। কালেনথা অমুক লাক্রে। ঐহাক হান্নগুম লেপ্তুনা ইথৌ

অদুম তৌরি। হৈনিংবগী চাংদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। নুমিৎতু থাংজনি। ইহাং হাংদোক্লুনা লৈরিবা থোঙ্গালদুদা মহৌশাগুম গুরুং শাইকল থৌজিল্লুই। ঙসিদি খরসু ঙল্লি। তোটি মখোঙদা মখোয় অনীখক লৈরমই। অমনা অক্ষিন্নি, অতোপ্পদুদি মৌনহানি। ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংনরমদে। মখোয়গী মথৌদা অদুম পুক্লিং চংলমই। মফমদু পুমচিক চিকই। নহানমখৈগা মান্নদে। ইঞ্জিন্নিয়ার সাহেবকী ইমুং তন্না য়েং-শিনখিবদা শুমাং অমসুং মাঙ্গোলদা অহল-লমন খরসু লৈবা উই। থোঙ্গাল্লোমদসু জীপ, কার খরসু খাম্বা উরি। করি তৌরবজাৎনো খঙনিংমনখ্রদুনা একাগাডীদু খাল্লগা ইমুংলোমদা য়েংদুনা ঙহাক্তং লেপলুরি। তাঞ্জাদুদা তোটি মখোঙদগী মৌনহাদুনা হায়রকই,

— খবরয়োনবা, খবরদো সিদা পিরমলো।

অদোমদা চংলুরনু।

ঐহাক মখোয় তন্না মায়সি লৈথোরক্লে। খাউদগী খবর লৌথোক্লুনা মখোয়দা পিরুরি। মহৌশাগা মান্নদবা মতৌদুদা খঙনিংমনখ্রদুনা অমুক হংলুরি,

— করি তৌবা য়াওরবগে?

— মী লৈতবা'মা য়াওরে।

মৌ নহাদুনা খুল্লকই।

— কনা . . .?

ঐগী ৱাহং মপুং ফাদ্রিঙৈদা অক্ষিনিনা তপ্পা হায়রকই,

— চিত্রাদো লৈখিদ্রে।

ঐহাক শ্বাই লাওখি। হকচাংসি খঙলুম লুমথবগুম তৌরকই। খঙহৌদনা অমুক হায়দোকখি,

— কৈদৌঙৈ . . . , মতৌ করন্না?

— ঙরাং নুমিদাংৱাইরম্নি। মশাদু শাই হায়রমই।

খঙহৌদে; ডাক্তর কৌবগা অমত্তা নংহৌদে।

মসি হায়রগা অক্ষিনিদু মমিৎতা ইরা ইহৌরক্লে। হিক হিক তৌরদুনা মমায়দু ঐঙোন্দগী লৈথোকখ্রে। নহানমখৈদি অক্ষিনিদো নোকখেদুনা লৈজরম্বনি। অদুবু ঙসিদি কপমনখিবনরা করিনো মহাক্কী মমিৎতুসু ইপোম পোমলে। ঐহাক ঙহাক্তি তৌফম খঙখিদে। ঙরাংতা নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈহৌবী চিত্রাগী মাইথোঙদু অমুকসু উরকই। ঈয়াইদা তরু তরুনা শাৎকৎচরকপি থম্বালনা খঙহৌদনা হুম্লকপা নুংশিৎতা

লৈখোক তেক্লুনা কেনখিবগুম মহাক্কী পুন্সিসু খঙহৌদনা লোইখ্রবোই। তাঞ্জাদুদা ইঞ্জিন্নিয়ার ইবোচৌবগী নুপীদু মাঙ্গোলদা থোরক্লুনা মচানুপীবু কৌদুনা হৌনা কপ্লকলে। মতৌদুদা ঐহাক অমুক মখা তারুদ্রে। একাগাড়ীদু তপ্পা ইল্লগা মফমদুদগী থোরক্লে। লম্বেল চৎনা চৎনা খুৎশিনা মায়দা পায়রুবদদি খজাই অনীসি পিতনা ইচোৎ চোৎলমলে। ❍

# লৈনম চেলহৌদ্রবা নাচোম

ইবেম্মু চহী ফনা য়াল্লকলে ওজা দময়েন্তীগী য়ুমদা থবক-ইনখাং নোমদুনা লৈরক্লিবা। মশাগী চহী তরাহুমদোই শুরকপদগী মফমসিদা লৈরকপনি। ইনখৎচরক্লিবা লৈশাবী মচা অমা ওইবগী পুন্সিগী তাংকক্তু করিমত্তা খঙহৌদনা ইমুংসিদা অদুম হৌখ্রে। ঙসিদি থাজদনা মশাগী চহী কুন্থ্রামঙা হেল্লকলে। শাংলবা চহী কয়াসি ইবোতোম্বী সাহেব অমসুং ওজা দময়েন্তী অনীগী অৱা-নুংঙাই পুন্সি ঈচেলদা মহাকসু তুংইন্দুনা লাক্লবনি। চাকথোং-ফৌসু, ফিশু-ফিজাম তৌবা, নোংমগী শোইবা য়াদ্রবা মহাক্কী থবক্নি। মসিগী মথক্তা সাহেবকী মচা মঙামক লোইনা মহাক্কী মখুৎতা নাওথি শাদুনা চাওরকখিবা ঙাক্তনি। ঙসিদি মখোয় অমা অনীদি পাখঙফাবসু য়াওরক্লে। ওজা দময়েন্তী অমসুং মপুরোইবা ইবোতোম্বী অনীমক মথৌ চিনবা মীওই ঙাক্তা ওইবনা ইমুংসি মতমচুপ্পা চরাংনৈ। মসিগী মথক্তা অয়ুক অঙনবদা অঙাংশিং স্কুল চৎনবা হোৎনবদা অমুক্কসু হেন্না ইরাং লাংই। পুন্নমকসিগী অৱাৎপা মেনশিন্নবগী দায়িত্বনা ইবেম্মুগী মফমদা হেক্তা তারকই। অৱা-অনা থিদনা মহাক্কসু ঙম্নবা হোৎনৈ। মহাক্কী মতৌসিমক্তনা ঙসিফাওবা দময়েন্তীনা মাবু থাদোক্ত্রিবনি। অমরোমদা ইবেম্মু মচেম শক্লিবী দময়েন্তীবু কি-হঙ্গোইনা চৎচৈ। ওজানা হায়বা খুদিংমক মহাক্না ঙম্নমক ইন্দুনা লাকই। দময়েন্তীসু ইবেম্মুবু পোকমিন্নবী মনাওনুপীগুম লোইনজৈ। ইবেম্মুনা নুঙাইখিরোইদবা ৱাহৈ অমত্তা নোংমতা হায়দে। মহাকসু হেক ঙম্লিবমখৈ থবক নোমই। কলেজ চৎতবা নুমিৎতদি থবক থৌরম খুদিংমক ইবেম্মু মখোয় অনী চংদুনা পুন্না তৌথোকমিন্নৈ। নৌরিঙৈদদি ইবেম্মু মখোয়গী খুঙ্গংগী য়ুমদুদা য়াম্না চৎনিং লম্বনি। হৌজিক্তি চৎনিংবা ফাওদ্রে। মফমসিদা অসুম্মক চুশিন্নখ্রে। মমাতনি মহাক্না

ঈপাউ খরা খরা ফাওদোক্লরিবা। মমাসু অহল ওইশিল্লকলে। মরক মরক্তা মচাগী নাক্তা লাকই। মহাক্লা লাকপা খুদিংগী হৈ-রা, এঞ্জাং-নাপী য়াম্না পুরকই। ইবেম্মু মমানা পুরক্লিবা হৈ-রানচিংবা অচাপোৎসিংদু অঙাংশিংগা লোয়ননা হাওনা চামিন্নে। মনাওনুপী নন্দিনি লৈরিঙৈদদি মহাক্লা লোনবা মোনখুম, মোনপাকফি অমসুং ফিরুকফিনচিংবা কয়া মচেগীনি হায়দুনা মমাদা হেক হেক পিরক্লম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি নন্দিনিসু ময়ুম পানখ্রে। মচেম্মা দময়েন্তীগা লোয়ননা লুহোংবদু মহাকসু চৎলুই।

ইবেম্মু কুচু মুই। মশক ফজদে অদুবু মহাক্লা তৌথোরকপদা অশেংবা মানবা অমসুং মীগী থম্মোয়নুং ফাওনা থাজহনবা ঙম্বা গুন অমা মহাক্কী মাইথোঙদা মতমচুপ্পদা লোইনরি। মসিমক্লা অউবা কনানা মহাকপু মশক থিবী নুপীনি পাক হেক হায়বা ঙমদে। ঙসিদি লৈকাইসিদা মতম অমা মহাক্কা চহী লেঙ্গা ওইনা লৈমিন্নরম্বী লৈশাবী খুদিংমক লোইনা ময়ুম পান্নখ্রে। মচা অহুম মরি লৈবা ফাওবা য়াওনখ্রে। অদুবু ইবেম্মুদি হৌজিক ফাওবা ময়ুম মকৈ পানবগী ৱাফম মঙোন্দা উবা ফংদে। তশেংনমক নুপা - নহাসি মহাক্লা কয়া লোইননিংদবা জাৎলা? অদুমকপু ৱাফমসিগী মতাংদা দময়েন্তীনদি ইতৎ তৎতনা মঙোন্দা হৌদোক্লিবনি। মচানা লৈশাবী ওইনা চহী য়ামশিল্লক্লবদা ইবেম্মুগী মমাসু ৱাজৈ। মরক মরক্তা লাক্লুনা ইবেম্মুগীদমক দময়েন্তীগা ৱা তান্নজরিবনি।

নোংমা নুংথিলনি। ইবেম্মু ওজাগী মচানুপী ইতোন তোনবিদু নাকন্দা পল্লগা ইনে রাধেহোয়দা লাকই। থোইনা লাপ্পা নত্তে। মখোয়দগী য়ুমলোন মঙা তরুক লোমদং চৎলগা লৈরে ইনৈ রাধেহোয়গী য়ুমদু। মরক মরক্তা হেক অসুম্না চৎলি ইবেম্মু য়ুমসিদা। মফমসিদগী হেন্না কৈদৌনুং লাপ্পা চৎতে। ইনে রাধেগী য়ুমসিনা মহাক্কী ঙহাক পোৎথাফম্নি। ইনে রাধেসু ইতৎ তৎতনা ওজা দময়েন্তীগী য়ুমদা লাক্লুনা মখোয়গী থবক ইনখাংদা মতেং পাংলিবনি। ইবেম্মুনা চংশিনখিবদা ইনে রাধেনা হান্নবু কৌরকই,

— ইবেম্মু, চংলকউ। চংলকউ।

ইবেম্মু চংলক্লে। শুমাং ময়াই হেক য়ৌবগা হায়রকই,

— মেমচাদি লৈতব্রা, ইনে?

— হৌজিক্তা লৈরম্বনি। কদাইদা অমুক চৎখ্রবনো খংদেনে। মসিগী অঙাং সিমা - ।

মসি হায়রগা ইনে রাধেদু মেমচা থিবা ইমুংলোমদা চংগে তৌই।

— য়ারে ইনে, কৌবিরুরনু। অসুম কোইথোক্লকপনি।

ইবেম্মুগী ৱাহৈদুদা ইনে রাধেদু মমায় অমুক লৈথোরক্লে। ইবেম্মু তন্না ওনশিল্লগা তপ্না হায়রকই,

— নচে দময়েন্তীদি হল্লকহৌরব্রা?

-- হোয় ইনে, ঙসিদি ঙন্তানা কলেজদগী হল্লকএ।

ইবেম্মুনা অঙাং পন্না পন্না খুন্নকই।

-- ফরে, ফরে, অদুদি। ঐহাক মনিংদা থবক অমত্তা তৌরুখিগে। মাঙ্গোলদা মোরা লৈবনি। লৌথোক্লগা ফম্মু। মসি হায়রম্লগা ইনে রাধেদু য়ুমগী মনিংলোমদা চংখ্রে।

ইনে রাধেহোয়গী য়ুমদু থাইনগী মীতৈগী য়ুমজাওনি। শুমাং মচি খুদিং অমসুং য়ুমগী য়েৎনখানচিংবদা লৈ পাম্বী য়াম্না হৌরি। মদুদা শাৎলিবা লৈশিং অদুনা ঈঙ্খোলনুং অসি ফজবনা পিক থলহল্লি। ইবেম্মু শাৎলিবা লৈ ময়ামদুদা কোয়না য়েংই। অমুকসু চংশিন্দুনা লৈশিংদু পায়দুনা শান্নরি। ঙশাইমখৈ মহাক্না পমলক্লিবা অঙাংমচাদুসু ঙহাক থাদোক্তুনা লৈমায়থক্তা শান্নহল্লি। অতৈ কনাসু লৈতে। মফমদু ইচিক চিকই। মখোয় অনীতমক মনিং মখা তম্না লৈশিংদুগা লোয়ননা শান্নরি। তাঞ্জাদুদা ইখঙ খঙহৌদনা খোঞ্জেল অমা তারকই।

— এ এ, ফংলোই, ফংলোই। ঐ হেকপিগে।

কদোমদগীনো পাখঙ অমা অঙাংদু তন্না চংশিল্লকই। ইবেম্মু ইঙক ঙকই। অঙাংদুদা য়েংলুবদদি তুরোই ঙাম্লোই খুনিং কাংলগা অৱাংবদা শাৎপা লৈ অমা হেক্কদৌবগী তৌরম্লি। পাখঙদুনা চংশিন্দুনা লৈদু হেকপিরে। অদুগা মদু অঙাংদুদা পিরি। লৈদু ফংলবদা ওজাগী মচানুপী অতোনবীদু হরাওবনা পিক থনখ্রে। ইবেম্মু পাখঙদুদা মুন্না য়েংই। চহী কুষ্থা মুক্কী নহানি। হান্নসু অমুক অনীরক মহাক্কী মশক উখ্রে। অঙাংদুগী হরাওজবা মতৌদু উবদা পাখঙদুনা ইবেম্মুদা ওনশিল্লগা হায়রকই,

— ওজা দময়েন্তীগী মচা নত্রা?

— উম, মান্নি।

নোকমি নোকমি ইবেম্মুনা খুমই।

— মহাক্না খ্বাইদগী অতোনবিরা? নুপী ওইরমাক্লে।

অমুক মখা তারকই পাখঙদুনা।

— মান্নি, খ্বাইদগী ইতোন তোনবিনি।

ৱা মখা অমুক তানখিদ্রে। মখোয় অনীমক অঙাংদুদা মীৎয়েং থম্লকই। তাঞ্জাদুদা

ওজাগী মচানুপী অতোম্বীদুদি লৈদু পায়দুনা শুমাংদা নুংঙাইনা শান্নরি। মতম ঙহাক অঙাংনা শান্নবদু য়েংলুরগা পাখঙদু ইবেম্মু তম্না অমুক য়েংলকই। তাঞ্জাদুদা ইবেম্মুদি হান্ননা পাখঙবু থরায তানা য়েংদুনা লৈরমলে। পাখঙনা য়েংলকপদুদা মহাক ইকাইরমাল্লে মমায়দু লুকথখ্রে। মহাক্কী ইকাইজবা মতৌদু তপ্না মাংহনবিরগা পাখঙদুনা হায়রকই,

-- অঙাং শেন্নবসি খরদি ৱারমগনি।

— ৱাই, অদুবু নুংতিগী তৌরবনিনা হৌজিক্তি ইশাগী হৈনবী ওইরে।

ইবেম্মুনা পাউখুম পিরকই।

পাখঙদু অমুক ৱা মখা তাবা ঙমদ্রে। ঙহাক্তি মদোম তুমিন লৈরুরি। মহাক্কী মতৌদুদা ইবেম্মু পাঙ্গল খরা লাকই। অচিকপদু থুগাইরগা পাখঙতম্না হায়রকই,

— য়ুমবু কদাইৱাইদগীনো?

হন্দক্তি পাখঙদু নোকথোরক্লে অদুগা হায়রকই,

— ঐগী য়ুমদি মথংগীসিদনি।

মসি হায়রগা পাখঙদুনা ইনে রাধেহোয়গী নাকন্দা লৈবা য়ুমদুদা মখুৎনা থিল্লকই।

— ও, য়াম্না নক্লা লৈরম্লেদনা।

ইবেম্মুনা ইকাইনা হায়দোকখি।

ৱাফমদু হায়বা হেক লোইখিবগা মখোয় অনীমক হাইফেৎ নোকমিন্নে। মতুং তারকপদা ইবেম্মুদা ওনশিল্লগা পাখঙনা হায়রকই,

— অদুদি চৎলগে।

— উম।

শোল্লপ্না ইবেম্মুনা খুল্লকই।

পাখঙদু মমায় লৈথোকখ্রে। চৎকদৌবগী খোংকাপ অমা অনী থাংবা হৌরক্লে। খুদক্কুদা করি ৱাখল ফাওরকপনো খংদে ইবেম্মুনা নংহৌররোই মতাগুম নহাদুদা অমুক হায়রকই,

— পাখঙগী মিংদি তাক্লমদ্রিকো?

চৎপা হৌরম্লবা পাখঙদু খংলেপ লেপই। ইবেম্মুরোমদা ওনশিল্লগা নোকফেৎ তৌনা অমুক হায়রকই,

— বিমোল কৌএ।

পাখঙদুগী ৱাহৈশিংদু ইবেম্মু পুক্লিং চংনা তাখি। ঙশাইমখৈ খংনিংলম্বা মহাক্কী মিংদু হৌজিক্তি খংবা ঙমলে। পাখঙদু চৎখ্রে। মফমদুদা পিক্লিবা অঙাংদুগা মখোয়

অনীতমক ঙাইহৌরে। ইবেম্মু শান্নজরিবা অঙাংদু থুরৈমখৈ পমখৎলগা মহাকসু চৎননবা শেম শারকই। মনে রাধেদকা করিমত্তা হায়রমদ্রে। চৎলমদাইদা চংশিন্দুনা কবেরৈ চরোং অমা হেক্লুরি। নহানমখৈদি লৈ য়াম্না হেক্লবসু মঙোন্দা মনম ইচেন চেনখিদবনি। অদুবু ঙসিদি ইবেম্মুগী থম্মোয়নুংদা লৈরাংগী লৈনম ফাওরক্লে।

হন্দক মরক্তি ইবেম্মু ইনে রাধেহোয়দা তোইনা লাকই। নোংমনা ইনে বাধেগা। অদুগা নোংমা অমনা মেমচাগা ৱারী শান্নদুনা কুইরৈমখৈ লৈথোকই। মফমসিদা মতম ঙহাক পোৎথাদুনা লৈবসি ইবেম্মু হান্নদগী হৌনা নুংঙাইজবা পোকচৈ। অদুবু হন্দক্তি ইনে রাধেহোয়গী ঈঙ্খোলনুংসে মহাক্কী থম্মোয়নুংদা নুংশিবা অমা কন্না ফাওরক্নি। শাৎলিনা লৈরাংশিংদু উররগা মহাক্কী থম্মোয় ইনৌতা নৌরক্লে। ইনে বাধেবুসু হেন্না লোইর্নানই। মেমচাগসু হেন্না ৱারী শাননিংলকই। অমরোমদা বিমোলসু ওজা দময়েন্তীহোয়গী যুমদা মরক মরক্তা লাকই। লাইরিক লাইশুগী মরমদা ওজাগা ৱাবী ৱাতাই কয়া শান্নে। সরকারগী থবক ইনখাংগী মরমদসু অদুম তাথোক তাশিন তৌনৈ। মশাসু এম, এসি, পাস তৌরবনি। প্রাইভেৎ কলেজদা ওজা ওইবা মমান্নবা খবগা পুল্লগা অয়ুক্তা কোচিং ক্লাস হাংদুনা স্কুল অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বিরি। লৈকাইগী থবক থৌরম কয়াদসু থৱায় য়াওনা চেল্লি। বিমোলনা মখোয়দা লাকপা খুদিংগী ইবেম্মু মশাদা শ্বাই লাওবা অমা ফাওজৈ। অদুবু থম্মোয়নুংদদি তশেংনমক হরাওজৈ। পাখঙগী মাইথোঙবু থৱায় তানা য়েংজনিংই। নিংথিনা লোল্লবা চা পুথোক্তুনা পিথকই। বিমোলসু হরাওনা অদুমক থকই। চৎলমদাইদা ... চা য়াম্না হাওই, লোনবা য়াম্না হৈখ্রে হায়দুনা হেক হেক ফাগি তৌরমই। মহাক্কী ৱাফমসিদনি ইবেম্মুনা মথম্মোযনুংদা খমথেংনা নুংঙাইজরিবসু।

কালেনথা ওইরক্লে। ওজা দময়েন্তীহোয়গী লৈকাইগী লমপাক্তা লাই হবাওবি। নুংথিল কুইরৈমখৈ ইবেম্মু লাই হরাওবগী কুম্মৈ য়েংলি। ওজাগী মচানুপী অতোনবীদুসু মহাক্কা লোয়নরি। নুমিদাং ওইশিল্লক্লে। থেংখ্রে খন্দুনা ননাউগী মখুৎ শমদুনা প্রপ প্রপ শড়ক লাম্ভোরকই।

– কদোমদগীনো? ইথা থাজদনা।

ইবেম্মু খঙপ্রেক খঙই। খোঞ্জেল লাকপা মাইকৈদা য়েংথোকলুই। মমান্নবা অমগা লোয়ননা বিমোলদু মনাক্তা লেপতুনা লৈরম্মী।

– লাই হরাওবা য়েংলম্বনি।

খঙহৌদনা মহাক্কী মচিন্দগী হায়দোকখি।

— নহানমখৈসু য়েংব্রা?

মসি হায়রগা বিমোলদু মখোয় অনী তম্না চংশিল্লকলে।

— য়েংদেদা। ঙসিতবু ননাউনা য়াদদুনা লাকপনি। অদুবু ঐদি নুংঙাইমনখ্রদুনা ফম্না কুইনা য়েংথোকলুরে।

— নুংঙাইবনি।

বিমোলনা অমুক খুল্লকই।

— য়াম্না নুংঙাই, অদুদা নুমিৎ তাশিল্লকপসিদা য়ুমদা থেংখ্রে হায়দুনা থোরক্লবনি।

— য়াম্না থেংলব্রা? ক্বা চাখিসি।

বিমোলনা অমুক মখা শমথরকই।

তশেংবমক্তি ইবেম্মু ময়ুমদা থুনা হন্নিংলবনি। অদুবু বিমোলগী ৱাহৈদুদা মহাক পাক হেক লিৎথোকপা ঙমদে। মাগী থম্মোয়নুংদা ঙহাক্তং চরাংনরিঙৈদা বিমোলনা মখুৎ শম্বিদুনা ননাউদু পান দুকান তম্না চংশিনখ্রে। অমুক পম্থদনা মহাকসু মখোয়গী মতুং ইনখ্রে। পান দুকান হেক য়ৌবগা বিমোলনা শেঙ্গম লৌদুনা ননাউবু পায়হল্লে। অচাপোৎ ফংলবদা ননাউদু মাইথোঙ মকা লামলক্লে। মখোয়সু দুকান মপুদগী ক্বা লৌদুনা চারে। ৱারী খরসু শানরে। পাখঙ লৈশাবী অনীমক্কী মাইথোঙদা অপেনবগী মমি তারি। ইবেম্মুগী মফমদনা অমুক্কসু হেন্না নুংঙাইবগী মমি অমা উবা ফংলি। নুমিৎ পুমতা তারক্লে। বিমোলদা ... চৎলগে ... হায়রম্লগা মখোয় অনী মখোঙ থাংবা হৌরক্লে। খুদক্তুদা বিমোলনা তুংলোমদগী ফাগিওই - করিওই লাওরকই,

— ওজা দময়েন্তী হোয়দা লাকপকান্দা চা অহাওবা অমমমদি পিথকপিয়ুকো।

ইবেম্মু খঙনোক নোকনিংখি। পাখঙগী ওইনজবা ৱাহৈশিংদুনা মাগী থম্মোয়বুসু খংপেন পেলহল্লি। মখোল থোক্তনা মাগী থম্মোয়নুংদা থিক থিক নোক্লকই। মদুগা লোয়ননা বিমোলদা ওনসিন্দুনা হায়রকই,

— লাক্ত লাকউ। অমত্তা নত্তে, অহুম মরি পিথক্কে।

মাগী পাউখুমদুদা বিমোলদু নোক্তুনা লৈহৌরে। ইবেম্মুসু অপেনবা মীনোক অমগা লোয়ননা ননাউ পুদুনা ময়ুম তম্না লাক্লে।

নুমিৎ কয়ানিমুক হৌখ্রে। ইবেম্মুগী ৱাখল নোংমা নোংমগী ময়োল চোং খৎলকই। হকচাংসু লুবা নানবা অসুম হেনগৎলকই। ফিজেৎ লৈতেংসু নাইবা হৌরক্লে। এলমিরা মমাংদা চংশিন্দুনা মশক্তু নুংশেলদা তোইনা য়েংই। অদুবু মহাক্কী অপাম্বা, থম্মোয়নুংগী ৱাফমদুমদি হৌজিকসু কনাগী মফমদা ফোংদোকলুদ্রি। মথন্তগী ওইরি।

মরকসিদা ইনে রাধেহোয়গী য়ুমদগী পাউ অনৌবা অমসু তারে। মেমচানা তম্লকপনি। বিমোলদু ইরোইশেম্বদা লৈবা এগ্রিকলচর ইউনিভরসিটিদা থবক অমা ফংলে। ইবেম্মু থম্মোয়নুংদা হরাওজৈ। পাখঙগী অফবা পাউ তারগা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা লোন্না নুংঙাইজৈ। মাগী ৱাখল মপুং ফারকপগুম তৌরকই।

থা খরগী মতুংদা নোংমা নুমিদাংৱাইবন্নি। মতম কুইনা মহাক্কী পাউ তারুদ্রবা তুংদা বিমোলদু ওজা দময়েন্তীহোযদা লাকই। নুমিদাংৱাইরম ওইবনা দময়েন্তী অমসুং ইবেম্মু অনীমক য়ুমদা লৈ। বিমোলনা প্রপ প্রপ চংলকপদু উরদুনা ওজা দময়েন্তীনা হান্না কৌরকই,

— বিমোল, উদবা কুইরেদা। নঙদি করম তৌরি?

— নুংঙাইরি ওজা। ওজাগা অমুক্তং উননিংদুনা লাকইবনি।

মসি হাযরগা বিমোলদু মখোয় তম্না চংশিল্লকই।

— করি অরুবা য়াওরবগে?

ওজা দমযেন্তীনা অমুক হংলকই।

তাঞ্জাদুদা ইবেম্মুদি মখোয় অনীদগী খরা লাপথোক্লা শুমাং মচি অমদা হন্দোকখ্রে। মহাক্কী হৈনজদবা মতৌ ওইরমাল্লে। থোঙ্গাল চংলকপদগী হৌনা বিমোলদু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরকই। ওজা দমযেন্তীদা অমুক য়েং, ইবেম্মুদা অমুক য়েং নোকফেৎ তৌদুনা অমুকসু লৈরে। মহাক্কী মতৌদুদা ওজা দময়েন্তীনা অমুক হংলকই,

— কবি তৌরগে নঙবো? হান্না অমুক্তা তমখোদনা।

হন্দক্তি বিমোলদো মমায় লুকথরক্লে অদুগা তপ্পা হায়রকই,

— ওজা, ঐ লৈশাবী অমা পুরক্লে।

— কবি, নুপী চেল্লকএ হায়বা।

ইফিং ফিংনা দময়েন্তীনা হায়দোকখি।

ইবেম্মু খঙপ্রেক খঙই। মচে দময়েন্তীগী অকোনবগী ৱাফমদু তাবদা। খঙহৌদনা মহাক্কী কোকথক্তা বজ্র তাবকপগুম থোকখ্রে। মতম কুইনা কনা খঙদা থম্মোযনুংদা লোৎনা শাগৎচবকখিবা মঙলান ফুবা খঙহৌদনা নিংখাইরকই। তাইবংপানসি পুম্মম মমশিল্লকপগুম তৌখি। মখুৎতা মহাক্না তৌরম্বা থবক থাদোকই। লোলথোক্তবা মীওইগুম চপ যুংনা লেপতুনা লৈখ্রে। তাঞ্জাদুদা ওজা দমযেন্তীনা বিমোলদা অমুক হায়রকই,

— য়ুমদগা পাউ পিথ্রববো নঙবু? নুপীমচাদুনা হৌজিক কদাইদা লৈবিবা?

— য়ুমদদি পাউ পিখিদ্রি। ওজাগীদা হান্না লাকইবসিনি।

— ফরে, ফরে।

মসি হায়রগা ওজা দময়েন্তীদো বিমোলগা লোন্না করি করিনো ৱারী খরা শান্নখ্রে। মমৈথংদা বিমোলদু ... চৎলগে ওজা ... হায়রম্লগা মমায লৈথোকখ্রে। ওজা দময়েন্তী বিমোলবু হাইফেৎ থিন্দোকলুরি। ইবেম্মু চৎখ্রিবা পাখঙদুবু হঙ্গৎনা য়েংবা ফাওবা ঙমখিদ্রে। নুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা পৎথরবা লৈনাগুম মশা পুম্বা হিকথরক্লে। মতম ঙহাক জ্ঞান তাদনা লৈরিঙৈ খোঞ্জেলদু মহাক তম্না লাকখি।

— ইবেম্মু, কৈদৌরগে নঙবু। শম্বল ময়াদুদা অদুম লেপ্তুনা লৈরিদুবো?

খঙপ্রেক খঙনা য়েংথোকলুবদদি মনাক্তগী ইরাপ লাপ্তনা য়ুম্বুরেনবীদু লেপতুনা লৈরম্লে।

— ইচেম্মা, ঐ লাকএ।

মসি হায়রগা ইবেম্মুদো প্রপ প্রপ চেনশিনখিদুনা মাঙ্গোলদা লৈরিবা অপিকপা অঙাংদু পমখ্রে। ○



সোরোখাইবম দেবেন্দ্র চীংঙামখা ফুরামখোং, ইম্ফালদা পোকই। ইংকুমজা ১৯৮০ দা চীংঙামখা হাইস্কুলদগী মেত্রিক পাস তৌখি। ডি, এম, কলেজদগী (আর্টস এন্দ কর্ম্মস) ১৯৮৯ দা টি, ডি, সি লোইখি। মতুংদা মণিপুর ইউনিভরসিটিদগী ১৯৯১ দা এম, এ (পোলিটিকেল সাইন্স) পাস তৌখি। এম, এ, লোয়রবা মতুংদা চীংমৈরোংদা লৈবা এম, বি, সি, হাইয়ার সেকেন্দরি স্কুলদা থা তরেৎলোম ওজা ওইরম্মী। হৌজিক গৌহাটি হাইকোর্ট, ইম্ফাল বেঞ্চতা ইমপ্লোয়ি ওইনা থবক তৌরি।